# ঐগা পাওমং

লেংখ্রবা :—

মোংগাগ্রবা, লাইনিং অহল্লু ইবুঙো থাওমিয়া কুমো
অপোকপা চহিয়োন তারা শুরা ১৯৪০ ইংদা ইবা লোইবা
লাইশ্রম খুন মমাং লৈকাই
( কছাড় )

লাইনিং অহলগা লোইনারকপা মচা মনাই

১। নোংগাগ্রবা অহল ইবুংঙো মোইরেংজাম্বা মুনাল
কৈসামপাৎ তখেল লৈকাই

২। নোংগাগ্রবা অহল ইবুংঙো অথেম্বা গোকুল
কৈসামপাৎ লৈমরম লৈকাই

৩। নোংগাগ্রবা অহল ইবুংঙো সুবাচাঁদ

৪। নোংগাগ্রবা অহল ইবুংঙো পুখ্রম্বম ইবোমচা

## ৬ শিক্ষা

অপোকপা মরুপকী, মীতৈ মরুপকী। মীতৈ ময়েক সাজবা থৌপুবা কাংলুপ্পা, লাইনিং অহল-ইবুংঙো নাওরিয়া ফুলোনা লেং-বিরবা ঐগী বারেং কৌবা লাইথিক অসি অমুক উনম তৌজব।।




অপোকপা মরুপকী চহিয়োন — ৫৫শুবা

মীতৈ মরুপকী চহি... — ৪১ শুবা

...-মেরা থাবুং ... ইং

লাইনিং ... মনাই

মণি... নোংখোম্বম নরান

লুবাংশংবম

অপোকপা মরুপকী, মীতৈ মরুপকী মীতৈ ময়েক সাজবা থৌপুবা কাংলুপ্পা লাইথিক উনমগী মতেং পীবীবা।

ভাওথোং উসম অঙাংমচা—লুচিংবা

কুমলো চোজোনবম কুলো—গুমথং

লুবাংশংবম নোংথোম্বম গোরো—সেম্লুংবা

লুবাংশংবম নোংথোম্বম নরান—শিল্লাবা

শগোলবন্দ সগাং লখী কোম্হোজম লৈকাই

১। মোইরেংজাম্বা বাচা

লুবাংশংবম

২। লাংগম চন্দ্রাসিং

৩। নোংথোম্বম ইবোচাবি

৪। মংসাতাবম জাইগোই

কবোকৈকাই

৫। নিংথৌ মচা সনাচাওবা

৬। থাবম লমথাই খোচোম ইবোতোন

কোইরেংগৈ কৈথেল

৭। চনম্বম ফগীরোং

লোইতাং খুনৌ

৮। হিজম মাইমু

৯। য়েন্দ্রেম্বম মীথু

ফুমলৌ

১০। অহনথেম কুবেরা

১১। খুমুকচম অঙৌ

১২। মাইমোম মনি

১৩। ল্যাইশ্রম চন্দ্রহাস

কৈকোল

১৪। তোনজম গৌরাসিং

১৫। য়েনখোম নিংথেমজাও

১৬। কুথী খোচোম চাওবা

খোংহামপাৎ

১৭। কোইজম ইবুংহল

১৮। রাইখোম বোকুল

থম্বালখোং

১৯। লুক্রাম ইবোতোন মনিপুর ষ্টেট

মীতৈ মরূপকী সিমারেম্বা

২০। মতাই-খোদাম বীর

২১। হৈজাং, হিরোম অবুং

২২। চনম্বম ইবোতোম্বী

২৩। থাংমৈবন--লৈসাংথেম মধু

য়ুরেম্বম

২৪। খোড়াম ইবোতোম্বা

২৫। ভাসেম্নম মাও

লাংজিং

২৬। নোংথোম্বম কুলা প্রাধান

২৭। হুইকংবম অঙৌ

২৮। বাংলেলবম অঙৌ

পোৎশংবম

২৯: ইবেংবম অমু

৩০। মোংজম চাওবা

৩১। মোংজম ইবোমচা

পোৎশংবম খুত্রেন

৩২। খুনদোংবম নরাহরি

৩৩। ওইনাম ইবুংহল

৩৪। থামু্ন ভাইরাংবম গৌরাগন খোবাল থেকমন

৩৫। লৌরেম্বম কুলাসিং

৩৬। অসেম মোইরাংনিংথৌ

৩৭। অসেম বীরাম'গোন ভাংথালৌরাই

৩৮। মোইরাংথেম লুংথোই

৩৯। মোইরাংথেম মনিং লুংথাই

৪০। ত্রোংলাওবী ভাঙোম মঙ্গোলজাও

৪১। কৌগাকচাও ভথেরম্বন ইবোতোম্বী কৈসামপাৎ লৈমজম লৈকাই

৪২। লাইস্তোম্ব। লাইরিক সন্দোকপা

৪৩। পুত্রম্বম বাবু হৈরাংখোইথোং

৪৪। মাইবম অচৌ

৪৫। মমাং লমোংগৈ নোংথোম্বম মধু পুংদোংবম

৪৬। শগোংলসেম ইবোমচা

৪৭। ইকংবম নদিয়া

৪৮। কদাংবম হিজম মোবো

৪৯। য়ুমোম থুননৌ মরাম্বন নিংথেমজাও কমেং

৫০। লাইবেলময়ুম ইবুংহল

৫১। লৈসাংথেম যুগে

৫২। লৈসাংথেম নাগে

৫৩। কোনসম মনি

৫৪। ভাওথাং উসম বাবুশিং থেকমন খুনবৌ লাইমাং কোনজিন

৫৫। অসেম ইবোতোম্বী লাইরিক সন্দোকপা কাস্ত সাবল

৫৬। লাইশ্রম খোম্বে

৫৭। লাংপোকলাকপম বোরজাও থলাম লৈরক

৫৮। লাইশ্রম নবকেসরা মীতৈ, মারামাসি খুরাই চাইথবী লৈরক

৫৯। কোইজম লাংলেন

৬০। খুরাই মবাংশংবম কুলাধজ

৬১। নিংথৌবুং বাঙেংবম থেবো খুত্রাকপম

৬২। মোইরাংথেম পরিজাৎ

৬৩। সরামসম মনি

৬৪। নাওরেম বাবু

# বাহৌদোক

লাইরিক অসিদা কোংজরিবসিদি অয়েৎ-রা মক্তনি । অয়েৎ-বা হংয়বদি,--'মোকদ্দমা'গী লোন্দা 'জেরা' হায়রিবছুনি । জেরাসি মতনা তৌরিবা মোকদ্দমাগী অরান-অচুম থংবা ঙমদে । কোনব, ফেংদোক্লগা শেংবগুম্না, জেরা হায়রিবসিনা মোকদ্দমাছুবু শেংদোক্লিবনি । মীতৈ ঐখোইনা তৌজিকী মতমদা চংনবানি হায়বছুনা তৌরিবসিদা মরম পুম্নমক্তমু কাবৈ-কানদে হায়বছুগী তশেং-তশেংনা থংনবগীদমক বাবেংসি কোংজরিবনি । ইবুঙো-ইবেমশিংনা রাবেংসি তাবদা হেক্না রাবৌবিবা য়াদে । তাবতদি হায়া তাবিরগা খোয়া চৈরাক তৌবিবনা পামদে ।

তরাগী :—

নোংগাওবা, লাইনিং থহল নাওরিয়া ফুলো ।

লাইশ্রম খুন, ঝাপিরবন্দ

কাছার ।

## লাইরিক উনমগী লোংবাংবা

১। লুরাংশংবম মুমলেম্বম থোইবা মীতৈনা লুপা ৫০০,
সাইতোন অপোকপা মরুপ্না

১। অহৈবম নন্দো।
২। তোরাংবম গোকামুহোন — লুপা ৫০০,
রাংগু তেরাখোং অপোকপা মরুপনা

১। হাওরোংবম সনাতোম্বা — লুপা ১০০,
রাইখো কৈখেল মীতৈ মরুপনা

১। সোইরেনলংবম যুগোল — লুপা ২০০,
লাংথবাল মন্নাই লৈকাই মীতৈ মরুপনা

১। য়েক্লেম্বম মুনান মীতৈ — লুপা ৩০০,
খোইজাং খুরেল মীতৈ মরুপনা

১। থাংজম চাওবা — লুপা ১০০,
লমাংদোং, তৌবুন, খোইজুমান, মীতৈ মরুপনা

১। লমাংদোং খুন্দ্রাকপম মনি
২। তৌবুম ইকোংবম ইবুংহল
৩। খোইজুমান ইউংচুম্বা ইবোতোনি — লুপা ১৫০,
কবো লৈকাই অপোকপা মরুপনা

১। অপোকপা মরুপ মীতৈ লৈমা রাসে
লাইরিক শন্দোকপা লুপা — ৫০০,
মথা লৈকাই য়ুরেম্বম মীতৈ মরুপনা

১। ভাশেরম তোমাল লুপা — ১০০,
২। ভাশেরম ভীম লুপা — ১০০,

# ঐগী বারেংদা নৈনরিবা।

"ঐগী বারেং" কৌবা লাইরিক অসি মচা, অসি, ধর্ম, হায়রবসু কন্নায়বু কৌবগে, অমসু ধর্মগী মীওয়রবু কণিকাম্বনেবগে; মীতৈ ঐখোইনা হৌজিক চংলিবা ধর্ম অসি ঐখোইগী মখোৌশাগী শা-গোম্বরকপরা, নত্রগা কনাগী পুক্কনেৌ, ধর্মসিনা ঐখোইগী কানখিবা কানদবা, ইচাকা-ইমচা, পাঙ্গল-কৌশিংলা, অমসু থিংচত্তা কবি মাংখ্রে, কন্নি তোক্তি, হিন্দুগী বেদ শাস্ত্র পুরাণ মীওয়রবা, কম্ফি তাক্লি মনুষ্য মীতৈ লোইবা বৈষ্ণবনা করি হায়বা থাখিবু মীতৈ ঐখোইনা য়াম্না পামজবিবা মহাভারত, রামায়ন, ভগবত অমসু গীতা হায়রিবা অসিনা, করিবু তাকপা করম্না মশাগী লাইরিকনো কৃষ্ণগী লীলা রাস, উদুখল, রাখাল, বস্ত্রহরন হায়রিবা অসিনা করি ঙৈচেলনো, বত্তিসাম্রবু লৈবাক মথাংদা শক্লবদি শাস্ত্র বিরোধ ওইত্রা, ওইদ্রা, মেটিরিয়েল বাদ্ধু অসিদা মেটিরিয়েলিষ্ট মীওইবনা শিক্ষিত্তুনা মেটিরিয়েলাবাদ তৌখ্রবদা, (থো-রাইনা ইরাই ইনিন ওয়না লৈখ্রবদা) হৌনবীনি হায়দুনা, খোঙ্হোক চুম্না হায়দোকপা ওমদবা, ইমা মরোনহ নত্তবা সংস্কৃত মরোল্লা লোম্বুদা কংলিবসি সংস্কৃত মরোল শংথিদবা শিখিবা মীচুগী চৌবাইনা

ৎ পনবম খোকপ্রা', খোক্তব্রা, ব্রাহ্মণা মন্ত্রগী ব্যবাস্থা পিবদা নম্ভনা মহাক্তনা শোনবা কচ্চরিবা মীহুৎ মন্ত্র উচ্চারণ তৌহন্দবা অসিনা মীতৈনা খোগোলিত ওয়ন্তুনা তোক্লত্রা হায়বদ'চিংবা, অমস্তু মীতৈ ঐখোইগী লাই হরাওবনা লাইনিং লম্বিগী অথুপ্পা ঈচেন বিয়ক্তুবগী লম্বী, পুম্নমকসি শুগাইনা নৈনরি।

মরম অসিনা "ঐগী বাখেংবু" মকোক্তগী লোইবা ফাওবা মথং শিংনা পুক্লিং চংনা পাববদি, লীচং ( ধর্ম্ম ) হায়বহু মশক খংলক্তুনা, অমাও-অতোপ্ত পুম্নমক খংহুনা মীওয়বদা লীচং পথাপ অমা নাইয়ক্তুনা অকবা লম্বী—তেংবানবা মপুগী মাইকৈদা থিংয়েং থম্মকই, মহুনা মপুগী অথুম্বা ঈচেল পুম্নমক মীওয়বনা নৈনরকই।

পান্দম অমদা ঐ ইশামকস্তু অহল ইবুঙ্গোগী "ঐগী বাখেং" অসি পাজবদগী, ইপানা পোকপিবদগী অমুক ঐগী অনৌবা মপোক অমা কংজখি। মহুদগী তরাগী খোপন তৌজবদা ঐগী তশেংব'মা চপ চানা খংজহুনা পুক্লিং মুত্তাহৈবা ওমজৈ। মহুওয়হুনা লৈবাকী ইবুঙ্গো ইবেম্মশিংগীস্তু তরাগী কান্নবা তৌরকপদা লম্বী অনানবগী চৈত্ত ওয়গজা হায়না নিংজৈ।

তখেলম্বা বোকুল
লুচিংবা, পথাপ পীবা কাংলুপ মীতৈ মরূপ
ডিপুটি স্পীকার, এম, এল, এল, এ
১৯৪৭ ইং

# হীরম লমাই।

হীরম। লমাই।

# ঐগী বারেং

—)o(—

## মীতৈ অমসুং হৌরকপগী মরক্তং

মীতৈ হায়বসি অতোপ্পা মীনি। মী + অতৈ হাপ্নরিবা বাহৈ অনিসিদগী ওইখিবা 'মীতৈ'নি। হাও অমসুং মীরৈবাক চা ময়াংনচিংবা গুমমক্কগী অতোপ্পা কুকপ অমনি হায়বা বানি। মৈতৈগী হৌভম মকন্থ "মীতৈ লৈপাক" হায়না থংনরিবনিনি। মীতৈনা হৌরকপগী বাগীদি হৌরকপগী বারী লাইহিক্কা লৈ হায়নরি। হৌরকপগী বারী মতুং ঐনা হায়রবদি মীতৈ হায়বসিদি লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচা মাচু ওইগনি। হৌজিকী মতমদা "শুক সিদবা" হায়না থংনরিবসিদি সোরারেন সিদবনুনি হায়নরি। অহনসিংগী বারী মতুং ইমা শম্না হায়রবদি, লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসি কৌব্রু চীংগোন্দ লিংথৌ ওইহুন পাক্লি। তেংবানবনা ওইরবা মতুংদা, তাইবংপানবনা ওই-জিরৈনা মচিং কৌব্রুনা হায়না চোংথোক্কখি। চিংথংহুনা শেমখি হায়হুনা চীং কৌখি হায়নরি। তেংবানবনা ওইজিরৈনা ঈপুথৌ মতোমদা লৈরমী। ঈপুথৌ হায়রবদি—ঈপু অতো-ইবা শকলনবা অমসুং মহাকী মথক্তা অমা অরুক সৌখিরবা

হায়বনি। মীরৈবাকচাগী মরোল্দা হায়রগা 'ঈশ্বর' হায়রিবছুনি। ঈপুরোইবগী পুক্লিংদগী অহন মঙা চোংথোকখি। অহন মঙানা চিলোকনছুনা ৱা তানখি। মছুদা ঈপুরোইনা হরাওছুনা খোশাখি। ঈপুরোইগী য়াথংদগী অহন মঙাছুনা মৈ, ঈশিং মুংশিং, লৈপাক অমসুং অতিঙা মঙাসি ওইরে। মঙাসিনা মপান নাইদনা শিনখিছুনা তেংবানবা ওইরে। তেংবানবা ওইববা মতুংদা ঈপুরোইনা ৱাখল তৌখি। মহাক্কী মতিক ময়ায়সি শিংথাননবা তাইবং শেমদবা য়াদে খনখি। তাইবংনা তুংননবা লৈপাক লৈছা পুখত্তবা মাদে হায়ছুনা ঈপুরোইনা ঈঙারেন মরোং ওইরছুনা ঈমু দা লুপখিছুনা মালেম লৈছ খিখি। লৈছা ফংনরছুনা পুখৎপা হোৎনৈ, ঙমখিদ্রে। থেঙ্গুরেন মরোং লোৱছুনা পুখৎপা হোৎনরে। তৌইগুম্বসুং, মথোং তেনবা মরম্না ঈমাই ফাওনা পুখৎপা ঙমখিদে। মছুদগী ঈশিংনা পাম্বৈ ওইছুনা মনঙ্গদা মালেমবু হাপতুনা থমখি। ইবুঙোগী পুক্লিংনা নিংবা মতুং ইন্দুনা ওকছারেন ওঈছুনা ওকচাও পাম্বৈনা মালেমবু চিংখৎতুনা পুখৎলে। মচিং কৌক্রনা, চিংসা নাওপোমগা লোইবছুনা ইহান হানবা ফাওগৎলে। ঈপুরোইনা চিংখৎতুনা অমসুং পুখৎতুনা শেমখি হায়ছুনা 'চীং' হায়না খংনখি। ঈপুরোইনা মকোকথক্তা মালেম থোংছুনা, ঈশিং ঈমায় ফাওনা থাঙ্গৎতুনা থমলে। কন্না হোন্দোরকপা য়েৎকী মুংশিত্তকী সোরারেম্নচিংবা লাইয়ামবু মথং মথং থোরকতুনা চীংদোন তম্না কাপ্রে। য়েৎকী মুংশিং থিংখিছুনা ওয়ুগী লম্বী ফাওরক্লছুনা লৈমরেন সিদবীনচিংবী লাইরেম্বী পুম্নমকসু মথং মথং থোরক্লে। লাইয়াম্না চৎখিবা লমদাং মতুং ইন্দুনা লাইরেম্বী

পুন্নমকসু চীংদোন্দা কাখ্রে। লাইয়ামগা উনরবদুনা মুংশি বাখন্না লৈবুন ওইরদনা তু-গা, বা-গা পাদনা শুচিং মতোন্দা মুংভাইনা পানখ্রে। ফুইনা কামথোকখিবা মুংশিংকা লোইননা অপানবা পুন্নমক চোংথোকখিদুনা তরং নোংদোন্দা মফম মফম নাইনা ভান্দুনা লৈখরে। অমম অঙানসু খায়খরে। ঈপুরোইগী তু-খোংদ হুমাং মরিক ফুদোকখিবদুনা 'সরোই' কৌবা ফুরুপ অমা চোংথোকক্লে। ঈপুরোইগী মছাগা লোইনবনি হায়দুনা মহোয়বু সরোই কৌখি। মহোয়সু লাইয়াম্না কাখিবা লমদাং ইন্দুনা চিংদোন্দা কাখিদুনা লাইয়ামগা উনরুরে। লাইয়াম্না মহোয়বু কৌক্র লোকচপ্তা খুন্দাহনখি থমনিংবা মফমদা মালেম লৈছা থম্নগা ঈপুরোইদি তম্না থুপখরে।

---

## লৈসেম্বা

অসিগী তুংদা ঈপুরোইনা সোরারেনগী মফমদা তরং পাও হায়রক্লে—সোরারেন নংনা তাইবং শেম্মু। তাইবংনা লৈননবা খা থংবা ঈপাক্কী ময়াইদা লৈরিবা চীংলেন চীক্লোইগী মতোন থুগাইদুনা। ঈপাক ফুনজিনদুনা লৈশেম্মু। তম্পাক সেমদুনা লোইরগা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ভাকউ। কৌব্রগা সুপ্পা য়েঙু। ঐদি মতম চানা নংগী চক্ষু অহিংবগী মমুংদা হুমনিতা সুবা অঙাংগী মওং ওইনা লৈরগনি। ঐবু নংনা নচাগী মতৌগুম্না য়োকউ। নংনা তাইবং সেম্বা মতমদা ঐনা নংগী নত্তেং পাংলগনি। অসি হায়দুনা থক্তগী লাওরক্লে। লাইপাও মতুং ইন্না সোরারেন্না লাইয়ামগা

লোইনহৌনা ঈপাক নাক্তা কুমক্লে। ঈনিংথৌ কোৱিবনা হিয়াং হিরেন সাহৌনা লাইয়াম্না তোংহৌনা, চীংলেন চীঙ্গোই তাম্না হোৎক্লে ঈপ কী ময়াইদা হিরেন থাংজহৌনা সোরারেন্না ঈৱাই নৈমগা উনরে। মফম অদুবু "হিয়াংথাং" হায়না খংনরে। চীংলেন মথোং য়োৱগা, চীংগী মতোন অদুনা নোংগী মমাই ফংনা বাংভি হায়দুনা চীংলেন চীঙ্গোইবু "নোংমাইজিং" হায়না থোক্লে। সোরা-রেন্নচিংবা লাইয়াম্না চীংদোন্দা কাখৎহুনা চীংদোন থুগাইরে। চীংদোনগী নৈছানা ইপাক ফুনখরে। লাইয়াম্না কুমথরকহুনা, নৈপাক সেম্নহুনা য়ুম-কৈ সারহুনা পালে। সোরারেন্না নিংথৌ ওইরে। সোরারেন্না চক্ষু অহিংবগী মমুংদা স্না মচু মানবা অঙাং অমা ফংলে। মমিংদি 'ফুংহিংস' হায়না থোক্লে। সোরারেন্না মচাগী মতৌগুম্না য়োক্লে। স্নামহী, কোন্নসেন তুরেসেংবা আসনাচংবা মিং-থোনসু থোক্লে। লৈমরেনসু মতম ওইরহুনা পাথংবা পোক্লে। মহোয় অনিমকসু চাওমিম্নরে। সোরারেন্না সনামহিবু ঈপুরোইমকনি খংহুনা তাইবং সেম্ম হায়হুনা য়াথং তৌরে। তাইবংগীদমক হে, লৈ, উরি, উপাননচিংবসু সেম্ম হায়রে। সনামহীনা সেম্নকপা মতমদা মনাও পাথংবনা লোইনা থুগাইবরে। সনামহীনা মপাবুং সোরারেন্দা রাকৎলবদা, সোরারেন্না লাইরেন্মী নিংথিজরবী অমা পুরকহুনা পাথংবগা সাম্নহন্দুনা থম্লে। মরক অদুদা সনামহীনা লোইনা সেম সাদনা সোরারেন্দা কংসিল্লে। মফম মফম নাইনা লোইনা হৌহনখরে। তাইবং মী সেম্নকপদা হঙোই, ভামু অমসুং য়োং সেম্লে। তাইবং মীদি সেম্বা ওমল্লে হায়দনা সনামহীনা মপাবুং সোরারেন্দা অমুক্তা

থাকংলে। সোরারেন্না মহাক্কী মমি য়েংদনা সাও হায়দনা য়াথং তৌরে। সোরারেনগী মমি য়েংদনা স্নামহীনা অমমুক সারে। সোরারেননা চুম্মে হায়দনা লৌশিল্লে। মথৌরাই হাপচিন্দুনা 'মী' হায়বত্থু ওইহল্লে। মী শাবগী থকলে, থৈরে হায়দুনা 'মী থরৌবা' হায়দুনা মমিং থোল্লে। মতুং অসিদা পোক্লকপা মী পুন্নকপু মী খরৌবগী ফীভমদা ওইরদনা, মী হায়বদুগী লেংবা ওয়বা হায়দুনা লাইয়াম্না ৱারেপ্লরে। অমস্তু মমাগী পুকনুংদগী থোরকতুনা মৈ, ঈশিং অমস্তু মুংশিংকা তাইনরকপদা পংথগনি হায়নথি। তাইন-রকপদা পংখি হায়দনা 'তাইবং মী' হায়না থংনরিবসিনি।

# মীতৈগী হৌভম মরূ

পাথংবনা মচা তরেং পোক্লে। থুমন, লুরাং, মঙাং, অঙোম মোইরাং, খাব-ঙানবা, সরাং লৈসাংথেম, তরেংসি পোক্লে। মহোয় তরেংসি ময়েক তরেং থায়না পানথি হায়দুনা মহোয়সিবু 'য়েক' হায়না থংনখি। সোরারেননা তম্পাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবসি মতম কুইরক্লদুনা মচা পাখংববু নিংথৌ ওইহল্লে। স্নামহীবুদি তাইবং মীগী য়ুম খুদিংদা নিংথৌ হাপলে। সোরারেন্না মচা অনিমক্তা, সিবা নাইদবা, ওইনিংবতা ওইবা ওননিংবতা ওনবা ওইজৌ হায়দুনা সিদ থৌজান পিনরে। লাইনিংথৌ সোরারেনস্তু কৌক্রদা অমুক কাপ্রে। পাখংবনা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা ওইনিংবতা ওইবা ঙস্না মরমদগী নোংমদি শীনগী লাঙোন্দা থোরকই। শীন অমোম অমনা

মতম ওইরদুনা মপাং থীরম্মী। লীন ওন্দুনা লাকইবা পাথংবগা উনরে। মহাক্না নিংবা থুংলে। পাথংবদি হান্নগী মরোং ওইদুনা ফম্বান্দ্রা হঞ্জিনখরে। লীন অমোম অদুগী করি অমতা খংহৌবা লৈতে। মহাক্কী মপাং ওইরম্বা পাথংববু কোইয়েং য়েংবদা উবা ফংখিদ্রদুনা মবুক্লিং মুংঙাইতনা মফম অদুদা অদুমক ঙাইদুনা লৈখি। মতমনা শুরক্লদুনা মরুম তরেৎ কোকলে। মুমিৎ মসিং শুরদুনা লীন মচা তরেৎ থোরক্লে। লীন মচা তরেৎসিবু লাই—লীন (লাইরেন) সলাই তরেৎ কৌই। মহোয় তরেৎসিমক অমগা অমগা মচু মান্নদে। মহোয়নি তাইবং রাথনদি লোইনা ফংলগা রা ঙাংবা অমসু থবক তৌসিনবা ঙমদবা মরম্না মথৌরাই য়াম্না চাকতুনা তাইবং মী উরগা কলক মীহৌই। তাইবং মীগা উনরগা তুমলসনু হায়দুনা মুংঙাইতবগা লোয়ননা কাম্মী। মহোয়গী মু শিংতু ফংলগা তাইবং মীগী মশাদা লাইথুং লাইনা চোংথোকই। লাইথুংসি কোক্লনবা হায়দুনা পাথংবনা মাইবা মাইবীদা লাইহাৎলোন পিনখি। লাইহাৎলোন্দুনা মহোয়বু হাৎলগা মহোয়সি অরানবা ওইগনি হায়খি।

## হাওগা মীতৈগা করি থোক্লবা

অদুঙৈদা কৌব্রু লোকচপ্পা খুন্দাখিবা সরোই পুম্নমকতুনা য়ামথৎলকতুনা য়াম্না থুং-কল্লক্লে। সোরারেনগা লান সোক্লদুনা, সোরারেনগী ফম্বান মুন্দুনা, নিংথৌ ওইরগে খল্লকতুনা সোরারেম্না

চিংবা লাইয়ামগা মতম কুইনা সোকনরে। সরোইশিংনা তকথংলকতুনা সোরারেন্নচিংবা লাইয়ামদি কায়তুনা চেন্নরে। পান্থে লৈরকত্রতুনা লাইগী মরুপ্পা ঈপুরোইবগী মফমদা লাইপাও লৌখি। ঈপুরোইনা রারুগন্নু হায়তুনা থক্তুগী লাওথরক্লে। ইখং খংহৌদনা নোংশাবা অমা থোরকতুনা সরোই পুম্নমকপু হাৎপা হৌরক্লে। মশক মতৌ ফজরবী সরোই চম্নু অমদি সোরারেন্না কলহৌরে। সরোই মিংডোন অতুদা ভাংথতুনা নুপা নুপী থায়না সোরারেনগী মচা চামা পোংক্লে। মহোয়স্নু সরোইশিংগী মতৌগুম্না মরমচৎ ওম্থোক্না ফজদবা মরমদগী লাইয়াম্না মহোয়বু, মচিনথৈডো সরোইশিংনা খুন্দারম্বা কৌক্র লোকচপ্তা খুন্দাহনখি। মহোয়তুবু শাগৈ চাওবা মরম্না য়াম্না থোইনা পানখি। মথোই কানা 'হাওউ, হাওউ' অস্নুম্না লাওরতুনা চোংতুনা হরাওদনতা লৈখি হায়তুনা মহোয়বু 'হাও' হায়না থোনখি। লৈশেমদ্রিথৈডগী মমাংদা ঈশিং ঈথকনা চীংগী নাপোম কিন্থৈডো, লাইয়াম্না সোরারেনগী লৈমা অমবু ঈশিং ইতোন ভাকহনখি। লৈমা অতুনা ঈশিং ভাকতুনা লৈরিথৈগী মতমদা হাওশিংনা মহাকপু ফাতুনা পুখি। ঈশিং ভাকখি হায়তুনা সোরারেনগী লৈমা অতুবু 'ঈরাই লৈমা' হায়না খংনখি। লাইয়াম্না হাওশিংগা লান শোক্লতুনা ঈরাই লৈমবু কনখি। ঈরাই লৈমগী মিথৈদগী হাওশিংদো তম্পাক ঈপাক্কী ঈশিং থকপা ফংখিদে। সোরারেনগী য়াথংদগী ঈরাই লৈমনা চীংজুম ঈচেন ওইনা চেন্থরকপা মতমদা খুজোপ য়াতুনা থকতুনা হিংখি। চীংজুমনা লৈবা মফমদা হাওশিংনা খুন্দাতুনা লৈখি। হাও হায়বসি তাইবং মীদগীন্নু হান্না লৈরমলবা কুরুপনি। সোরারেননা

সরোই চমুদা তাংথদুনা মহোয়সিবু পোকখিবা ওইরবদি হাওগা মীতৈগা পা তিন্নবা, মা তিন্নদবা থোকই। অদুনদি, মহোয়না ঐখোয়দা তিনবা য়াফম থোকই, ঐখোয়নসু মহোয়না তিনবা য়াফম থোকই, হাওগা মীতৈগা মরি মতাং থোকই হায়বাস মাসিদা থংনৈ।

(হৌরকপদা য়েঙু)

## পাখংবনা পানখিবা মতাং

লাইয়াম্না সেমখিবা তম্পাকসিবু 'মীতৈ লৈপাক' হায়রিবসিনি। য়েক তরেংনা থোরক্লবা মতুংদা মীতৈ লৈপাক্তা মহৌশানা লৈরম্বা লাই অমসু হাওগী মকুপনা মহাক মহাক্কা তাংজনিংবা য়েক্তা তাংজখি। য়েক্তা য়েক্তা চারৌ মৌরৌনবা নানুংনখি। সিদ মিংথৈ ফংদুনা পাখংবনা পানখিবসি করম্বা মতমদগীনো, নুমিৎ, থা নত্তনা তাইবং মীনা থংবা ওমখিদ্রে। অসুম্না মতম কুইনা পানখিবসিবু হৌজিক মতমগী 'সন' অমসুং 'শকাব্দ' না য়েশিনবা ওমগনি নিংদে। ব্রহ্মাগী 'কল্প' হায়বদুগা অদুক মানবসু ময়াই হায়দুনা রাথন চেংপা ইবুঙোশিংনা হায়নরি। তাইবং শেম্বদগী নিংথৌ ওইদুনা পালকপা হায়বসিনদি মতম কয়া কুইরবগী রানো, ইপো পোনা খনবা য়াবা মতাংনি। হৌজিক মতমগী পুনশিরোনগী ওইদবনা পুক্লিংদা চিংনফম থোকই। চিংনবগী নরমদি ইলৈ লৈতবনি। পাখংবগী মতুংদা কনা কনানা নিংথৌ

ওইদুনা পানখিবগে হায়বসিসু অমম্বা অমনি। মসি অরেপ্পা অমতং খংবসি রানরে। খরতং খংগদবদুসু মীতৈনা গৌর ধর্ম্ম চৎলমদাইদা মীরৈবাক চা বামোন শান্তিদাসনা লোইনা মৈনা থাবোকপিখ্রে। লাইরিক খরতং মৈনা চাকখিদদুনা পাইখি। হায়না তাবদুসু মফম মফান খংবা নংখিত্রে। রারী ওইনা অমসুং লাইরা ওইনা লৈহৌবদুদগী পুথৎ শোগৎতুনা অমসুং শমজিন তাইশিন্দুনা নিংথৌরোনগী খরদং ফংনবদুসু মথক মথা ওনবমত্তনি। নিংথৌশিংদুসু পাখংবগা তাইনরকপদগী নি হায়বা অরেপ্পা করিসু লৈতে। অদুমকপু খরদং ফংনরিবসি ঐথোয়গী য়ায়ফবনি। মাদুবু ঐথোয়গী ইপা ইপুমক্কি নিংভম থোকই। নিংথৌশিংগী মমিং শোন্নরগা ইপা ইপুশিংবু নিংশিংবা সকই। ইপা ইপুশিংদু য়াওদনদি নিংথৌদু মতোমত্তনা নিংথৌ ওইবা য়াদে। নিংথৌদু লৈতনসু ইপা—ইপুশিংদু মরা ওপা পানবা ভম্বা হৌনদে। মরম অসিনা ইপা—ইপুশিংগা নিংথৌগা সিংলি অমৎমি হায়নরিবনি। ইপা—ইপুশিংগী রারী তারগা মচা মশু ঐথোয়গী অরান খুভম ফংবা ওইরিবনি। ইপা—ইপুশিংদু লৈরমত্রবদি হৌজিক্কা ঐথোয়সু লৈরম্মোইদবনি। অমসুং ইপা—ইপুশিংদুগী হাক্তকতগী হৌদুনা ঐথোইগী হাকক ফাওবসিদা, মীতৈ লৈপাক্কা ওস্তনা মীতৈ নিংথৌ পালকই। পাখংবদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবসিদা মীতৈ লৈপাক্কা নিংথৌ পালকইবসিনদি, লৈশেম্মকপদগী হৌদুনা মীতৈ লৈপাক্কা মীতৈ লৈরকই হায়বসি লেংবা য়াররোইদবা রানি। অদুনদি মীতৈ লৈবাক্কী মীতৈ হায়রিবসি,

লৌনা মফম অমদগী লাকখুনা মীতৈ লৈবাক্তা খুন্দাববা ওইরবোইয়ে নিংথৌরোন পুদিংদা ওইখিবা কুম্ভ খোদোক্কী রাজী মথংশিংনা ফংলুরক্লে, নিংথৌ অমা পালবদা লৈপাক ডারনবা অমসুং লৈপাক্কী থু ডাইননবা কৌবা থৌরম লৈতবা হৌনদে। মুংঙাইবগী কুম্ভ কয়া, অদোবগী ইথক কয়া নম্লিরনি। নিংথৌ অমগী মমি হায়রকপদা থু ডাইব, কুম্ভগী অমসুং খোদোক থিবিক্কী রাজী য়াংদে হায়দুনা নিংথৌহুনা লৈপাক পালনদে হায়বা য়াদে। মতুংদি, য়েক্কা নিংথৌ লৈতনা পানখিবগী খুদম অমসু ওইগনি। মীতৈগী নিংথৌরোন হায়রকপদা রাজী ফংলবনা অনম্বনি। মতুং, রাজী লৈরাম্বা ইদবা নম্ভে থংদবা অমসুং অরেপ্পা ফংদবা হায়বাসিনা রাজী পুম্নমক হাপ্পা ডন্নদবনি।

## মীতৈ নিংথৌরোন বক্রবাহন পুসিল্লকপগী নমথাক

নিংবগা খৌবগা মাইমী হায়দুনা 'নিংথৌ' হায়বনি। ময়াং মরোলগী 'রাজা' হায়রিবসিগসু ইচেন তিম্নদে। লৈপাক্কী লৈতেং ওইরিবদুবু 'রাজা হায়রিবসিনি। মীতৈ খোঙ্গী নিংবগা খৌবগা মানবা হায়বাসিনদি,—অকনবা, অথৌবা, লৌসিং চাওবা অমসুং ওরাবু লাকতস্তুনা যাকহংপা ওস্বা অতুতনা মীতৈ ঐখোইগী নিংথৌনি। মরম অসিনা, মীতৈ লৈপাক্তা নিংথৌ ওইখিবা পুম্নমক অমত্তা অসোনবা অমসুং অপংবা ওইরমোইয়ে। মপাঙ্গন অমসুং

মরৌশিংনা পুময়ক্তগী হেনবদুবু মীতৈ ঐখোইনা লাইনি অমসুং লাইপোক্লি হায়নৈ। অচুম্বা মীওয় অচুম্বনা মীতৈ ঐখোয়গী নিংথৌ ওইরিবনি। মীতৈ লৈপাক্তা নিংথৌ ওইনা পানখিবা নিংথৌশিংগী মমিং থরতংবু অহনশি না থনম্বা চেক্নেংতগী পুথংদুনা মখাদা ইজরিবনি অমান অচুম্বগী তেকচাক মহৈদি ঐখোইনা পুবা ঙমজদে। নিংথৌশিংদুগী মমিংদি—(১) খোই, (২) তাও থিংমাং (৩) খুনিংডম্বা, (৪) পেংসিবা, (৫) কাওখোংবা, (৬) নাওথোম্বা, (৭) নাওফোংবা, (৮) সামৈরাংবা, (৯) কোন্থৌবা, (১০) নাওখিখোং, (১১) খোংতেকচা, (১২) কৈরেনচা, (১৩) য়ারবা, (১৪) অয়াংবা, (১৫) নিংথৌচেং, (১৬) চেংলৈ ইপান লান্থাবা, (১৭) কৈফাবা, (১৮) ইরেংবা, (১৯) লোয়াম্বা, (২০) লোইতোংবা, (২১) অতোম য়োইরেম্বা, (২২) ইয়াম্বাবা, (২৩) থবাম্বাবা, (২৪) চিংথাং লান্থাবা, (২৫) পুন্সিবা, (২৬) খুবোম্বা, (২৭) মোইরাম্বা, (২৮) থাংবী, (২৯) লান্থাবা (৩০) তেলহৈবা, (৩১) তবুংবা, (৩২) লাইরেনবা, (৩৩) পুনসিবা (৩৪) নিংথৌখোম্বা, (৩৫) কিয়াম্বা, (৩৬) কোইরেম্বা, (৩৭) লয়গাইডম্বা, (৩৮) নোংইনফাবা, (৩৯) চলাম্বা, (৪০) কবোম্বা, (৪১) অতোংজাম্বা (৪২) চনম্বা, (৪৩) মুংয়াম্বা (৪৪) খাগেম্বা, (৪৫) খুঞ্জাওবা, (৪৬) পাইখোম্বা, (৪৭) চরাইরোংবা, (৪৮) গরিবনিৱাজ (পামহৈবা) (৪৯) সনাহল মোরাম্বা [৫০] ভাগ্যচন্দ্র [চিংথংখোম্বা], [৫১] লাবণ্যচন্দ্র, [৫২ মধুচন্দ্র, [৫৩] চৌর্জিৎ, [৫৪] মারজিৎ, [৫৫] গম্ভীরসিংহ, [৫৬] নরসিংহ,

(৫৭) চন্দ্রকীর্তি, (৫৮) সুরচন্দ্র, [৫৯] বুদ্ধচন্দ্র, [৬০] চুড়াচান্দ, [৬১] বৃধচন্দ্র, । নিংথৌ হুন্দ্র‌মাংথাই অসিনি। হাইরিবা নিংথৌ-সিংসিগী মমিংসি মডাং য়েক্কগী নিংথৌশিংগী মমিংনি হায়নরি। লাইরিক অমদা হায়রিবনা,—বভ্রুবাহনগী মচা দগুমনি, দগুমনিগী মচা মনিভদ্রগী মচা [১] স্নামহী অমসুং [২] পাখংবা অনিসিনি। পাখংবগী মচা,—[১] খুমন, [২] মোইরাং, [৩] লুয়াং, [৪] অঙোম, [৫] নিংথৌচা, [৬] খাবা-ঙানবা, [৭] সরাংলৈ-সাংথেম, অরেং অসিনি। বভ্রুবাহনগী মচা দগুমনিদগী খুমন য়েক ওইথি হায়দনসু হায়রি। বভ্রুবাহনগী পুথরকতুনা মীতৈ নিংথৌশিংগা তাইশিন্নরকপসিদা লাইরিকশিংসি য়াম্না ব নরে। বভ্রুবাহন হায়রিবা নিংথৌসিবু সনামহী অমসুং পাখংবা অনিনা তাইবং মী শমখিবগী মথক্তা লৈরমলবা নিংথৌরা? মসিদা ঐথোয়গী অঙকপনি। বভ্রুবাহন হায়রিবসিনা তাইবং মী সেমদ্রিবৈগী মমাংদা লৈরমলবদি হন্দক সনামহীনা তাইবং মী শেমখি হায়বসি মীতৈতবু সেমখিবা ওইবা তারে। মীতৈতনা তাইবং মী হায়বহুসু ওইবা তারিয়ে। মীরৈবাক্কী মীসিদি তাইবং মী ওইদ্রবা হায়বহুনি। অহু নত্তনা মালেম থক অসিদা লৈরিবা মী ওইবসিংবু তাইবং মীনি হায়রবদি সনামহীনা লৈশেমখি। অমসুং তাইবং সেমখি হায়বা লাইরোনসি চুম্বা অমা অহু নত্রগা কওবৎপা অম, অনিগী মরক্তা অমতং তৌবা তারিয়ে। অহু হায়সি হায়রবসু মীতৈ ঐখোইনা করিগীদমক সনামহী অমসুং পাখংবগী থুঙম য়াহুনা ঈয়াং তৌনরিবগে? মীতৈ ঐখোইগী

বারিসিদা উতাই চাদবা থরা য়াওরিবসিবু ইচিম ইনাওসিংনা চুমথোকপিবা পামমৈ। মীগীনা ঐগী ওইবা হায়বসি য়াররোই-দবতনি। ঐখোইনা মীগী অহুতবু উরই, ঐখোইগীদি ইউ উহন্দবা অমা তৌরে। অহনশিংনা থনম্বা নিংথৌরোনসিদদি মিংথৌ-সিংগী মমিংসি মীতৈরোনগী মিং থোনদি। গরিবনিবাজ নিংথৌ-দগী হৌরদুনা হৌজিক ফাওবদা ওইরিবা নিংথৌশিংগী মমিংদা মীরৈবাকচাগী মিংথোম লোইনা থেংলে। মসিনদি, গরিবনিরাজ-দগী হৌরদুনা মীতৈনা মীরৈবাকচাগী ফীদম লৌবা হৌদ্রে হায়বসি থউনভম ওইরে। হৌজিকী মতমদদি কনাগুম্বা উজাসিংনা, পাথংবদগী হৌদুনা মীতৈ নিংথৌসিংগী মমিংনি হায়দুনা লৈরিব-সিদা সংস্কৃত লোননা লৈতেংবিরে। উজাসিংনা সিজিন্নবিরিবা সংস্কৃতসি মফেম থরা থেংজিনবা বাংলিত্রা থজে। ওইদবা হায়বসিগী মথোং য়াম্না তেঁল্লি, কানবদা য়োদে হায়নৈ। মাসি থোক্রবদি ওস্নোকনা ফগনি থজে। সেম সাদুনা ওইহনবসিন্থ তুংদাইবা য়ারোঈ হায়নরি।

---

শাগোন্নরকপা লোন থাদোকপা ওমদে

মথক্তা হায়খ্রিবা মিংথৌরোনসিগী মথক মথাগী মরমদা ঐখোইগী পুক্লিং থরা চিংনৈ। মোয়াম্বা নিংথৌদগী হৌরদুনা মথা ত'রকপা নিংথৌরোনসিদি থোরাইনা চাং অমা ওইনা থংনৈ। নিংথৌরোনসিগী মরমদা, অথঙবা অহৈবা ইবু ঙাসিংনা ঙাংনবগী

লোইবা নাইত্রি। অহুমকপু খরতং নিংসিংজবিবসি, মীতৈ ঐখোয়গীদি ভক্ষা থুদোপ ফাবগুম্বনি। তেংবানসিনা 'ঐগী ত্রৈগী হাঁয়হৌনা মথক মথ', হায়কসবসিদা ঐখোই মীতৈগীসু থিজিনবা অমসুং খোমজিনবা পোক্লে খইগ্লে। মতৌশাংগী লৈতবদি অমুক লৈবা হৌনদে। লৈরম্বহুদি সোইদনা অমুক ফ ভম খোকই। চপ মানবা সনাও মচা অনিহু ঐখোইনা চেকনা খস্লোকপা ভমদে, সনবীদি ইলাই লাইনা খনখীগনি। অহুগুমহুনা, মীতৈ ঐখোইগী তৌরকপগী বাবিনা সনবী ওইহৌনা সনাও ওইরিবা ঐখোইবু খন্দেক্লগনি। ঐখোই মীতৈবু লম্মাংনবগনি হায়হুনা করিসু মুংশা থিভমদি লৈতবনি। ক'ছাড়গী চ'বীনা মীতৈ লৈবাক্তা হৈহুপ ওইরুবা য়াবোইযে। মাগী মাগী তোঙাম্বা অহুম্মক লৈরিবনি। মীতৈ লৈপাক হায়রিবসিদি লম অপিশক অমনি। মসিগী মথক্তা লোনগী ইচাও কয়া ননগ্রে, ধর্ম্মগী ইথক কয়া তৌ গ্র। মরক মরক্তা অতোপ্পা লৈপাক্কী অকনবশিংনা লৈপাক অসিবু মুন্দুনা নিংখৌ ওইহুন কয়া অমা পানগ্রে। অসুম তৌনা তৌনা মীতৈগী চাদা নাওতানা, মপাঙ্গ-মনা য়েকুবা পুম্নকপু তাস্তোক্তুনা মালেম মীতৈ লৈপাক্কী দৌগনবু তক্তুনা তৌরকই। মালেম মীতৈ লৈপাক অসিনা মচাশিংবু হকখেংনা ন্নু শিবীবা মরম্না কীজেং লৈতেং বাংহল্লকতে। চাবা থকপ মনিং থুং-হল্লি, শিল পুম্নমক সুনা ভস্বী। অসিগী মথক্তা মালেম্ম সুংশি খোইবা মরোলনা ভস্বিবিবা লোন্দু মচা মগু পুম্নমক্তা কাওবা ইলৈ লৈতে। মীয়বাক চানা ঐখোইবু থুহম চন্দুনা, মরোলনচিংবা পুম্নমক ভাকপিহুনা হোৎনৈ। মীতৈ ঐখোইনা মালেমনা ভাকপিংবা লোন

থাদোকতুনা ময়াংগী মরোলতুদা শিল চলুবা লৈতে। মহোয়নহুম মহোয়গী থাদোকতুনা ঐখোইগী ইমারোন তমজখি। মীতৈ লৈপাক্কী মতিক ময়াইতনা পুন্নমকপু চিংশিল্লিবনি।

---

## মীতৈ বামোন চঙকপা; মীতৈবু থুং চনবা

মীতৈ ঐখোইনা লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসি মতম অমদগী 'গুরু সিদবা' হায়না থংনরকই। 'গুরু' হায়বসি মীতৈরোন নত্তে, মীরৈবাকচা ময়াংগী মরোলনি। মতম অমদা মীতৈ লৈবাক্তা বৌদ্ধ অমসুং রামান্দী ধর্ম চংলম্মী হায়নৈ। মতম অদুদগী 'গুরু' হায়বা লোনসি মীতৈরোন্দা চনসিনখিবা ওইগনি। গৌরীয়া ধর্ম্ম চংলুবা মতমসিদনি 'গুরু' হায়ত্রবদি মীতৈনা সুপথংবু থংখিত্রে। মীতৈনা হৌরকপগী বারি মতুং ইল্লবদি সোরারেন হায়রিবসিদি মমা মপা লৈতে, তেংবানবগী মপুগী য়েংকী লম্বীদগী চোংথোকখিবনি।

বাহাই অনরোমদা হায়রগা তেংবানবগী মপুগী মচা অহল্লি হায়বা য়াই। সোরারেন্না পাথংবা পোক্লে। য়েক তরেংতকী মীতৈ য়েক তরেং সম্বরকতুনা হৌজিক ফাওবা লৈরিবসিনি। মীতৈ লৈপাক্লা লৈরিবা মওং অসিনা মীতৈ হায়বসি সোরারেনগী মচা মগুনি হায়বসিগী থানভম থুদমনি। চীংনা অসুপ নিংথিনা পনসাবা কোইশিন্দুনা লৈবসিগুম্না অতৈ মফম লৈতে। তেংবানবসিগী মমুদা ফজথোইবা মফম অমা ওইহনগে হায়দুনা

সোয়ারেন্নচিংবা লাইয়াম্ন সেমখিবরা থনজে। চাকহোং ঙাহোংবদা অমম্ভুং মহৈ মরোংগী থোং নৌবদা মীতৈ লৈবাক্তা মান্নবা লৈতে। মীতৈ লৈবাক্কী মমুংদা লৈরিবৈদা অতৈ অতোপ্পা লৈপাক অমা লৈরিগনি হায়বসি হেকনা থম্নদে। লুংহেনবদা অমম্ভুং লৌশিং শিংবদা মীতৈগা মান্নবা তাংই। সোয়ারেনবু অরুবা লাইনি হায়দুনা মীতৈ ঐথোইনা য়াম্না লুনা নিংনৈ। লাইবা সোনবা খুদিংদা মাইবা মাইবীনা "গুরুসিদবা" হায়দুনা হায়নরিবসিদি সোয়ারেন সিদববুনি। হৌজিক ফাওবা মীতৈ লৈপাক্তা খুভম লৈরি। কোরিফাবা হায়বসিদি সোয়ারেনগী মচানি হায়নরি। মীতৈ চম্মু নিংঙোল চংনা নোংঙাগ্রবী পুম্নমক লাইনিংথৌ সোয়ারেন্না লৌখিবনি হায়নরি। সোয়ারেনগা মীতৈগা নকুদনদি অসিগুম্বা চারৌ-মোরৌ থৌদোকসি ওইরোইদবনি। হৌজিকসু মীতৈ ঐথোইনা থকপু সোয়ারেন অমম্ভুং নিংথৌ লৈপাক অম্ভুম্না হায়নরি।

মতম অমদা মীরৈবাকচা মম্লাংনা মীতৈ লৈপাকপু সোয়ারেনগী লৈপাক্কি অমম্ভুং মীতৈবু সোয়ারেনগী মচা মশুনি হায়নরম্লিবনি। হৌজিক্তা মথোয়না কাওখিবসু য়াই। অহনশিংনা হায়নরম্বা য়ারিদা মীতৈ লৈপাকসিনা য়েক্না তিংথং লৈতনা মপুং ফাদা পালিবৈগী মতমদা নোংচুপ পাংবদা লৈবা ভারতবর্ষ কৌবা লৈপাকতা ভারতবর্ষগী নোংচুপ চীং বাংমদগী মুসলমান মথৈনা লাকতুনা হিন্দুশিংগী মখুংতগী ভারতবর্ষ মুনখি। হিন্দু পুম্নমক মুসলমান ওইমু হায়বা য়াদে হায়দুনা কৈগুম শংদা শুমদুনা

হাংলি। হিন্দু মথৈ কিহুনা শুরবা উন্নুং নায়ক্তা লোৎতুনা থাংখি। মুসলমান মথৈনা শা তানথগুরা তান্দুনা হিন্দু মথৈবু হাৎখি। চিখহৌরা থব মথৈন। মুসলমানগী কিজেৎ লৌতুনা, মুসলমানগী মকম, থুপতুনা লৈখি (পানখি)। থব মথৈনা মতু মচা পুম্নমক্পু মুসলমানগী মথুৎতা হনজেন্নমহুনা নোংপোক মাইকৈ পাংনা চেন্নকই। অম্মাম্বা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র পুম্নমক কায়্হুনা মকম মকান থংদনা চেন্নখি। লৈংহৌবা মথৈদি মুসলমান্না মানন্‌বা লৌনম পুখোকহুনা লেনখি। চেন্নকপা মথৈহুনা বঙ্গদেশগী কছাতোরা কৌবী কুরেনগী মপান্দা কয়ানিমুক লোৎতুনা লৈখি। কছাতোরা মপান্দা তাবিবা মীওইশিংহুনা চেন্নকপা হিন্দুশিংহুনা হায়খি ব্রাহ্মণনচিংবা পুম্নমক, মকমসিদা কুইনা লৈগনু। মুংশি লৈতবা মুসলমানশিংনা নথোয়বু ফাররনি। নোংপোক ওমথৈদা লোকারেনগী লৈবাক লৈবনে। মকমহুদা চৎলবদতা নথোয়না মুঙাইনা লৈরুবা ওমজগনি। ঈপুৰোশিংনা হায়রম্মী, মকমহুদা লৈরিবা মীওয়শিংহুদি সিদা উপান মহৈ চাহুনা সিদা সিংথৈ কংনৈ। মীওয়শিংহুদি মশক কয়ন্দা মপালগ কনবদা অমসুং মরৌশিং চাওবদা তেংবানবদা মথোইগুম্বা লৈতে। মকমহুদা মেরুবা মী চেবদি থমহুনা তুমিৎ কাং ফাওবা পাইশিনবা ওমদে" হায়রিসি তাকপা পুক্রিং মুঙাইবহুনা চেন্নকপা হিন্দুশিংবো নোংপোক পাংবা হায়গংলক্রে। আসাম লৈবাক য়োরগা কয়া অমনা আসামদা চাইনোকহৌরে। মক্তদা কয়া অমসু সিদৌরে থব অমনা মীতৈ লৈবাক য়োরহুনা মীতৈ নিংথৌদা চংজরহুনা অকি অথং লৈতবা মকমহুদা থুন্দাহুনা লৈখি।

অসিগী মতুংদা কয়া অমা মথং মথং ওইনা মীতৈ লৈবাক্তা থোকখি। মকমতুদা মরা তানা খুন্দাহুনা লৈখি। ব্রহ্মণনচিংবা মীয়ৈবাকচাশিংহুনা মতু মচা অমতা লোয়নবকপা নত্তে, মত্তোম মত্তোমতা ওইনা মশা চিংননবা চেল্লকপনি। মীতৈ লৈবাক্তা মতম কুইনা লৈরকপনা মীতৈরোল অমসুং মীতৈগী লমচৎ শাজৎ পুম্নমক খংলকতুনা মীতৈগা তিম্নবা য়ারবা মতমদা মীতৈগী চম্নু নিঙোল লৌরহুনা, মীতৈ লৈবাক্তা মচা মগু তাহুনা মীতৈ ওইনা লৈখি। মখোয়হুনা হৌজিক কাওবসিদা মীতৈগী বামোন, ক্ষেত্রিম-হুন, লাইরিকয়েংবম অসুম্না য়ুম্নাক অমমম থোন্দুনা, মীতৈ, ঐখোইগী ইরক্তা লৈরিবসিনি। মতমনা কুইরক্লহুনা মখোই পুম্নমকসু মীতৈগা য়েংনবদা অতুমক শক-চু মাম্নগ্রে। চারো মৌরৌনচিংবা চৎনতুন। অমতা ওইগ্রে মসি মীতৈ ঐখোইগী য়ায়কবনি থনজে। অসুম্না তৌরিবসিমক্তদা মীতৈগী বামোনশিংশিনা মীতৈ ঐখোইবু হাও অরানবনি হায়বা ৱাখল অমতং কয়া পায়গ্রে বা কায়রক্লি-বদি অসিদগীনি। মখোইনা ঐখোইবু ওস্তোকনা হংগোইনা তৌগ্রে। ঐ খোইনা মীতৈ পুম্নমকী কমনবা হায়তুনা তৌরকপসিদা মখোইগা ঐখোইগা পাংতিং মানদনা ওস্তোকনা অকায়বা অমা ওইরে। মীতৈ নিংথৌনা মখোইদা খোরাইরাকপা কমথোনগুম্বা কম অমা পিখিবসি হুকচিনগ্রমালে খজুরে করিনা, মীতৈ পুম্নমকপু মখোইনা লাকতুনা হায়রিবসি ঐ খোই থাংবা ঙমজরক্তে। মহৌশাগী ওইবনা লৌশিংদি মহোয়না হেনবতুদা ঐখোইনা-করি অমতা তৌজরুবা ঙমদে। মীতৈ নিঙোলনা পোকপা মীতৈ

বামোনদি মীতৈগী মমাকনি। গৌর ধর্ম্ম চৎলকপদা মীতৈবা মমাক্তা লাইমিং লৌরুবদগী মমাকনা মকুগী গুরু ওইখ্রে।

---

## মমাংচৎকী বা থরদং

হৌজিক্তা মীরৈবাকচা বামোন মথৈনা মীতৈ ঐখোইগী বামোন মথৈবু মাংঙি হায়দুনা তিন্নদে অমসুং মখুৎ চাদে। মসি অঙকপনি ঐখোইনা খংজবদি, মীরৈবাকচা বামোনশিংশিদি মতম অমদা মুসলমানশিংগী মখুৎত্তা তাক্লরবশিংদুগী মচা মশু মক্তনি। মখোইগী মপা মপুশিংদুদি মপান খোংদা মুসলমানগী মওং, মসুংদা হিন্দুগী মওং লৌদুনা ওস্থোকনা বানা লেনগ্রবনি। হৌজিক ফাওবসিদা হিন্দুস্থানগী ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিশিংনা মুসলমানগী লুছুপ উপ্লিবসিনা মহাক্কী খুদম্নি। হৌজিকী মতমদা লৈরিবা মীতৈ বামোনশিংদি লাইগী মচা মশুনি হায়রিবা মীতৈগী চমু নিঙোলদা তাংথদুনা পোকখিবা মক্তনি। ওস্থোকনা অসেংবা ধ্রুপ অমদুম ওইরমগনি হায়দুনা ঐখোইদি খনজরি। তৌনরিবসিদি অশেংবনা মাংলে, অমাংবনা শেংলে। মীতৈনা ময়াংগী ধর্ম্ম তাংজখিবা অমসুং মীতৈগী বামোনশিংনা ময়াংগী মরোল লোন্দদনা মীতৈরোল লোনখিবসিনা মীরৈবাকচা বামোনশিংনা মীতৈ বামোনশিংবু অমাংবনি হায়দুনা থনখিবা ওইগনি। লোন হায়রিবসিমু কনগ্রবা লৌচিং অমনি। সক চু মানজবসু

লোলবু ত্রিয়বদি মী অমনা মী অমবু অতোপ্পা অমনি হায়বা ন্নাখনসি হেকনা খন্দে। মীতৈ বামোয়া মীতৈলোল লোনবসিনা অমস্তুং মীতৈগা শক চু মানবসিনা মীয়েবাকচাশিংনা মীতৈ বামোনবু হেকনা খংবা ঙমখিদে। হৌজিক্কী মতমদা পুম্নমক ইমানমক মানববসিদা মীশক খংনবসি য়াম্না বানয়ে। মখুং তরা পানবা, মখুং মখি পানবা হায়দুনা তোঙাম্না লৈতবনিবা, কনানা বামোননো-কনানা মীতৈনো কনানম্ব খংবা ঙম্রদ্রে। লুকুন থাংলবসি বামোননি হায়গদবস্তু (কিরাং) শা-তানবা ফাওবা লুকুন থাংনয়ে। হৌজিক্কা খংনকম খুদম হায়বসি করি অমতা লৈখিদ্রবনি। মীতৈ বামোনশিংগী মপুখো পুরেনশিংনা মীতৈ ভ্রদা তাংজবিঙৈদদি মীতৈবু মখোইনা লাইনি হায়দুনা থাগৎনরম্মী। ধর্ম্মগী মরিদা মখোয়দা চংলবা মতমদদি মীতৈনা মখোইদা অমুক তাংজয়ে খোংন্নাংদা ঊরি য়েংশগুম্না মীতৈবু মখোইনা য়েংশ্রে। ঐখোইনা খোরম্বদুনা মখোইনা ঐখোইবু অমুক খোরে। মখোইনা তুথবা মাইগৈদা ঐখোইস্তু তুদবা ইয়া য়াখিদ্রে। মীতৈনা সোরারেনগী মচা-মস্তু ওইরবদি পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবা খোকপনি। মতম অমদা মীয়েবাকী মীনা লাইনি হায়নরম্বা মীতৈসিবু করম্বা চুরানথাবগী ঊশিং ফংদুনা পঙথগ্রবনো? সোরারেনসিবু মতম কুইরক্লদুনা চমথরক্লমালে। খোরম্না লাইনি খোরম্না মীনি হায়বসি লেংবা য়ারোইদবা ৱা ওইগনি। মীতৈবু লাইনি অমস্তু লাইগী মচা মস্তুনি হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা চৌক্না চাউনা পান্নিবা খাগীনস্তু হায়নবন্নিবনি। মুংয়াম্বা নিংথৌবা মীতৈ লৈপাক্তা পালিতৈদা

থাগী লৈপাক্তা হিংচাবা অম্না চোংথোকখি। থাগী নিংথৌনা হি চাবহুবু হাংপা ভমখিদ্রদনা মুংয়াম্বা নিংথৌগী মফমদা লৌনম তৌনা থাখি। মীতৈ নিংথৌ মু য়াম্বনা হিংচাবহুবু মীতৈ লৈপাক্তা হাংলে। থাগী নিংথৌনা মীতৈ হায়বাস লাই সোরারেনগী মচা-মশুনি, অচম্ব। নত্তে হায়দুনা য়াম্না পেনখ্রদুনা মুংয়াম্বা নিংথৌগী মফমদা চহি চহিগী লোইপোং কাখি। মাহুগী চহিদুদা পোকখিবা মু য়াম্বা নিংথৌগী মচা মুপাগী মমিংবু খাগেম্বা হায়বা থোনখি। আসাম লেপকী মীনম্ন মীতৈবু 'স্বর্গদেবর বংশ" সোরারেনগী চদানি হায়নরম্মী। চৌংথড থোম্বা নিংথৌমক্তা আসাম লৈবাক্তী শম্মু ফাখি হায়বা রারিস মীতৈ পুন্নক্তী সিংলি-তাংলি, তুরৈ-তুংথাড ফাওবা শিনদুনা লৈরিরনি। শামু সেনবম্নু নৎতনা, মখুত্তা খুংলাই ইয়াও য়াওদনা অহোম নিংথৌগী শামু য়াইসা অড'ওবহুবু ফাখি হায়বসি তেংবানবনা উকদবা থোরম অমনি। অসিগুম্বা মীনা তৌবা ডমদবা থোরম তৌবসিবু লাইগী মচামক নতনা অচম্বা তাইবং মীনা হেক্তা তৌবা ঙম্বা হোনদে। ইংরেজগা থাসিয়াগা লান সোক্ত'ডদা মীতৈ নিংথৌ গম্বীরসিংহনা ইংরেজদা লান পাংখি। গম্বীরসিংহ নিংথৌনা ইলায়-হেক লায়না নোংশানা উচি ফাবগুম্না থাসিয়া নিংথৌম্নু ফাদুনা ইংরেজগী মখুত্তা পীশিনখি। ইংরেজনা পেনখিদুনা গম্বীরসিংহ নিংথৌগী মচা-মশুশিংনা মথং মনাও ওইনা মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ পানবা হায়নখি। মরম অমদা অম্নুম্না তৌরমলিবা মীতৈগী মপাঙ্গল অম্নুং মবৌশিংদি হৌজিক্তা করি অমতা লৈখিদ্রে। মসিবু করি

মরমদগীনো থিজিনবা থোক্কপনি। মীতৈনা হৌজিক ওইরিবা মওংসিদি পোক্লকপদদি নপুং ফাবা অঙাং ওইরগা খরা চাওরক্লগা চি থুংবা, পাথং ফারকপদা মীরোল হক্তুবা অমসুং অহন খরা ওইরকপদা ফুঙ্গা ৱারীদা লোইশিনবা হায়বা মওংছুনি।

---

## মীতৈ লাইরহনবগী লম য়ানবা

হৌজিক অসিদা ঐখোইনা ঐখোইগী কানবা হায়দুনা ইহৈ ইশিং তম্নরিবসিদি লায়ৱবনা অমসুং পাঙ্গন মযেং তানবনি। (১) মীতৈগী পাঙ্গন অমসুং লৌশি বু মোদা তীম্না হায়থিবগুম্না মযোন কংথিবসিগী মরম থিদবা য়াদে। (২) মীতৈ ঐখোয়না ইনাকখুনবী লাইরেম্বীসিবু টিন ফুহুনা উরিক তানবগুম্না ঋানখোকথিবসিবু করি মরমদগীনা খঙদবা য়াদে। (৩) মীতৈবু লাইরিক লাইশু হৈহল্লিংদবা অমসুং চোকথহনবগুম্বা লায়না অমা লৈরিবসিগী চাবান পাদোক্তুবা য়াদে। মরম অহুমসি অরুবনি। মতম্না লৈরিদৈদা শেম-শারগা পুম্নমকসু ফরিবক্তনি। মরম অহুমসিদি ঐখোয়না মীগী পামলুবদ-গীনি। তাইবং পানবসিদা অকনবগী মতৌ তমলগা থরা কনবা ঙমদৈ, অশোনবগী মতৌ তমলুববদি শোন্থবা থুই। মতৌ তম্বসিবু সাজং তথা কৌই। য়াহিপ-চাকসা, চংপা-খোংপা পুন্নমক তম্লগা থোক্লিবমক্তনি। য়াম্না চাবা তম্বনা থর মকল্লি। থিজা চারগা শোল্লি। ময়াং ক বা অমসুং চখোম অমতনা মপূক থনবদুগা ভিম্নকরগা য়াম্না চাদবা হৈজে। 'চাও' হায়রিবা ৱাংহসি মীতৈগী

অহৌশাগী থৌজিন বানি। থবক্কি, মীতৈনাময়াংগী য়াম্না চাদবী অনম্মুং চৎহেনবী লৌরুবদগী মীতৈগী মপান্নন শোন্থখিবনি। ময়াংগী য়াথংসিনা চুখিবনা, হৌজিক্তা মীতৈনা য়াম্না চারুরবদি মপুক্কপ খায়হুনা শিরগদবতনি। সিনিংদবা মরম্না মীতৈনা হৌজিক্তা "চাও' হায়রিবা য়াথং বাসি চৎহনখিল্রে। মীতৈনা, ময়াংগী অর্মদা তাংজবিবা মতমদগী হৌহুনা ময়াংশি সিনা মীতৈগী মথক্তা অনিং তৌনা পানগে হায়হুনা, মীতৈগী পান্নন শোনথহন্নবা হিদাক অচৈন কুপ্পা থাখি, চিক্লাক করুনবা হায়হুনা মীতৈবু নোংথ্রং চিংপহন্দুনা বাশকহনখি। মাহুতবু মীতৈনা য়াম্না ফরবা থৌরাম্ম হায়না খনাখ। মতমগী ঈথক্তা কম্না থেংখিবম মীনা থাগৎপদা পঙহোতা হরাওখ্রে। মীতৈগী মমাঙদা মীয়েবাক চাসিংনা নিংথ ফজনা তৌরহুনা কোম্না নত্রগা উ-না লাইন হায়হুনা সাহুনা ঈরাং তৌই। থুরুম্বনি হায়হুনা লাইংুগী মমাংদা তেম্না অমম্মুং সাংনা-সাংনা তুহুনা লৈ। নোল্লুকপা হায়বহু মহুক্তি হায়হুনা ময়াংশিংনা মীতৈদা তাকপি। মখোইগী লাই অহুবু মীতৈগী মপুৎনা শোকহন্দে। মখোইনা শোকপদি করিম্মু বা য়াম্নদে। ময়াং কায়বসি লাইগা মানবা অচৌবা মীনি হায়হুনা মীতৈনা বাখনতৌই। লাইগা মান্নরিবা অচৌবা মীগী মফমদা নোংবা খোকই হায়হুনা মীতৈনা মীয়েবাকচা বামোনগী মখোইদা সাংনা সাংনা তুখনৈ। মীতৈ কায়বসি চাং অমদি য়োরে হায়হুনা মমাংনা মপুক্লিংদা সুডাইখি। মীতৈনা শেংনবম্বা অকনবগী কিজেং অহুবু হাও অতোনবগী যিদম্নি, খাদোকউ হায়হুনা ময়াংনা

মীতৈদা ফিজেৎ মরোং লৌহনখি। ফিজেৎসিনা শক য়াম্না নৌরে মতৌ য়াম্না মাঙ্গে হায়দুনা মীতৈনা থৌরই য়াওনা পাম্না ভৌনৈ। অদুদদি শিংগ্রেং য়ুংনা খায়বা তম্বী। য়ুংনা খায়বী সিংগ্রেংসিদি নুপী ওইবনা নুপীনি হায়দুনা থংহনজবা থুদম অমনি সিংগ্রেংসি খায়রগা শক থোক্‌না হেম্না নৌরে, ফজরে হায়দুনা মসিবু মীতৈনা ওনথোক্লা খৌরাই তানা পানজখি। মীতৈ ঐথোইগী নুপীনা লৈশাবিডৈদা য়ুংনা সিংগ্রেং খায়নৈ। মসিদি নুপাদগী তোঙাম্না লৈরি হায়বা খুদম্নি।ময়াং বামোনশিংনা মীতৈ হায়বসি লাক্লখি থাজনিঙাই লৈতে, মকোন থংলরোই হায়দুনা লংহৌদা লাইরা শোনজিন্দুনা মীতৈ নুপা মথৈবু পুনসিন্দুনা থমখি। লংগৌ লাংদুনা থুরগা মীতৈনা নিংবা থুংজরে হায়দুনা হরাওখি। ময়া ম মীতৈগী লাইপক্লা ময়াং লাইফম (তীর্থ) গী লৈথোম্না য়েকসিনবিরে। মতুতবু মীতৈনা লাইফংননবগী লম্বিনি হায়দুনা চাকচা মাংদা নোংমগী অমুক অমুক নিংশিংনৈ। মতুদগী চাকচা করাম্বা য়াত্রে হায়দুনা মীতৈবু ময়াংনা কম্না বারকই। চাক ডাইনবদা মপূক চাউবা মীতৈগী তিনমল-লাইমন পুন্নমক ফুদোকতুনা লাইথুং পুন্নমক্কী মমি ফুদোকগ্রবনি। লাইথুংগী লমদমদা মীতৈনা করি মপাঙ্গম বনজক্লগনি। ভৌনজা লাইতংবা মন্নুনা মপান করি ওইগনি। মীতৈ নুপী পুন্নমকপুস্থ বামোন্না লাইবা শোনজিনবিরে উচিথোইনা মিয়াং সুস্বগুম্না সুম্বিখ্রে। মীতৈ নুপীগী মশাদ অফা-অপুনবগুম্বা অমা নংলে। মচা-মরাগী রাবু ইনগত্রা, বামোন গুরুগী রাবু ইনগত্রা, অতাবী কংবা ভমথিত্রে।

ময়াংনা মপা-মপু শিখিবা পুম্নমকতুগী দমক চাকহেন ঙ'হেল্লু অমসুং শিখিবশিংদুগী য়ায়ফ থুভম ওইনবগীদমক লাই চেংনা থুরুম্মু-হায়দুনা ঐখোয়দা তাকপিরে। মখোইগী হৌভম সাংফম অদুদগী হেন্না লাইফম অতৈ লৈতে হায়দুনা ঐখোইদা হায়বিরে। মতৌ অসুম্না থৱ থৱ জৌশিল্লকতুনা মীতৈ পুম্নমকপু পুনবা লোয়নগা মখোইনা চিংনিংবা ম'ইকৈদা ঐখোইবু চিদুনা পুরে। ঐখোইনা চংলোইদবা কয়ি ইতিক লৈরিবগে। ময়াং নত্তনা ঐখোইদি পোকপসু য়াক্রে, শিংসু য়াক্রে কয়ি থোকই? মীতৈ সুপীনা চাপোকচুনা থা তক্কক তরেং চমাং চাদুনা লৈ। ময়াং গুরুগী খোংবী মচুম নত্তনা মীতৈ সুপীদি শেংগংপা য়াখিদ্রে। লিক লুবুন ফংলিবা অমসুং নাম ফংলিবা মপা মপুরোইদনা নাম ফংলুদুনা কয়ি মতৃ ফংগদৌরি? উচেক্না লৈথাদা তাথ্রবা মচাদুবু পুথংপা ঙমদে। মদুবু মপাঙ্গল শোনবা অমসুং মরৌশিং ম্লাংপনা ওইরোইদৌরিব্রা? মহাং মরোল হৈরবা মীতৈনা ময়াং লাইগা তাইনবা ঙমখিদ্রিবা কদিগীনো?

---

## শ্রাদ্ধ (চুক শাবা)

মীতৈ হায়বসি লাইরহক্তুবদি লমহেনখ্রসি, নাপান চাউখনি অমসুং তৌনিংবত' তৌরসি গাদদুনা ময়াংনা মীতৈদা লৌনম অমা তৌই। মখোইনা হ'য়রি,—"লাইদা য়াম্না কংলু, মতৈ য়াম্না চাউনা', ফংগনি, নিংহসু শোইদনা থুংগনি য়াম্না পীক্ক-পীথক

তৌকো, হয়েং শিরগা লাইরৈপাক্তা মপৈ মপৈ লৈরমগনি। নংগাইগী মুমলাইদো লাইমা'নি মহুদা, কংশিল্লবদি লৈখ। তাবনি, নখোইগী অবা'ন থুংমস্তু ওইবা য়ারোই। হায়রিবা পুম্নমকসি থাজনবা হায়রুনা, মীতৈনা থঙত্রিতৈগদা হায়রিবা পুম্নমকতুগী ধারি সৈরেং লেংথোকতুনা ছাপা নমহুনা থম্মি। মহুবু ভক্তি প্রবনি হ'যহুনা মীতৈদা তমবিরে। মহুতবু মীতৈনা মপী হেক তাবমথৈ পাজরে। বামোন লাইদা পংকত্তা কংশিল্লে। ময়াং গুরুসিংবু কৌ-কোহুনা পংগীতা পীজরে। চহি অমা চাগদবা চেং ফোহু থা অহুনদা লোইসিল্লে। ইংখোন্দা মহৈ মরোং থরতং পানজবহুস্তু তংবা, অফবত অমস্তুং চঙ-থোকপা হন্দুনা বামোনগী লাইদা লেংইনা বংশিল্লরে। তিনচা লায়তঙবা মহৈহু ঐখোইনা চাজরে। মহুগুম্বা ফতহৌথি চাবহুনদি লৌসিং কাবা হৌনদে। অচংবা মচংতা চাবা বামোম্না ঐখাইগী শেংক পায়হুনা হায়রিংবসিনি। মীতৈনা চাপোক্লে 'ষটি' তৌদবা য়াদে হাযহুনা সেম কযা তি হল্লে। 'ষষ্ঠি' মুমিৎ অহুদা বিধি কৌবা লাইনা অঙাং সিংহুগী মরাইবক্তা অফ-ফত পুম্নমক লোইনা ই হায়নরি 'ষষ্ঠি' তৌশিনবা অঙাং অহুগী মরাইবক্তদি করম্বা লাইনা ইরিগবা? মংস মীতৈগী পৈশা তিংনবা অমস্তুং বামোনগী পুকচাক ওইননবা লর্ষ-মচা অমনি অঙাংহুনা চাউরক্লগা লাইমিং পীবনি হায়হুনা অমস্তু তৌরি, মহুদস্তু শেল কয়া অমা তিংলিবনি। মপা অমস্তুং মপু ওইবনা লাইমিং পীবা য়াদবা করিগীনো বামোম্না মীতৈবু মচেৎ অদত, থাজদবা করিগীনো? বিবাহ হায়হুনা মমস্তু তৌরে।

এহুদা চংত্রবদা লুপা ৪০০/৫০০ ষোম অমমুং চাখোকই। অনানসু থংবিরোইদবা সোনবিরোইদবা অমমুং মিংচৎ ওইরোইদ-অহুদা অরেম্বদা সেন মাংহনবসি চুমদবনি। শেন ইতিং তিংদনা চিকপক্না মীতৈ ঐখোইগী মুমিৎ থা খুকম্বা হায়বহুবু করি তৌরবগে? অপাম মুংশি থুংননবগী তৌরিবা বিবাহ হায়বসিদা লৈপাক মাংদা ষোম কাপতুনা তৌরিবসিবু ফানবু ইকায়খম অমা থোকপনি। শিরবদা শ্রাদ্ধনি হায়দুনা হেনকদবা অমা তৌই। মহুৎদি মীতৈনা পুম্নোই লোইনা থাদোকপনি। ঠাকুর-শিনা থর মাম্না ফংগদগী মীতৈবু কুপ্না শেম্নরিবনি। শিংত্রবমিনা অনুক হন্নকদবা লৈত্রে, লৈজবা মথৈ হাপহৌরগে হায়দুনা মীতৈনা পুক্নি দা কন্না থম্নি। ফৌকোৎ অমা তুম্না তাইথোকনি, শনপোৎ খংসু য়োম্থোকনি, মতু মচাগী লিক কোন বক্ষেপ থমগনি, পালা অনি শকতুনা কুমৈ মুভাইনবা থৌরাং তৌগনি। মীতৈ লৈপাক্কী উক্তাগা, ময়াং লৈপাক্কী উক্তাগা চাং য়েংনহন্নিবনি। ফীরোই অফবতা তৌগনি, লৈপাক হুপনা পিজগনি। শ্রাদ্ধগী লাইরিক "প্রয়োগ চিন্তামনিদা" হায়রিবহুনসু পেনদদনা পোম্থোই থর হাপত্রবদি তকৌ তকৌই হায়দুনা, মমখ চংখ্রবা কিংবাম, কোলিক, মোনপাক, মোম্পুম, মখোম সের অহুম থোকপা মণবী অসিনচিংবা হাপ্লিবনি। পুম্নমকসি লাইরৈবাক্তা পুকৈ ওইনা পৈহুনা লৈনমগনি, শিংখিবা মীহুনা অমতা হেক চিথদবা মথৈ ফংলগনি হায়বা বাখলসি মীতৈনা কন্না পায়রিবনি। বামোন পুরোহিত অহুনসু শোইদবনি হায়দুনা মীতৈবু নমহুনা থাজহন্নি। লাইরৈবাক

হায়রিবত্বু মফম কদাইদনো, মীতৈনা অমুক থংগদবা লৈত্রবনি . শ্রাদ্ধগী লাইরিক অহুনা হায়রিবদি শিখিবা মীতুগীদমক শ্রাদ্ধদা করি অমত্তা হাপফম থোক্কে। কুশনা শারিবা য়েকপু পোকপা অপোকপা ব্রাহ্মনহুদা কংশিল্লিবনি হায়হুনা লাইরিক অহুনা লাউরি। মীতৈনা মসিগী করি অমত্তা খঙঙ্বা লৈতে। অমস্তু শ্রাদ্ধগী লাইরিক অহুদা হায়রিবদি — (১) ভুমি — লৈপাক, (২) আসন — ফিদা, (৩) জল — ঈশিং (৪) গন্ধ — মনম হুংশিবা, (৫) দিপ — থাওমৈ, (৬) অন্ন—চাক, (৭) বস্ত্র—ফি. (৮) তাম্বুল —মরোই মপাং, (৯) ফল—উহৈ মাহৈ, (১০) পুষ্প — লৈ-শু, (১১) ছাত্র—য়েম্পাক, (১২) রাজত—লুপা, (১৩) কাঞ্চন — সনা, (১৪) শয্যা — হিপ্পনবা, (১৫) গো — শল, (১৬) পাদুকা—খুপ্রাং মথন তরাতরুকসি কুসনা শাবা ব্রাহ্মণ অহুদা কংশিনলগনি হায়রিয়ে কুশনা শারিবা গোত্রগী ব্রাহ্মণ হায়রিবসিদি, গোত্রহুবু পোকশিবা ইপা ইপুহুনি হায়বা বানি। গোত্র হায়রিবসি মীতৈগী য়েক হায়রিবশিংমনি। গোত্র হায়রিবা মাহৈসি মীতৈ ইপা ইপুশিংনা মচিনকৈদা খঙলমদে। কাইনথংদা ব্রাহ্মণশিংনা য়েক্কী মতত্তা হাপশিংবনি। শকপা শোনবদা মুত্তাইনা খুং কোইদনবা হায়হুনা ব্রাহ্মণশিংনা শিনখিবা ওইগনি। হন্দকী গোত্র হায়রিব-সিবু মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবদি—য়েকপু পোকপা অপোকপা হায়গনি। গোত্রগী ব্রাহ্মণ হায়হুনা হায়রিবসিনা মীতৈবু পোকখিবা ওইরবদি মীতৈ ব্রাহ্মণ ওইগদবনি। ব্রাহ্মণহুনা অতোপ্পা চম্ম নিঙোক্না তাংথহুনা মীতৈ পোকখি হায়বসিদি ঐখোই

থোইদোকপা ফজত্রি। গোত্রগা য়েক্না তাইনরকপসিদা মরম অসিনা হোত্নুা লৈরে। শ্রাদ্ধগী পোংলম তরাতক্কাসিদি কুশনা শারিবা গোত্রগী ব্রাহ্মণচুদা কংশিললিবমক্তি। শিখিবা মীচুনা চননবা নত্তে। শিখিবা মীচুনা চাননবা নত্রবস্তু, গোত্রগী ব্রাহ্মণচুদা কংশিনবা ওইররবস্তু, শ্রাদ্ধ হায়দনা অমতংদি: তাদবা য়াদবনিনা, পোংলম মথল তরতক্কসিতবু লাওবনদি য়ুম্বুগী থোইদোইক্লা ময়েং তারোইদবনি। অমস্তং পোংলম পুম্মমকতু য়প্রবস্তু মঙ্কত্না মমল হাম্না য়াই হায়নরি। ফংদবা পোং অচুবু চেকশম পায়চুনা পুপোকহনবা য়াবা হৌনদে। কনাগুম্বা থওদ-হৈত্তবা ব্রাহ্মন্না সোনবা শ্রাদ্ধচুদদি পোংলম ইহাপ হাপত্রবস্তু করি থোইদোকপা অকায়বা ওইগনি নিংজদে শ্রাদ্ধ সোল্লিবা ব্রাহ্মণচুদি থওদব-হৈত্তব ইয়া য়াত্রবা অমনি শ্রাদ্ধ হায়রিবসিমক্তবু মাতৈ এখোয়গী চুক-সাবা হায়রিবচুগা অমতানি। মীতৈগী চুক-সাবচুদদি ফংদবা অমস্তং পুথোকপা ডমদবা পোংলম অচুগী মঙ্কত্না মমল চংদবা অতোপ্পা পোং অমা হাপ্পগী পথাপ অমা লৈনৈ। শ্রাদ্ধ হায়রিবসিদস্তু মাচুম্মা তৌবা য়াগত্রা থক্লে। হৌজিক্কা লায়রবা মরম্মা কনাস্তু শ্রাদ্ধদা মন হাপ্পা ডগ্নত্রে। মন চঙবগী মঙ্কত্না লৈতাম্না সাবা মন অনা হাপ্রবস্তু য়াগত্রা থনক্লে। দান ফংলিবা ব্রাহ্মণচুতস্তু নাপীনা শাবা য়াববদি দান ওইরিবা মন অচু লৈতাম সাবদা থোইদোকপা লালগনি নিংজদে ব্রাহ্মণ সারিবা নাপীচুদি অশেংবা নপী কুশনি হায়রবস্তু, মন সারিবা লৈতাম্দুদা গোপী চন্দান থরদ য়ানশিন্নগা য়াগদ্রা থনক্লে।

ভুমিদানগীদা লৈতুমগা লোয়ননা ফোদাং হাপ্পগুম্না, লৈতানগী বনচুগা লোয়ননা সঙ্গোম সের অমতং নিংথিনা হপ্লগা থবক য়াগনি নিংঙৈ। শ্রাদ্ধগী ভুমিদান হায়রিবসিদা লৈপাক মতুম অমগা ফোদাং হায়চুনা ফো খরগা হাপ্পরিবসিদি লৈপাক অচুদগী ওইরকপা মহৈ মরোং ওইগনি। মাচুম্না তৌবচুদা সেল ভিংকম থোইদোকপা লৈতে। 'আসনদান' হায়রিবসিদা সতরঞ্চী ফিদা অমা থারগা, অচুগী লৈতেং হিদাকপু মখোড, ভানথক তোংজৈ অমসুং চৈস্নুনচিংবা হাপ্পরিবসিদি, হিন্দু শাস্ত্রনা মনিং উইশিন্দুনা থিবদা ফংদবমক্কনি। মসিদি মীতৈ মুৎননবগী লম্বী নত্তনা অতৈ করিস্সু নত্তে। শাস্ত্রনা ফিদা হায়চুনা লাউরগা কীতৈনা হিদাকপু তোঙৈজ লানশিল্লুরবসিবু কুশগী ব্রাহ্মণ অচুনা ওন্থোক্লা ওক্কদৌরিবনি। অমসুং কুশগী ব্রাহ্মণ অচু হিদাক য়াম্না থকনবসু মাল্লি। লৈতেং হৈব ইবুঙোসিংনা মী মুৎননবা তৌবিবা থোৱাংমক্কনি। সতরঞ্চী নত্রবসু থুদৈ মচা অমতং থুপতুনা থারবসু ফিদা ওইবা য়ারিবনি। থুদৈ ফংদ ফংদ্রবদা থেংবোং মনা অমা থারবসু ফিদা ওইবা য়াবনি। 'জলদান' হায়রিবসিদা চক্ক-নত্রে তুংগা অমদা ঈশিংচু হাপতুনা কংলবসু যারোইদবা করিস্সু লৈতে। মচুদি তৌবদদনা স্নাপুন লুপা ৮/৯ পীবা অমা হাপ্পরিবসিদা মুৎননবা লম্বী নত্তনা করি অমতা ওইবোইয়ে। 'গন্ধদান' হায়রিবসিদা লুপা ৩/৪ পীবা সুবাসিত লিক্লি অমা হাপতুনা তৌনরি। মসিগী মহুত্ত মনম মুংশিবা চন্দন মচেৎ হাপ্পবসু য়াবনি। 'অন্নদান' হায়রিবসিদা চাক

চাকলুক অমগী মহুত্তা, চেঙ, চেঙ-চামলুক অমা, ঈনশা নাপী কোকথোং অমা, মরোই মপাং চাক থোংননবা তেক, থাং, থাবৈ, চেকপ, য়োংসবী, পুখম, তেংঙোং খুজাই অসি খিবিকসি বাংমাম্না হায়জিন্দুনা হাপনরে। চাক-চালুক অমগী মহুত্তা অস্তুপ য়াম্না হাপনরবদি, কোল্লিকতু ফেননবা মী অমত্তু শ্রদ্ধদা হাম্না য়াবা থবক্কি। মীতৈনা লৌশিং য়াম্না শিংডি হায়রিবশিদি বামোনগী মতুং ইনবা ভন্নবা শিংবনি। হুজ্রকপগী মরমদা শিবা তাম্নরবদি অডাং মচাশিংদ উজ্জাশিংন থনবা পোকপনি। 'বস্ত্রদান' হাযারবসিদা কুশগী ব্রাহ্মন্দা ফি অমত্তং কংশিল্লবস্থ হেক্তা লোইবা য়াবনি। মতুদি ইতৌহেক তৌদদনা শিথিবা মীহুনা শং চানবনি হায়হুনা ফিরোন পুন্নবক মশিং শুন হাপনরিবসিনু পুং-মৈথিন চাবী ইমা-ইবেনশিংগী থৌজান্দগীনি। 'শয্যাদন' হায়ারবসিদি ওস্থাক্লা চাউখরে। কাংথোন, মোনপাক, মোন্দুন ফিদক, ক ডহন, খুখন শেং-চানবা ফিরোন, খুযা-লুখুনচিবগী লুপা লুপা। শ্রাদ্ধদা শয্যাগী লাকনবসিদা মীতৈদি মুংলবনি। ফম মচা অমদা ফি অমগা, মোন অমগা থোরাং তৌরগা অচুমক লোইগদরা থবক্কি। ঐখোইনা হৌজিক্কা তৌনারবসিদি, বা পোন্দুদা মোন-পাক- মোন্দুম থাম্নহুনা বাডথন থন্দুনা থম্মী। মতুদা ঐখোইনা থম্নরিবদি শিথ্রিবা মীহুন লাকহুনা কাংথোন্দুদা হিপ্পরিবনি হায়হুনা, ইমা-ইবেনশিংনা শয্যারোমদা য়েংহুনা খৌনাও শেগায়বা মথৌ কপনৈ। ইপা-ইপনশিংস্থু ওইদ ওইরমালে হায়তুনা ওচেক্লা থমোই কায়না কপখি। অসোয়দদি শাদ্ধ শাদ্ধ ... ...বা

শর্য্যাদুদি কুশগী ব্রাহ্মণদুগীনি হায়দুনা লাউরি। ওম্বোক্লন্তু ওনরম্লে; খল্লুবদা ওম্বোক্ল ইক'য়বা থবক্তি। 'গোদান' হায়রিবসিদা যম হাপ্পা ওমত্রগা কে'ম্বোরী অমা হাপনৈ। লিমোন তাংডকপসিদা ঠাকুরশিংগী ওম্বোক্লা কানবা অমনি। মসিদি পুরোহিত ঠাকুরশিংগী 'কৃপানি'। যনগী মহুত্ত কোম্বোরী হাপ্পা য়াবসিনদি, 'ষোড়শ দান' গী পুম্নমকতুগী মহুৎ তাপ্পসি শোয়দনা য়াফম থোকই। মথন তরাতককসিগী মমু দা আশন, জল, অন্ন বস্ত্র অমসুং শয্যা হায়রিবা মতাসিদি হৌজিকী মতমদা মীতৈবু হিংনা চারবদি শ্রাদ্ধ তৌবদা মীতৈনা মক ফংনা য়ুংনরিবসি মরম মতাসিদগীনি।

শিখিবা মুমিত্তুগী শ্রাদ্ধ য়েৌবা ফাওবদা 'পুরকপিণ্ড' হায়দুনা তৌরিমসিদি, শিখিবা মীদুগী হকচাং সাগৎপা থোবম্নি। মহুত্তবু মীতৈ ঐথোইনা, শিখিবা মীদুনা চাননবা 'পিণ্ডনি' হায়নৈ। পুরক হায়রিবা থাতৈগসিমক্তবু মীতৈরোন্দা মপুং ফাহনবা হায়বা রানি। শিখিবা মীদুগী মকোক্কগী মথোঙ য়েৌবা অমসুং শিংলি, তাংলি, তোং উন পুম্ননক শাগৎপা থোরমসিবু 'পুরক' সোনবা কৌই। 'পুরক' পিণ্ড' মসিং মুরগা শ্রাদ্ধ মুমিং অহুদা মঙ্গনা মথোরাই হাপচিন্দনা শিখিবা মীদুবু কৌদুনা মহাক্কী য়ায়বী নথোরাইগী রায়ফ খুভম লম্বী সেম্বা থোরম্ভু শ্রাদ্ধ হায়রিবসিনি। থোরাইদুগী রায়ফ খুফম ওইনবগীদমক, কুশগী ব্রাহ্মণ অহুদা হায়জরিবসিনি অমসুং পোংলম পুম্নমকতু কুশগী ব্রাহ্মণ অহুদা কংসিল্লবনি। শিখিব মীদুনা শেং চাগদবা নংতে। শিখিবা মীদুদি শিরমদাইদা তাইব

চীঙ্গাক লোইরবনি হায়দুনা ঈশিং ফাওবা য়োৎখিদ্রবনি। শাঞ্জনস্থ হায়দ্রবা, শিখিবা মীদুনস্থ পাম্লনদ্রবা পোংচং পুম্নমকসি চংহন্লিবসিবু পুন্সিংগী কৈনা চাবা হায়বদু ওইরবনি। শিখিবা মীদু হীদাক য়াম্না পাম্লম্মী হায়দুনা হিদাক অস্থবা হেক্তা হাপ্পে। মহাক্তা পাম্নম্মী হায়বা পোংলমদুতবু হাপনরবদি করম্বা পোংলমদি চিথহোগদৌরি। কুশগী ব্রাহ্মণদা কংলিবা মথন তরাতকক অমস্থং সিধানি হায়দুনা অচাথক মপৈ অমা পৈথিবদু কুশগী ব্রাহ্মণ অদুনস্থ অমতা পুখিবা লৈতে। পুম্নমকতু পুরোহিত বামোম্না লৌশিন্লিবনি।

মীতৈনা য়াম্না কংসিনজবে হায়দুনা কৈগম নিকতুনা লৈহৌই। শ্রাদ্ধ লোইরগা মীগী সেম্না ডক পায়রগদবদুদি করি অমতা থম্নদে। কুশগী ব্রাহ্মণদুদা কংশিন্লিবা পোংলম পুম্নমকতুদি ফংগদবা মীওই য়েদুনা য়্যুদুনা শিথোকখিগদবনি। ফংগদবা মীওই কাম্নবদি বামোন লাইরবা, নিডোল অমস্থং থোংতেক মীতংডবুনি। য়্যুদুনা মীওই য়েংদুনা শিনিংবা অমদা শিসিন্নগা লোইরবনি। মীতৈ নিডোল লায়রবিদি 'দানপত্র' হায়বদুমক হেক থোক্লিবনি। হেনফদ্রবা থৌদোকসিদা শীগদবা মথেনা নিডোলদা শিহৌদ্রবদি তুনা মীতৈ লায়রবনা মচন মচাদা শিব, চমগদবা কৈথদ্রবনি। মসিগী পথাপসি চংলবদতা মীতৈগী লায়রবা বোকনি। মীতৈগী লন মীতৈদা হজিনবা কৌবে। সিধা ময়ামদুস্থ য়্যুথুনা হেক্তা লৌশিন্নগা লোইরে। শাস্ত্রনা কবিস্থ খিংবা লৈতে। 'শাসন' হায়বদি চৈরাক তৌই হায়দুনা 'শাস্ত্র' কৌবনি। মুড়াই-য়ুং...না পাম্নবা

হায়হুনা শাস্ত্রানা ঐ.খায়বু চৈরাক তৌরিবনি। 'মুনি ঋষিশিংনা লায়রবা হিংবনবা অমসুং অনায়েক পুম্নমক তেকসিন হঙ্গিন্দনবা হায়হুনা শ্রাদ্ধ তৌবগী পথাপসি পীনরম্মিবনি। ইমা ইপা ওইরিবা ঋষিশিংহুনা মচাশিংগী মুৎননবা থৌশিল তৌবিরম্বা হৌনদে। শ্রাদ্ধ শোল্লিবা পুরোহিত বামোন্দুদা লুপা ৫/৬ তং পীশিল্লগা লোয়রে। শেম ওইনা পিশিনবা ওমম্রগা মিঙোন্দা পীগদবহুদগী, থাইদোকহুনা পুরোহিততা থরদং পীশিল্লবসু অহু মডায়। মসি তৌই হায়হুনা কনাসু 'কাসি' নংগদবা লৈতে। বামোম্না হায়বা ৱাসিতবু মীতৈনা লংথোক্লিংবা লৈতে। শ্রাদ্ধগী পোৎ অমতা শোকপা য়াদে হায়হুনা বামোন্না মীতৈ শোকহন্দে মীতৈ থৌনা ফবনা বামোনগীদমক চৈ পায়হুনা ঙাকতুনা লৈ। শ্রাদ্ধগী লফোই অমতং চিথহৌবহুসু মীতৈনা বামোনগীদা য়ৌহল্লিবনি। মীতৈনা তৌবা ওম্মিবনি হায়হুনা মপৈ-মপৈ হুপ্লেকক্লিবসিবু কনানসু থঙবিদে কনানসু শিংথাবিদে।

---

## পাল ওম্বী, তর্পন কৌরোই, লাইদা কৎপা

মীতৈ নিঙোল লায়রবসিংনা 'ষোড়শ দান' ফংজো হায়রগা কিহুনা চেল্লি। বামোনশিংনা মথোয়দা থাথিবা ৱাহংসিন্না চেৎমনখিবসিনা, অথওবা অহৈবশিংনা তাকপীরবসু মথোইনা অমুক মীতৈগী বা লৌনিংবা লৈখিদ্রে। লায়রবনা কৈথেন তৎপা থাদ্রবী মীতৈ সুপীমক্কনি। কৈথেন খুদিংগী শেন্দোংনসু মচা মরা থাকপা ওমজিন্দ্রিবনি। মরোংসি ওইনা, মপাদদা অসি অনা নংলগা,

াল ভগী হায়দুনা অমা তৌনরি। কদাইদগী লুপানা পাল মগদৌরিবা? অসিগুম্বা মতিক-চাদবা থৌরম্, ঈকায়-খুম্নবনি াযদুনা মীতৈনা তৌনরিবনি। কয়ানি মীগী থোঙদা চঙদুনা মায় ানগদৌরিবা? কনাগুম্বনা থি, লুরবসু নরম্না তৌবা নত্তে হায়দুনা রাই-তরাইনা হেক্তা খুদ্মী। ওইদবদা মরম ওকপসিদা মীতৈগী নিং লাইরেম্বীদি লমদম থাপনা চৎথরবনি। শ্রাদ্ধসিনসু লোইবা ত্তে। শিখিবা মতম য়ৌক্তি ফাওবা চহি অমা চুপনা থাশি-থাশি দিংগী বামোন লাইদা সিধা থিম্নিবনি অমসুং মী নিফু-য়াখৈমুক ক পীজারবনি। শিখিবা পুম্নমক্কী পুকৈ থম্নবনি হায়দুনা ঐখোইনা খল্লি।

ঐখোইনা তর্পন হায়রিবসিদি পাঞ্জিকাদা 'অপর পক্ষিয় শ্রাদ্ধ' াযদুনা থারি। মুমিৎ তরা-মঙানিসিদা পীজ-পীথক তৌ হায়বা রিসু লৈতে। ৱাহৈ থর হায়দুনা ঈশিদা খুজেপ থাদরগা লাইরে হায়রি। মসিগী মরমসিদা মীতৈ ঐখোইনা মীরৈবাকচাগী তৌ তমজর্নি। মীরৈবাকচা ময়াংশিংনা মুমিৎ তরামঙানিসিদা ক পীজ পীথক তৌনদে। মতমসিদা ঐখোইনা পীজ-পীথক তৌরগা ঐখোইবু অপঙবনি হায়দুনা নোক্কে। মীতৈ লৈপাক রবসি মীতৈ ঐখোইগী হৌকম ঈযুংনি। মাঙোন্দগী অরোইবা াইদনা থোক্লিবনি। মীতৈ লৈপাক্কী থিদম, মীতৈ পুম্নমক্না লৌন-রিবনি। তৌরিবা পুম্নমকসি মীতৈগী অকাবনি, অকুপ্পনি হায়বসি মীতৈ লৈপাকনা লাউথরক্লবদতা, মীতৈ পুম্নমক্না থংগদৌরিবনি। মীদুনা শিখিবা চহি অমা হায়রক্লবদা ফীরোই হায়বা অমা

থুংলরে। ফীরোই হায়বা ৱাহৈসি ময়াংলোনগা মীতৈলোনগা য়ানবোইনা তৌই। মীতৈলোন্দা থাঙ্গলেংনা হায়রবদি 'থবক হুনবা' হায়বঞ্চু ওইগনি। ফীরোই হায়বসি তৌবদা শ্রাদ্ধদা চঙখিবা শেন অচুগী থাইবোক অমসু চঙলিবনি। কনাগুম্বনসু ওঙ্খোক্লা চাউনা চঙখোঙ্গনু তৌনৈ।

ফীরোই লোইরগা ওইরবসু, মমাংদবু ওইরবসু শিখিবা মীচুগী লুপ-মচেং অমা পুদুনা তীর্থ চৎপনি হায়না তৌনৈ। নৈবা লৈতবা থৎপা মবৌ-মশিং য়োম্ভোকতুনা ময়াং নৈপাক তীর্থদা হেক্কা চৎলে। নবদ্বীপ য়ৌরগা, কনাগুম্বা মরুপ মপাঙদগী লুপা পুবা ফংলগা গয়াতীর্থ য়ৌমসু চৎনৈ। মমাগী খোম নামগী লমল কোকচরে হায়দুনা মীতৈগী পুক্রিং ওঙ্খোক্লা ঙমাইদ্রে। পলেমসিংগী লমল কোকই হায়বদি, গয়াতীর্থ থঙখিদবা, ইপা-ইপুশিংদুবু ঐখোইনা সোনাইরবনি। ঐখোয়গী ওঙ্খোক্লা ময়েং তাবা ঙাদ্রি। মহৌ উননবা নৈতবা অমসুং হৌজিক চারগা হোৎনেনগী নৈতবা মীওয়দুনা 'প্রভুপাদদা ভেট' কত্তবা য়াদে উৎসব কত্তবা য়াদে, হায়দুনা তৌনরিবসিবু 'প্রায়শ্চিত্ত হায়বদুরা, অদু নত্তনা 'জরিমানা' হায়বদুরা? তীর্থদুদা মীনা কংনিংবত্তা কচ্চনি, মদুবু অদুম য়াম্না খিনরবদি তৌদবা য়াদে হায়বা নৈরাক অনা য়াওরব্রা থনজে। ঐখোইনা লাইকম হায়রিবসিবু ময়াংতনা থুম্দাদুনা নৈরিবা মফম্নি। গঙ্গা তুরেনগী মপান্দা নৈ হায়দুনা লাইফম্নি হায়রিব্রা? অদু নত্তন ফজ ফজবা উ-দা হৌই অমসুং চেক্কা শাবা য়ুম নৈ হায়দুন তীর্থনি হায়রিব্রা? গঙ্গা তুরেল্লা চেমবা মফমদি অতৈসু য়াম্ন

লৈরি, তীর্থ ওইনবসু য়াম্না লৈরি। অমসুং ঐখোইনা লাইকম্রি হায়রিবা মফম পুম্নমকসি ইংরেজগী মথা পোন্দুনা লৈরবা মফম মক্তনি। ঐখোইগীসু অদু মতায়। মীতৈ লৈপাক হায়রবসিদি ইংরেজগী মথা পোন্দুনসু পোন্দবগুম্বনি মীগী মথা পুমপোম পোন্দুনা লৈরিবদুবু লাইফম ওইহনববুদি মীতৈ লৈপাকপু লাইফম ওইহনংঙা পামজে। মীতৈ লৈপাক্না অরেম্না লাইফম ওইরবদি ময়াঃ লৈপাক লাইফমদা লু-মচেৎ অমা থাদরুগদগী শরুক, মীতৈ ইচিন ইনাও শিংনা তৌরিবা খোংবান্দা থাদজনীভি। ময়াং লৈপাক লাইফমদা লু থাদরুরগা থবক মতোন লোয়েন হায়বসি মরম অমরোমদদি লোয়্র-বমক্তি। মীতৈ পুম্নমক্না লু-মতুং ইন্দুনা থাকচবা লৈতনা ময়াং লৈপাক তীর্থদা চাক্তি ফিনিদুনা পাম্লিবসিনি। ময়াং গুরুশিংনা থাকইবা লাংদা মীতৈদি ফজনা থুগ্রব্রি। অশিবগী লু-মচেৎ অমতং লোহোদবা য়াদে হায়দুনা কম্না চৈরাক তৌনগ্রে। কনাগুম্বনা লায়রবা মরম্না থবক চাউনা তৌবা ভমজত্নদনা শ্রাদ্ধদা লাইরিক মতেক অমা তৌহন্দুনা লোইশিনগে তৌজে। বৈরোম্ন লৈকাই অমসুং ভাইরী সেলিন অমুক য়'বিবা লৈতে। মরুপ লিংদুনা য়ুম্বদুবু নমথুদুনা কীর্তন অমগী থৌরাং তৌঠম্লি। ভাগবত অমসুং গীতা তাবসিবু মীতৈনা করিসু ওইনা উদে। "নীতি পরেং" শক্তনা লানফম লৈতে হায়দুনা কম্না পায়থবে। নীতি হায়রিবা 'রজি শাস্ত্র' সিনা পুমহেন হেনথরে।

# টিকাবন্ধ লাইফমগী তেকচাক

মীতৈনাময়াংগী লাইদা কংসিনবগী অমোইবা অমস্তুং অপেনবা নাইদে। লাই থুরুস্নগীদমক চংপা নত্তে, জরিমান পীবা চংপা ওইগনি। তীর্থদা চুম্না অানা ফানা কংপদি ময়াংনা পেন্দে; সের সের কংলবদত মখোইগী পেনবা ওই। টিকাবন্ধ হায়বদু যাম্না অফবা অমস্তুং অচৌবা থৌরম্নি হায়দুনা তীর্থদগী হল্লকপা কনা কনাগুম্বনা রারি তৌই। মদুদি ময়া বামোনশিংনা মীতৈবু মখোইগী খাতদা খুগী নমহনবা থবকনি। মচা-মস্থু সুনাও ফাওবা লেপ্তবা য়াদনবা "রেজিষ্টরী" তৌহনবনি। তীর্থদুদা মীতৈনা মহাকী লুপানা কচ্চরম্লবদি 'টিকাবন্ধ' তৌহনবগী থবক লৈতে। লাইফমদুদা ময়াং বামোনশিংনা মীতৈবু নমদুনা লুপা পুহল্লগা লুপা অদু লাইদা কংহল্লিবনি হায়দুনা বামোনশিংদুনা থৌরাং তৌবি। মীতৈনা পুরিবা লুপাদু শোয়দনা শিংনবা হায়দুনা ময়াং বামোনশিংনা চে-দা খুগী নমহল্লিবনি। মদুবু টিকাবন্ধ' হায়রিবদুনি। "ময়াং বামোনশিংদো য়াম্না হৌনবা খঙি, মীতৈবু য়াম্না নুংশিবি লুপা পুগে হায়রিবমথৈ হেক্তা পী হায়দুনা মীতৈনা বারি তৌনৈ। ময়াং বামোনশিংনা ডাইহাকীদমক, কনাগুম্বগী লুপা চনিরোম, রায়রুমগা, মীতৈবু ডাইহাকং পায়হন্দুনা অমমম ওইনা, লাইদা কংহল্লিবনি হায়দুনা লাই ইলৈ-লৈত্তবা মফম তরংদা কংহল্লিবনি। লাইনাংদা লৌনম তৌবা কিবনা মরোং অদুমনা মীতৈদগী অকেন কাম্ব লৌহোরবা শেম্নি। মীতৈনা ডাইহাক্তংগী মখুত্তা হাপলুই হায়দুনা মখোইগী খাতাদুদা" মীতৈনা পুপ্রে" হায়দুনা ইশিল্লি।

মীতৈ মথক্কা ময়াংনা লৌনমসি তৌনা তৌন। মীতৈনা ময়াং বামোন-শিংবু ওস্থোক্লা থাগৎনৈ। ময়াং নৈপাক লাইকমদা মীতৈনা হুক্কেক-দৌবমথৈ হুক্কেক্লমলে। লুপা কোকথোং ফানা মফমদুদা পুরগা অহুমক থনম্লে। লাইথু লাইনামথৈ খোমদুনা পুরক্লে তীর্থদগী হুরক্লগা হেকনা মুমদা চঙবা যাদ্রি। মাংদুনবু তৌরিব্রা; কনা অমতনা মরমসিদা করি অমতা হায়নদে। শেংদুনবু তৌরিব্রা; উংসব অমা কৎলগা ইনুং চঙঙি, যুম য়োরগা মশা লাইয়েং-চনবদা শেন কয়া অনা হুক্কেকলে। মশা খরা ফরকপা মতমদা ময়াং বামোনস্থ শেন থোৌবা থুংলরে। মীতৈনা থরা খরা পীশিনবা তৌই। মপানা লাইদা কৎলম্লবা লুপানি; মচাশিংনা লুপা চরা তরা ভয়বা হায়দুনা হোৎনৈ অমস্থং লেপনৈ। চহি কুনস্থরবা ফাওবা ময়াং বামোনগী লুপা শিংবা লোইবা ঙমদে। ময়াং বামোনদুস্থ মচাক্কী মরলনক্লা পুথোকখিবা মস্তবনা মপুক্লিং থোই-দোক্লা লাঙদে। লুপাদু শিংলবোই হায়দুনা মখোইগা থৎনক্করবদি নৈরবাক্তা মখোইনা দেওয়ানি মোকদ্দমা হেক্কা হোৌরে মখোইগা মোকদ্দমা তৌক্করবদি থুংলোং থীরবনি হায়দুনা, মীতৈনা মরো য়াস্থোকতুনা ময়াং বামোনগী লুপা শিংলোকই। মদু তৌদনা মীতৈগী হিংকম নৈতে। অশোমদা মরোল অমা, ময়াং চাক্লিববু লাকত্রা, বৈষ্ণবসিংবু লাংকত্রা, বামোনগী লাইয়ামদবু কৎসিনগত্রা, মীতৈদি মকোক ভাওরবনি। অসিগুম্বসিতনা মীতৈগী অরুবা নিক ওইরবনি। অসোঁমদা সরকারগী থাজনা রাংহৌবদুদি ক্রোক' তৌগ্রে হায়দুনা নিমরক্লে। তীর্থ চৎপগী হোৎনরিঙৈদা

অযমুং ধর্ম্ম খল্লিঙৈদা, সরকারগী থাজনা খজিক্কংদ্রু পীথোকহৌ-ধদুনা সরকারনা আইন মতুংইন্না তৌরকপসিবু মীতৈনা য়াম্না বাবৌনৈ। অসি-অনা ত্তোয়বগী পোং-য়েং শেন-য়েংনা মরোল অমা। অস্থুপ চিল্লবদা কুমৈ তৌদ্রবদি গোরিয়া মান্দ্রে হায়দুনা, মুপিমচাশিংবু 'বাসক' শকহন্দবা য়াদে হায়দুনা মদুগী শেন থায়বনা মরোল অমা। মসিগুম্বসিনা মীতৈদি উতোং অহোবদা তারবনি। বিষ্ণু কৌবা লাইদুনা উকংলাই ওইখি হায়বা মত্তাংদু মীতৈগী য়োরে। খমু-খম্নুবদা মুঙাইভম লৈরকত্র-বদুদদি মমৈ মকোক খঙদনা শাউবদুদা কম্থি তৌরুবদগী মীগা খংনরুদুনা মোকদ্দমা তৌমরে। সেনমথৈ মোক্তরদা উকিলদা পীশিনবা লোইরগা মশাস্থু 'ফাদোক' তারে, মীতৈগী মুঙাইফমসিগী মফম থঙদে। সরকারনা থাজনা য়াম্না লৌই হায়দুনা ঐখোইনা বাবৌবসি চুমদবনি। বিষা অমদা লুপা অমা থাজমা পীবনা মীতৈ ঐখোইগী সিফম করিস্থু লৈতে। ঐখোইনা অয়েম্বদা শেন মথৈ হুক্কেক্কিবসিগীদি কনাস্থু বাবৌনদে। ময়াং গুরুশিংগী চুপশিনবা পথাপসিনা মীতৈ ঐখোই লু-তোং পুন্নমক সাইতেকতুন লোইরবনি। মীতৈ ঐখোইবু মথেঙ ফানা মাঙহল্লগে হায়দুনা লৌনম পথাপ খিবিক পুখোক্কৎসিবু, মীতৈ ঐখোইনা লাইগী রাষেন্নি, লান্নবা লম্বীনি হায়দুনা চেংনা কোয়ংরে। অসি য়োনা লাংগী মমুংদা লৈনা লৈনা মীতৈ হায়বসিনা কাউগন্দবনা মহাক মহাক্না খোকপা অমমম মতৌনন্নি। মরক-মরক্তা কাখৎলকপা হেক হেক মাওরকই। ময়াংনা খুমজিন্নথা মঙগী মায়খুবসি

হায়দোক্নুনা ভাইবং ফাওরবদি মীতৈদি ওস্থোক্লা খুনা হাইগৎকনি নিংঙৈ।

---

## রসইকার রসজ্ঞ উঝা ময়াম ১সুং লাইরিক তম্বা কাংলুপ

মীতৈদি মহৈ য়াম্না হৈগদবা ফুরূপ অমনি। হৈগদবা লম্বীদা পনজাও য়াম্না খংতুনা থম্বীরে। মীতৈলোনসি হৌজিক্তা চম্নদে। মীতৈলোনগী অরুবা লাইরিক লাইসুস্ন লৈতে। চৈরাক ইকাইহুনা থোরায় য়াওনা তমসিন্নগে হায়বা বাখনসি তৌদদনা স্কুল তম্বা হৌনরে হায়বা বাখন অমা তৌরক্নুনা, ইংরেজী উঝাদা নত্রে, পুংগী উঝাদা নত্রে হুহারগী উঝাদা নত্রে মায়বদা চংহুনা মহৈ তম্বা হৌই। কনা-গুম্বা উঝাসিংনা চানবিমনগ্রহুনা—"স্কুল তম্বা হায়বসি অওকপা থোরম নত্তে, ভক্তিগ্রন্থদা লৈথরে," হায়হুনা তাকপি। হুপামচাহুনা মপা মপুনা তৌনখি হায়হুনা ভক্তিগ্রন্থ তম্বা হৌরে, "গুরুমার্কে ডাকিবের পড়িবার তরে" অসিদগী হৌরে। মসিদগী "চয়োচয়ো শ্রীচৈতন্য চয়ো নিত্যানন্দ" মতাংসি লৌথরে। হুপা মচাহু চাং অনাঙক্লা ওইজরে। মহুদগী মহাভারত হৈবা য়াদে হায়হুনা কন্না ইল্লক্নে। থোনাও উঝা মহাভারত হায়বা য়াম্না কৈ হায়হুনা থোনাও উঝাদা চঙলে। থোনাও উঝাসু মহাক্কী মহৈ উত্তবা য়াদে হায়হুনা কাশীদাসনা লেংবা মহাভারতকী আদিপর্ব্ব হাইহৌরক্নে। য়াম্না 'নিগূঢ় তত্বনি হায়হুনা 'জবন, সুন্দর বিহার কন্দর স্বর্ণ কান্তি অবতংস" হায়রিবসি তম্বীরে। উঝাসি

চুক্কপগ্রে' হায়রুনা য়োংকী সাম্বং মখুংদা মুক্কম-মুক্কম সোল্লি। ভক্তিগ্রন্থ তম্বগী মহৈদি মসি মথেনি। মীগী মহোলদা লাইরিক চম্বা হায়বসিনদি হেকনা বাম্নসীনবা য়াদদনা মীতৈ মচা অয়াম্বনা মুল তম্বা তোকখিবনি। ইশৈগী উঝা, পুংগী উঝা, মুহারগী উঝানা তিবা উঝাসিং পুম্নমকসিগী মখুংদা অয়াম্বনা বাংলা মুল তম্বনা মনানবগা মানবা ওমদদনা, মাষ্টারশিংগী চৈয়াকনা চাউবা ওবকতনা উঝালেংদা শুম্থিবনা অনম্বনি। মখোইসিগম্বনা মাণ্ডপ ময়ায়দা লৈরম্বনা সক সোনবসিদা পণ্ডিতসিং পুম্নমকনা চংদুনা থুক্কম্নবি। মহুয়া তৌবিরবদুদা সকসোল্লিবা উঝাশিংদুনা, মখোইদগী হেম্না চাউবা লৈথিদ্রে, লাই হায়বদু মখোইনা মওইরে হায়দুনা খল্লি। মমা-মপা, সাগৈ মাইতনস্থু, মচানি-মনাওদি ওনখোক্ক। চাওরবা খুভম অমা ফংলে হায়দুনা মথৈ লৈতনা হরাওই। য়ুমদা হন্থুবা হস্নুবীশিংনা হেক হায়তাকতুনা। "মখোইগী স্কুল হায়বদু কবিস্থু কামবা নত্তে, চাশা ইস্থুশা! মী ওইগে হায়না নিংলবদি পুং, ইশৈ অমত্তুং পালা তম্মু" অস্নুম্না হায়দুনা হস্তুনা লাউই। অদু তাবদা বাখন থনবা মথৈনদি, হোৎনা ফংবা মহৈসি নিংথিনা হৈরগে হায়দুনা মখোয় কাবে। থংদবা হৈতবা মীওয়দুনা, বাখন থেনবা য়ম্না মরোং অমা ওইনা মুডাইনৈ।

থক্ডদনা হৈতবা মীওইশিংনা কোনচাক লৌবা য়াদবা থৌরম তৌবসিদা, অথণ্ড-মহৈ ইবুঙোসিংনা থুক্কম থাজমলুহনা মখোয় গাহল্লুরিবসিবু তরাংনা য়ানবা হায়দুনা লৌনম তৌবিক্কমিত্রা?

তরাগী ফনবা পোৎলম লৈরে হায়বা উনা-উনা তরাবু কিহুনা মহুবু পুথোকপিত্রবদি ইবুঙোসিংনা কয়স্বা মতমদা তরাগী ফনবা থোরম তৌবিগদৌরি। মাঙননবগী অমসুং ময়েং তাননবগী দরক্তা ওইরিবা থোরমহুবু অহনশিংনা য়াদে হায়হুনা অহনসিংহুনা সিথিবা তায়হুনা লৈরবদি কয়স্বা লোন্দা থবক্তা ওইগদৌরি? ইবুঙোসিংনা সরকারগী চাকরী অমসুং ললোন-ইতিক্রচিংবা তেক্নদুনা শেন য়াম্না পুশিনবিরক্রগা পুং. ইশৈ, চুহারগী উঝা অমসুং বাঘোম্বা কৎসিনবিগে হায়হুনা তৌবিত্রা? ইশৈ শক্লিবা উঝাহৃদি মহাক্না সক্লিবহু মতোমতনা থবা ঙমজদে। চুহার অমসুং পালা হায়রিবসিদি, পুম্নমক্কনি। পুং হায়রিবহুসু ময়েক ৱাতবা নত্তে! মথোঙ্গনি। হৈত্তবা অমসুং থংদবসিংতনা তৌবা য়ারিবা হরি সংকীর্তনসিদা, অৎত্বা ইরৈবা ইবুঙোসিংনা হৈত্তবা অমসুং থংদবসিংগী মফমদা নোম্নুরিবসিদি, ইবুঙোসিংগী ওহোক্না মহী-ময়ায় চম্বা থোরম ওইগনি। হৌজিক নতমদা কনাগুম্বা ইবুঙোসিং অমনিনা পণ্ডিত অমসুং বি, এ, এম এ ওইকরিবসিদি মীতৈগী মমবতা ওহোকনা লডজ-চাউরবনি। মথোইগী ৱাদা কনা অমতনা চৎপিররোইদবনি। ময়াম্না থুহংশি হুনা ইবুঙোসিংদো মী ওইবা য়াত্রবনি উচেক ময়াম্না থুহংপিবা বহুলাক্তবীগী নতম ওইরবনি। মরমসিনা লাইরিক লাইসু হৈরিবা ইবুঙোসিংনা তৌনিঙাই লৈতদনা তরাগা চিন্নবা য়াননবা কায়হুনা ভক্তি কৎনুরিবনি। চাকুরী তৌরিবৈ, মপান্দা লৈরিবৈ, মতুপ অহৃদি হায়বা হায়না ৱরমী। চাকুরী থাদে-কনুনা হুংদা লাকপা

মতমদদি, প্রায়শ্চিত্ত" নত্রবদি লৈপাক্লা মহাকা ভিমবিবা লৈতে। লৈপাক্তা কন্থি তৌনকনে তোঙাম্না তাদুনা লৈরগদবনি। ধোবা, নাপিত অমসুং ব্রাহ্মণ ফংলবোইদবনি। জ্ঞান, বিজ্ঞান, হৈতবা অমসুং খংদবা মীওয়মা লৈপাক্কী ফনসবা ধোরমগী পোম্বিং উবগুম্বা হৌনদে। হৈতবা অমসুং খংদবা খিবিক্লা লিংঙিবা মরূপ অক-সুঙাইগী মরূপনি কররম্না হায়গনি? মীতৈগী গৌরিয়া ধর্ম্মসিদা অখংবা অহৈবা ইবুংঙোসিংগী মফম লৈতে। গৌরিয়া ধর্ম্মসিদা মীতৈগী ফগদবা পুম্নমক স্নামথী সম্বা তাহংলবনি। গৌরিয়া ধর্ম্মগী পন মন্নুংগী মীতৈদি খুবৈ অমতং হেন্দোকপা য়াধিজ্রে লাইরিক তমবদা অমসুং চাকুরী তৌরবদা মীরৈবাক্তা চেংনা গৌরীয়া তৌরবদু মখোইনা উথিদে হায়দুনা অমুক খাংজবা লৈতে। কনাগুম্বনা খর হৈজ-খংজরক্তুনা পুপোকচরংদুসু মখোইবু তাকপি-রবে হায়দুনা মকম্থি থোক্লা সাউই। খবকতুনা অফবা ওইররবসু মখোইনা ওইমদুনা অমুক য়াদিংবা লৈতে। মহৈ তংলুদুনা। ২মতং খংজ হৈজররবা মীতৈদুম্না সংকীর্ত্তন উবাসিংদুবু খুররদে, অহমনম, ব্রাহ্মণ ভক্তি তৌদে হায়দুনা মখোয়দা কনা অমত্তনা যিদা খাবিদে। হংবা ফাওবা হংবিদে। ময়াং মচা মচু নানবা অমা লাক্লবদি তাংবন পুথোকতুনা থাই, খুরুমম্থ খুরুম্মি। মীতৈনা তৌবিরিবশিনদি, মীতৈ অমতনা মখোইবু হেলহল্লিংদে। পুম্নমকসি ইহৈ হেক হৈতদম', মখোইগী মথা পোম্নবদতা মখোইগী পুক্তিং থুংবা ওইরি। অসিগুম্বা পুকচেনসিবু কিদুনা ডক্লা লৈরবদি খবক ওইরোইদোরে। মখোইসিবু "সাক্ষী গোপাল" ওইহন্দুনা থমবদতা থোরম পাজনি।

## মীতৈগী ঋুমদা লাইরবনা মহুম সাবা

বিলাতকী নিংথৌ হায়রিবসিদি অচৌবা নিংথৌ অমনি। থক্কা ভাল্লিবা কোৱৌ লাইগা চপ মান্নে হায়জগে মহাক্কী লমদা ঋুমিৎ তাবা লৈখিদ্রে। "তেংবানবগী অহুপ চাউরবা লমজাওসিদা মথল য়ামগ্রবা মীওয়বনা মহাক-মহাক্কী ফুরুপ অমমম নাইদুনা মবোল অননম তোঙান-তোঙান্না লোন্দুদা লাইনিং লম্বীস্থু অমমম নাইদুনা লৈনরিবনি। পুন্নমকসিগী মথক্কা পালিবা বিলাতকী নিংথৌনি, ফুরুপ পুন্নমক্কী লোন নিংথিনা থঙলিবনি। মথক্কা পালিবাশিংমা (নিংথৌ) পুন্নমকসিবু খৃষ্টান ওইরো, অমতা ওইরো হায়দুনা নমথবা তৌমদে। লাইনিং চেৎলু থৎন-চৈনগম্থু অনস্থুং হুরান-চিন্থিগম্থু হায়দুনা তত্তনা লাউরিবনি। ফুরুপ পুন্নমক্কী লাইনিং লম্বীগী পান্ধে ওইননবা সেন থুম ফাওবা পাংশিনবি-রিবনি। অঙম্বা নিংথৌ ওইরবনিনা পুন্নমক্না য়াননবা থৌরম তৌদবা য়াদনমা, পুন্নমক মহৈ-মশিং হৈননবা হায়দুনা মফম মফম থুদিংদা লাইরিক তম্ফম থম্বিরি। পুন্নমক্কী হৌভম শাৎফমগী মাৱী লাইরিকস্থু মপৈ-মপৈ থম্বিরি। কনাগুম্বগী লৈত্রবস্থু মখোইমা মরী-মখোঙ থিদুনা চুন্না ইশিন্দুনা লোইশিন্দুনা থম্বিরি-বনি। পুন্নমকপু খঙজরো হায়দুনা লাউরিবনি। থোইনা হেন্না খঙননবা হায়দুনা অতোপ্পা লৈপাক্কা বিলাত্তা লাও হায়দুনা কৌরিবনি। বিলাত য়ৌনা চৎতনা মীতৈনা মহৈ তমলুবদি থম্মদুনা বদরপুরদা য়ৌনা চৎলুবদা প্রায়শ্চিত্ত' নংলিবনি। মীতৈনা লোইনা খংভি হায়দুনা নাপন তৌরিবদুস্থু মাংলান্দা চোইহা মরকতা

হায়বরি। মতু খিবিক্তু ওইনবা মহৈহুদি অমাংবনি, ভকতিগী করি অমত্তা য়াওদে হায়দুনা মীতৈ অমতনা তম্নিংবা লৈতে। পুং; ইশৈ, হুহার অমসুং পালা হৈরিবহুতনা মহৈনি হায়নরিবা মীতৈনা অতোপ্পা মহৈ তক্ষম থোকতে। মমানা মচাদা মুমিং খুদিংগী পাওমেল্লি—"ইচাশা। পুং, ইশৈ, হুহার তম্মু। অদু নত্রবদি মীনা মচা নিঙোল পীনিংঙরোয়। ময়াং লাইরিকসি নপানা য়ারমদে। নপানা তৌরম্বা মহৈনি, হুহার তম্মু। নপাখোইদি লৈপাক্কী উঝা ওইরম্লিবনি! নপানা তৌরম্বদি ওনথোক্না ফজে; মী পুম্নমকনা উঝা উঝা হায়দুনা খুরুমনৈ। মনিপুরদগী উঝা কৌখহুনা পালা ফীজোন নিংথিনা তম্মু কোয়েং ফিসাং য়েৎপা নিংথিনা তমহৌ। অসুম্না হায়দুনা মমাসিংনা মচাদা পাওমেল্লি। ইমা হায়বসিদি লাইনি, ইমানা হায়বা চুম্মি হায়দুনা মচা মথৈনা চহি খুদিংগী মনিপুরদগী উঝা কৌখহুনা পুং, ইশৈ, হুহার অমসুং পালা তম্মে। মতুনসু পেল্লকতহুনা, মরৌ মশিং য়োনথোকতুনা মনিপুর থাকহুনা তম্মুই মফমহুদা ফংজদবা চাকচা তৌরুহুনা কয়া অমা শিনৈ। মীতৈ ইমা ইবেন অমসুং ইপা-ইপনশিংগী পুক্লিংদি ওনথোক্না তিংভি মচা পাখং লৈশাবীশিংনা লৈকায় কোয়বহু কোয়জসমু হায়দুনা খাদোকপি। মুপিনা লাইরিক হৈরবদি লোম্না চেংপাও ইরৈ হায়দুনা মচা নিঙোনসিংবু লাইরিক ময়েক উহন্দে। লৈকায় কোয়বদা হকথেংননা ফংনরুবহুদি করিসু খিনদে। মচা-নিঙোল-সিংবু ফৌসু ললোন তম্বিহুনা থম্মি। স্কুল কলেজ তমলুবা

পাপ্পং লৈশাবী য়াম্না লম হেনবনি হায়নৈ। ফৌসু্ংবেপার পাশ তৌরিবা নিঙোন মচা-শিংহুনা পুং, ইশৈ, হুহার অমসুং পালাগী উঝাশিংহুদা বাইথুংলুরবদি মখোইবু ওনখোক্না চৎলে। স্কুল অমসুং কলেজ হৈবদা খোকলুরবদি মুপা মমুমদা মঙানিতা ফাওবা মুনা লৈবা ঙমদে; মপাম হেকতা য়োৗরক্লে। লাইরিক লাইসুগী করি অমত্তা খঙজক্রিবী মীতৈ ইমা ইবেনসিংনা মচাসিংগী ফননবা করি লম্বু তাকপিবা ঙমগনি? মখোই অহুগুম্বগী মচা-মসু ঐখোইনা করি ইহৈবু হৈজরুগনি? তপণ্ড তপণ্ডলবা মচা-ময়া ওইরবদি ইমা-ইবেনশিংনা মচা-ময়াবু মপুক-মপাউ য়াম্না তপ্পি মরন য়াম্না ওকই হায়হুনা ওনখোক্না মুংশি-চান্না তৌজে। মচানুপীনা মপামদা লাক্লগা, মমা-মপাদা পাউ তশৈ, "ঐখোইগী মহোই তাজোবদি হাউবা হাউতবা থিদে, নোংমগী খোংলম্বহু হাউই হায়হুনা অহুমক চায়।" মচানুপীগী বা তাবদা মমা মপানা খোইরুম নোকতুনা পুক্রিং ওনখোক্না মুংঙাইজে। পুক ফবা ময়া ফংজবে, মচানুপীদি মুঙাইনা পাজবনি হায়হুনা হরাওজে। ময়াহুবু কৌর-কৌরহুনা চাক য়াম্না পীজহুনা থবক য়াম্না সুহল্লি। মরম ওকপা ময়াহুনা মথিক কায়না মকু মনেমগী থবক সুরম্মী অসিগুম্বা অপংবা মথিবোং চাউবা মীওয়সি মীতৈ ঐখোইগী মমুংদা খুজিং খুজিংনা লেংহুনা লৈগ্রবনি। মচা-মবানা হাউই হাউত্তে থিদে হায়হুনা পঙথোংতা খোংলিবা মতু মচাহুনা হন্দক মপোক্তা চাক ইনশাং থোংবা হৈরোইদবতনি। চাক ইনশাং মাবৈ মুম্না হাউনা খোংহুনা চাত্রবদা করম্বা মীনা

অকবা রাখল ফংহনা লৈপাকী ফমনবা থৌরম তৌগনি? চিঙাকী মতুংইন্দুনা লৌশিংগী মচু ওল্লি হায়বসি পুন্নমক্তা থংরিমবনি। নমখি হাওখি পঙচা চারগা ফত্তবা লৌশিং পোকই অসাবা চারগা শাউগনবা হেল্লি? ময়ায় কাবা চিঙাক চারগা লাকনা কাননীংবা বাখন পোকই হায়বসি হায়নরিবনি। ঐখোই মীতৈনা মসি খিবিকসি থৌসানদে। হৈনৌ মপাল চাবা কুহৌ চেক্লাবা থবাইদগী হেনবা মরম্মা, থরাইদগী লৌশিং খৌগ্রবা কাবপু লৌশিং তৌনা পুথোকখিহনা, কাকী মহমদা মরুম কোকসিল্লি। কাকনা ভঙায় ফদনা অঙকপগা লোয়ননা কুহৌগী মচাবু চাউমনবা য়োকখি। মসিবু চিঙাকী ময়ায়মনি হায়বসি তাইবং মীওইবনা থঙলোইদবা করিস্থু লৈরোই। ফত্তবা লৌশিংনা অফবগা চায়নকপদা অফবনা ভুমখিহন ফত্তবা মথৈ ভুমখি হায়বসি নিংথৌরোন কয়াগী রামীদা ঐখোইনা ফং[…]রিবনি। অফবা চিঙাক্কি লাইগী চিঙাক্কি ফত্তবদি হিংচা য়াইতমগী মি হায়মনি। মীতৈ ঐখোইনা অফ-ফত্ত খায়দনা পঙচা চাবা মরম্মা অপাম হুংসিগী কুমৈ ফিওংদা থবাই য়াওসিনবা হেনবনি অহ্ নত্রবদি 'রতিশাস্ত্র' ওয়া থুপগ্রবা নীতি লীলাবু মীতৈ ঐখোইনা হৈশে ওইনা শন্দোক্তুনা মপানথোকী কুমৈতমক লৌথত্তুনা মপা-মচা, মচিন মনাও পুম্নমক মফম অমত্তদা ফন্মিন্নহনা হুহাইনবগী মরম নৈরোইদবনি। অপাম হুংশিগী মরমদা থুপগ্রবা মীতৈনা স্কুল কলেজ চঙহনা বানা ফংবা দৈহে 'জ্ঞান বিজ্ঞান' হৈনিংগদবা মথৌ করিস্থু লৈতে, অচুম্বা লৈতে, অরাপ্পা অমদা লেপ্তুনা লৈগ্রবা

মীতৈতনি। ইথঙ হেক খঙদনা লাইনিং লম্বীদা থোৱায় য়াওশিনখিবা, ময়াং গুরুশিংনা থাজো হায়রগা, হেক্তা থাজখিবা, মচুশীদমক্তা নামৎ শিজ্জনা লন থুম ময়েং তাহনখিবা, অমসুং রভিশায় শুপ্পা থুপপ্রবা ময়াং মৰোল্লা লেংবা নীতিবু, লোন খঙখিদবনা মপানথোংগী কুমৈতবু লোথৎহুনা, মহুনা লায়বনি হায়হুনা ময়াম ময়াম তিন্দুনা শক-শোল্লগা মচুগী লৈতেং শেম্বা হোংনখিবা মরম খিবিকসিদগী মীতৈনা লায়র তানখিবনি। মরমসিদগী স্কুল কলেজগী মমিং হেক তাবদা থংহুনা চোংখৎলিবনি। মীতৈ ঐখোইগী কুমৈনা তোয়না থোকপগী মরম্না মচা মসু খরনা লাইরিক তম্লিবহুবু মোংমতা য়েংসিল্লুবা ওমদে।

---

## সংকীর্ত্তণ মতিক

হৌজিক্কী মতমদা মীতৈদি ঐখোইনা অফ-মুঙাই খঙবগী মওংনি হায়হুনা তেংবানবগী মমাংদা অমতং উৎচরি। মও হুদি 'হরি সংকীর্ত্তণ' হায়রিবসিনি। মসি নতনদি মীতৈ ঐখোই অচৌব 'সভ্যতা' লৈতে। মীতৈ ঐখোই মহনা মালেমসিদা কনা অমতনা মতিক চাউপ্রবা হরি সংকীর্ত্তণবু নিংথিনা তৌবা ওমদে, অসুম্বা হায়হুনা ঐখোইনা পাংথোকচরিবনি। মীতৈ ঐখোইগী হরি সংকীর্ত্তণসিগী মওংসিনা পুম্নমক্কী অখোইবা অফ মুঙাই খঙবগী থুনম ওইহনবদি তেংবানবনা হৌজিক

কাওবসিদা মীতৈ ঐখোইনা তৌবা সংকীর্ত্তণগী ফীদম লৌনত্রিবা করিগীনো? অমস্তুং মীতৈগী হরি সংকীর্ত্তণ হায়রিবসিদি লাইরিক লাইস্তু ইহৈ হৈতবনস্তু লিংহুনা তৌবা য়াবা অমনি। মওংসি পুম্মনক্কা হোংনবদা খোইদোক্কা লৌশিং থিংজিন্নবগী মথৌস্তু লৈতে। ইপড পুওবা অমনস্তু মখোঙতা থাংগৎপা হৈরবদি সংকীর্ত্তন্দা সহ্যতা ওইহনবা য়াররদি, মশক য়াম্না ফজবা মী অমনা, খুলাই ইয়াও য়াওদনা লানগী ময়াম্বদা লেপ্পরগা মঙোন্দা নোংমৈ মরু পাক্লোইদৌরিব্রা? ঐখোই হৈতবা থওদবা ফুরুপকী ফিগুংসিবু অখওবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা থাগৎ-পিরবদি ঐখোইনি খোইনা হেন্না থওদবা হায়বত্থু তাররনি। চহি ২৪/২৫ চওনা মহৈ তম্মুরিবা ইবুংঙোশিংহুগী অমজংনা হায়দোরকপদা রা অমতংহুগা ঐখোই সংকীর্ত্তণবালা ময়াম্না তিন্নহুনা হায়বত্থুগা ওম্নোক্কা খেৎনরিবনি। অহৈবা ইবুঙোসিংহুতমা তিন্নহুনা হরিসংকীর্ত্তণ তৌরবদি সংকীর্ত্তণগী ময়ায়সি ওম্নোক্কা কাগনি হায়রনা খঞ্জে। এম, এ, বি, এ, অমস্তুং পণ্ডিত ওইরিবা ইবুঙোসিংনা মতিক চাউথ্রবা হরিসংকীর্ত্তণ চোংবা য়াওবিদবসিবু করিগীনো? ইকাইহুনা তৌরিব্রা? হৈতদনা তৌবিব্রা? পামজদনা তৌরিব্রা? সংকীর্ত্তণসিংবু মখোইনা অফ মুঙাইগী নত্তে হায়হুনা তৌরিব্রা? অদু নত্তুনা কানবা থৌরম নত্তে। হায়হুনা তৌরিব্র? সংকীর্ত্তণসিদা তৌহনক্লিবনস্তু, ইশৈ শক্লিবা উঝাহুনা তাকম থওলবস্তু চীনফাতনা শক্লিবনি; ইশৈগী মরোলদি থওবা নত্তে হুহার অমস্তুং পালা হায়রিবহুদি চীনফাহু

ফাওবা করিনো হায়বা খঙত্রিবনি। পুং য়েংবা উঝাচুদি ময়েক য়াওদবগী য়াওদবনি। 'ব' কলম ফাওবা ওমদবা উঝাশিং মক্না হরি সংকীর্ত্তণ তৌবদা করিসু অকাইবা লৈতে। কুমৈ য়েংলিবা খুপুসু কুমৈ য়েংবত্তনি। খঙবদি অমতসু য়াওদে। শক্লিবনসু খঙত্রবা, অত্তাবনসু খঙত্রবদি হয়াও কুমৈ হায়বচুদা মতারিবনি। ঐ:খোইনা মুংশা থীজরিবদি মীতৈগী মনুংদা ময়াং মবোল খঙবা য়াওরক্লবদি মীতৈগী হরি সংকীর্ত্তণসি বা য়াম্নরকপা তারিয়ে। দণ্ডবিধি আইন ফংক্লরকত্রা হায়হুনা কিনা খঙ্গরি। ঐ:খোইনা ময়াং মবোল খঙলুদবসি ঐ:খোইগী লাইবক ফবনি। মুথমুংগী য়ারীবু মপা মচা, মচিন-মনাও কপ্পিমহুনা তারগা করিদি ফজ-গদৌরি? হরি সংকীর্ত্তণ হায়হুনা তৌরিবসিদা অপাম-মুংশি থুংনবগীদমক্তা ওইবসিনা এম; এ; বি, এ, ইবুংঙোসিংনা হরিসং-কীর্ত্তণ পাম্নুদবনি মীতৈ ঐখোইগী হরি সংকীর্ত্তণসি তারগা বঙ্গালী ভদ্রলোকসিংনা ছি, ছি হায়হুনা মচুক পৈথোকই। মীতৈগী হরি সংকীর্ত্তণসিদি ভদ্রলোক তাম্মোকপা থৌরম অমা ওইরিবনি। আসাম লৈবাক্তা মাঙ্গও য়ৈহুনা শামু তানবগুম্বনি। শকইবা উঝাসু ইশৈ মবোল খঙদে। তারিবা বৈষ্ণবসু খঙদে। অহুমদি ওইরগা অনিমক্তি 'প্রেমালিঙ্গ'ননি হায়হুনা কোমহুনা কপ্পরি। মীগী মবোলবা শকইবহু খঙলুত্রবসু কুক্ষগীনি হায়হুনা প্রেম তৌনক্লিবহু মফৈ। তাইবং মীগী মবোল য়াওদবা পুং মখোল তারগা কোমহুনা কপলুরিবসি কবপ্পা য়াখঙ্গীনো? খঙবদা ও:য়ারা লুপ্রে। পুং অহনা প্রাণ তাই, গৌরনিত্যাই হায়রিবনি

কেক্না হায়জিল্লে। মতুদি উমং চেন্না 'তিলোং বাল্লোং' শুম্বনি হায়না খল্লে। অতৈ রা নৈতে, নিংসং নিংসংদুনা কম্না, থেম-থেমদুনা অমসুং নোই-নোইদুনা প্রেম তৌবা হায়বদুনি। গৌর ধর্ম্মসিদা মীতৈ ঐখোইদি হৈদ্রোই ওইরবনি।

ভারতবর্ষসিদা গৌরধর্ম্ম চৎপসি মীতৈ, ঐখোইতা নত্তে, মীতৈদি থবতক্ষি, ময়াংনা অনম্বনি। ময়াংগী হরিসংকীর্ত্তনদ মীতৈনা তৌবগুম্না লোমচোপ মচেৎ অমত্তং য়াওদে। রাধা-কৃষ্ণগ কেলমৌনবগী বারিসি মত্তনা মীতৈগী হরি সংকীর্ত্তনসিবু মও অমা ওইনা তৌবা য়াবরোইদ্রা? মতু য়ারবদি সভ্য জগৎক তৌনখিবা অমসুং তৌনরিবা মওংসি পামজে। ঐখোইনা হংজরিবনি, হরি, রাম অমসুং কৃষ্ণ হায়রিবা মিংথৈসিনা মীতৈরোন্দগী লোকপা মীংথোন ওইরমদ্রবদ, মীতৈ ঐ-খাইগী ইরোল্লন তেবানবা মপুগী মিংথোন অমমম থোনবসিবু য়ারবোইদ্রা। মসি য়াকম থোকপ্রা খল্লে। অমতৈদগী ময়াম ওইরকপা মতু ইন্দুনা মহাক মহাকী মুকপকী লোম তোঙ্গলক্লবা মতমসিদা মহাক মহাকী মরোলনা মপু ইবুঙোগী মিংথোল থমবা হায়বসিন শংগোম্নবা বানি। ময়াংদি মখোইগী মরোম্না মীংথোন লিশিং লিশিং থোনখরে। ই রেজনা ইংরেজী মরোল্দা হাঙনা হাওঈদ মুসলমান্না মুসলমানগীদা, সাং-ভাগী মরুপ্না মখোই মখোইগী মরোল্দ উ.চক বায়াসু উচেক বায়াগীদা তীন কাওনা তীন কাঙগী মরোল্দ মপুগী মীংথৈ তত্তবা লোয়রি। মসিদা কনাগীসু ব'য়েৎ চত্তত্তম রবসু নৈতে। ভাইবং মীদি থত্রদুনা নোংদম্বা লাইমরুসু মসিদ

ফেংপা ঙমৱোইদবনি। মীতৈঙনদি মমাংবু কিবনা মৰোম্না মপুগী মীংথৈ শোনবা ঙমথিজ্রু। নোংদম্বা লাইনা মীতৈগী শরুক থম্বিরমজ্রবালে। ঐখোইনা তাঙ্গরিবসি, হৌজিকসিদা মীতৈ ঐখোইনা ইৰোম্না মপুগী মীংথৈ থৰ থোনসি হায়রিবসিবু য়াম্না নাম্মুংলগজ্রা? মতু য়াৰবদি ময়াং লোম্না হরি সংকীর্ত্তণ হায়রিবসি 'মীতৈথৰোন শকপা' হায়দুনা হেক্তা থংনরসি নোংদম্বা লাইনা ঐখোইগীদমক ঙমম্মি ঙম্মমদে হায়বতু মতুদা হেক্তা খঙনরগনি।

---

## জগোইদা মমানা ফাওবা মচাদা খুরুম্বা

অকচুঙ্তাই থঙলিবনি অকস্তুং লাইনিং চেৎলবনি হায়দুনা মীতৈনা ৱাসনি হায়দুনা হৌগৎলে। সুপী মখেবু ঙম্বিদুনা কুমৈ হেক্তা তৌইরে। ইশৈ হৌবা উঝানা উচেক হন্নুবদা মীয়োল ঙম্বিবগুম্না সুপীশিংদুদা ইশৈ ঙম্বিরে। মীতৈ সুপী মখেনা লোন সুবোই সুদবোই তৌদুনা ইশৈ থৰতং মচিন্দা পুদরে। লাউরে, খোংলে নিরে। 'গঙ্গা' কবা উৎলিবনি হায়দুনা পঞ্জহেক্তা হেক্রে। হেকপাদুদা ময়াং মযোলশী ইশৈদু লোইনা শাঙদদুনা চুমরে, মযেক য়াওখিজ্রে। মমাম্না জগোই মকোক চিংলে, মচাম্নুপানা কৃষ্ণ শারে মচাম্নুপী লৈশাবী অনিনা গোপী ওইদুনা মরাইদা য়াওরে। ৱাতুলগী মচাম্নুপীনা ৱাধা শারে। মপানা জগোই ঙম্বিদা 'ৱাজধাৱী' ওইরে মুপানা পুং য়েরে, মতাই

মুপীনা মুত্র কয়ে। সেন তিংদনবনি অমসুং নিংবা থুংনববনি হায়দুনা ওয়েংক্না ফজনা তৌরে; ওংহাক্সু মতা চাপ্রে। মুংশিল্লে হায়দুনা মী পুম্নমক্না শেংম্নে। জগোই মুমিৎ অতুদা মমা মপা, মচিন-মনাও অমসুং শাগৈ নাইত পুম্নমক্না মাঙ-ওইনবা ফমদুনা ময়া হেক কাবা মথৈ, মমিৎ হেক কুপ্তবা মথৈ, অহিং নোংশোইবা কুমৈ য়েংলে। 'ৱাস' হায়বা ৱহৈংসিদি থোংবা লাউনা অমসুং হরাও থেনা শাবা কুমৈ অমুমা হায়গনি। মীতৈরোলগী জগোই হায়রিবসিসু মতুগুম্বা ইচেৎগী অমনি চৎনা চৎনা, কোয়না কোয়বা, হায়বগি চত্তুনা শানবা কুমৈবু (চংকোয়) জগোই হায়গনি। মরোল অমা অতুক হায়দোক্নুনা হায়রগা—তেংবানবগী মপু ইবুংঙোগী থুপ্না লৈপ্রবা থৌগনশিংগী মওং লৌরদুনা সানবা কুমৈবু 'ৱাস' হায়গনি। অমসুং কৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা ৱাস সানখিবগী ৱারিমু অতুক হায়রবদি—বৃন্দাবনগী যমুনা তুৱেনগী মপান্দা লৈরিবা 'ধীর সমীর' কৌবা থুপ্রবা মফমদুদা মেৱাগী থাবুং মুমিৎকী অহিংদুদা, তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী থৌগনগীদমক্তি হায়দুনা থাবুং থানা মপুং মরা মাননা থোরক্নুনা ঙানপ্রে। অমসুং লৈৱাং খিবিক্না লৈকা ফম্না সাংলদুনা মপুগী থৌগন হৌপ্রে। বৃন্দাবনগী উমংদি তাইবংগী মওংদা লৈখিদ্রে। মওং অমা ইতোপ তোপপ্রে থাবুং মুমিৎতুগী অহিংগী তাংলৌ থেংলবদা, ইচিক হুনবা মতমদা ইবুঙো কৃষ্ণনা তৌদ্রি (বাঁশী) খোংপ্রে। তৌদ্রি মখোনগী মরাইদুনা ব্রজ লৈবাক্তা লৈরিবী মুপী মৌয়াংথাং পুম্নমক্না লৈবা য়াখিদ্রদুনা অহিং অতুদা মরা

নরা পুম্নমকপু ফমুংদা হুনজেল্লমহুনা, ইবুঙো কৃষ্ণনা তৌখ্রি খোংহুম্বা লৈরিবা 'ধীর সমীর' কৌবা মফম তাম্না চংখি। কৃষ্ণনা ব্রজ মুপীশি হুগা উনরহুনা, মুংশি রাবিনচিংবা অচিকপা-বা পুম্নমকপু তানহুনা অমত্তু হায়নহুনা লোইরগা ব্রজগী মুপীশিংহুগা মুণ্ডাইনা সান্নরে। অহুম্না শান্নবিণ্ডেগী শরক অহুদা, লৌনম চাউবা ইবুঙোনা, লৌনম অমা তৌহুনা শারোন লম্বীদা চংখিহুনা চিকনা খুপনা লৈঙ্খবা উম্নীকোনগী মমুংদা ইবেমা রাধাগা ফংনরে। মফমহুদা অনিমকী মুংশি পুক্লিংমু থুংনখ্রে। নোংঙাল্লমদাইগী মতম য়োৎহুনা পুম্নমকসু মহনফমদা হন্নখ্রে। মসিগুম্বা কুমৈসিবু হৌজিক ফাওবসু মুমিং খুদিংগী ইতং তম্বনা সান্নরি হায়হুনা হায়মরি। মসিবু কৃষ্ণগী রাস কৌবা কুমৈহুনি হায়হুনা হিন্দু বৈষ্ণব মখৈনা হায়মরি। মসিদি লাইনিং লম্বীগী থুপ্পবা বাহুবু অথৎবা অহৈবা ইবুঙোশিংনা কুমৈ ওইনা লেংথোক্লুনা শেমখিবনি। মপান্দা পুথোক্লুনা পণ্ডহায় হায়নবা য়াবা বাফম নত্তে। কুমৈগী মওং ওইনা পুথোক্লুনা কৃষ্ণ ইবুঙোনা সান্নখিবা ওইরবসু অহিং থেংনবদা, মীনা উদ-তাদবা মতমদা সান্নখিবনি। মুংখিনগী মতমদা সান্নরবসু ভদ্র সমাজগী মমাংদা সান্নখিবা নত্তে; সোংলবা উমংগী মমুংদা মীনা উদবা মফমদা লোম্না সান্নখিবনি। ফত্তবা বাথন্দা পুরগা কৃষ্ণ ইবুঙোগী লমচংসিদি 'বদমাইসী, হায়বহু ওইগনি। অমমোমদা হায়রগা 'চলাকী' হায়বহুনি। তাইবংপানবগী মমুংদা অয়াম্বা তাইবং মীওইবনা অসিগুম্বা চলাকীসিবু তৌনবিবনি। থম্বকরবদি কৃষ্ণগী তৌখ্রিহুমকসু মগুণ চাওখ্রবা তৌখ্রিনি। তৌখ্রিহুনা ব্রজ লৈবাকী হম্বীশিংবু

থক কৌথিদে, মৌ মচাশিংতবু কৌথি। ঐনা হোরেন তৌথি খোঙকপগা "হেক লাকউ" হায়বা ৱাথনস্থ মাল্লি। কৃষ্ণগী লিলাবু লাইরিক ওইনা সন্দোকপিরম্লিবা ইবুঙোশি চুদি ইচম-চম্ব নরক্ত, তাইবং কুমৈসিবু মুংগী কুমৈ ওইনা উবিগ্রবা লাই মক্তনি কৃষ্ণগী লিলা হায়নরিবচুনি, লাইরিক্তা লৈরে মহায়চুনা, মস্ত মশান্দি ইয়েং য়েংদনা কৃষ্ণনা লোম্লা সাম্লখিবা কুমৈ মও অচুতবু মীতৈনা খাইগী মমাংদা পুখোক্কুনা সাম্লরে। কৃষ্ণ হায়রিবচুদি তেংবানবগী মপুগী সায়োম্লি হায়নরিবনি। ইবুঙোচু রম্স আইন কিবা ময়ম্না লোম্লা থুপ্পনা ভদ্র সমাজ উদিদুবৈ থঙদিদুবৈদা সাম্লখিবা কুমৈ মও চুকবু মীতৈনা আইন কিদবা ময়ম্লা তোংবানবগী মমাংদা পুখোক্কুনা তুজংবা লৈতনা সাম্ল সম্নরদি, মীতৈনা ময়াং মরোল খোসাদনা ওইগনি খমৈ কৃষ্ণগীনিত্তিবু হায়রবদি মীতৈনা করি অময়া থনবা লৈখদে দাস কুমৈচুদা শকই, সোল্লিবচুগী লোন্দু থঙদবস্থ সাম্লরিব কুমৈ মওচুনা অপাম মুংশি থুমনবগী কুমৈ অমনি হায়বসি মুপী নহা অঙাংশিংনস্থ থঙনরিবনি। অস্থম্না ওইবা অপাম-মুংশি থুমনবগী কুমৈসিবু মীতৈ ঐখোইনা চিংথংখোম্বা নি খোগী হাক্তগী চৌজিক কাওবসি তৌনরি।

অচোম্বগী কুমৈসিবু ময়েং তাহনবদি লৈতনা, মুমিং খুদিংগী চাওখৎননবা খোমমতবু মীতৈ ঐখোইনা পুক্লিং চংনা তৌনরিবনি অগোই হেক লোইবগা কৃষ্ণ সাক্তবা মুপামচাচুগী লাইরি ভম্বা অচুমক মতোম লোমথরে। মমাম্নবা থরম্থ লাইবিক তম্

খাদোক্লুনা সিগ্রে খায়দুনা, য়াহিদাক সঙ্গুনা কৃষ্ণ সাবগী মতুং ইন্দুনা রাধা সাবী অমস্থ গোপীসাবীসিংগী য়ুমদা তন্থনা কোয়গ্রে। হৈজিং ফাদবা লফোয়না মুনবগুয়া মুন্দুনা লোগ্রে। গোপীসাবী-সিংদুস্থ ঙগোই লোইথিবগী মপুক্লিং ইলাঙ লাওখরে। রাসধারীবু গোপীসাবীসিংনা য়ুম থুদিংদা চাক কোগ্রে। ছুডাই-মতোন লোয়গ্রে ঙগোই লোইথিবা মতম কুইরক্লদুনা মপুক্লিং ফাবা য়ারক্লদুন লৈরবা মতমদা মযুমগী য়ংলুরদদি পুনহো হারমে। কৌস্থ বেপার নঙ্গনদি মচা-মরা থাকপা ভদ্বগী থবক লৈখিদ্রে। কৃষ্ণ হায়মদ্রিবসিদি লায়রগ্রবা বিদুরগী মক্পি ঐথোনা কৃষ্ণগা চেংনা মকপ সানরবা মরমদগী ঐখে য়গী ইসাসি ইবুঙো মহাকী খোজামা (কৃপানা) হাগ্রে। ইরন-ইথুম পুন্নমক কোকগ্রদুনা লাইরিক লাইস্থ তথ্বদি থমগ্রদুনা পুকচাক্লী ফর-ফর হাইদরে। মীগী থোঙজিন্দা চঙদুনা মীগী মথান্তা পোন্দুনা লৈজরে। ভক্ত হায়বদু ঐখোইগী চপ চাবা ওইরে। রাধা কৃষ্ণ অনিমকপু তন্থনা শোমবা ফংজরে। রাধা কৃষ্ণ অনিমক্লস্থ ঐখোই মীওংবু ওন্থোক্লা হুসিবিরে। রাসদা গোপী ওইক্লবী ইম-ইবেনশিংদুনা পঙল থুলঙগী খোবাঙ্গুরগা, অব্রাঙ্গগী কৈখেল কাবদা অরাংগী ভমথৈ ফংজরদুনা রাধা কৃষ্ণ অনিমকপু তন্থনা সোনখরে অরা অনা নংবনা হেলক্লবদুনা লাইসোন তোয়রক্লে। অরানা নংগা লাইসোন তোয়বসিদি সাগোম্নবা লায়নানি। রাস কুমৈ সানজবগী মহৈদি, ইনা ইবেনসিনা য়ুম পানবা মতমদা মতৌ অস্থন্না ফংদৈ। রাস কংখিবা ইপা ইপানসিংনা লৈত লায়রবনা সেংচাবা মনিং থুংদদুনা নমজা নমথেক তৌদুনা ছুরান লমচৎ চৎদুনা লৈবা যরম্না, রাস কংপগী মহৈ ওইনা নবকারগী খোংদা লামংবা ফংদৈ।

খোঙ্গং থা হেক য়োরকপদা মীতৈনা মুপা মচা ময়াম খোম্লহনা যমসেন ( রাখাল ) কুমৈ হৌই। থঙবা থঙদবা লৈতে, পঙচোংদা চোংঙি পঙশক্ত শকই। মপা-শাবা মমা-শাবীনি হংযহনা পঙলোম্ত লেলি। করি হায়রিবনো কনানসু থঙবা লৈতে। কপনবদি পঙকপ্পা কপনৈ ( রাখাল ) তম্বা হোৎমংদ মুপা মচাশিংহু স্কুল তম্বা সুপঙম ঙমথিরবনি। রাখাল লোইরগা লাইরিক তম্বা তনগ্রহনা কেবা লৈত্রে। লৈনম মশক থঙত্রে। মুপা মচাশিংহনা রাখাল শান শানবা মফমদা লৈশাবী য়য়াম পুহনা কুমৈ য়েংবা চংলে। স্কুল মাষ্টরশিংনা ভৌনিংঙাই লৈতহনা ইনস্পেক্টরসিংগা শরুক য়েংহনা হাজিরা ইনরে। গৌরলীলা চন্দ্রহাস লীলা, মোইরাং লীলানচিংবা লীলানা মীতৈগী থুঙ্গং থুদমক লীলাগী মশক ওইরিবনি। মুপীগা-মুপাগা য়াওদ্রবা লীলাহুদি লীলা কৌদে, মহী থাংদবা চুথিগুম্বনি হায়হুনা লৈশাবী পাখং নথৈবু 'নায়ক নায়িকা' ওইহন্দুনা লীলাগী মায়থন হাইথহল্লি। মীতৈগী মহৈ-মশিং পুম্নমক লীলাগী মায়থম্না পুমথন থনত্রে। কুমৈ পুম্নমকসিগী মরমদা শেন তিংবা, নামৎ শিংপম চিংবা ওইরিবহুসু, ওইজরসনু; অঙাং মচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বা মাঙহনবসিগী লঙজ থিবিকপু কনানা পুবিগদৌ বগ? য়ায়ফ মুঙাইনা অমসু পুনসি মতোন লোয়না পানগে হায়না নিংজরিবা অঙাংশিংসিগী মনিং থুংলোইদৌরিবসিগী মরমু ইপা-ইপনশিংনা ওইবিরোইদৌরিব্র? পুক্সিরোলগীনি হায়হুনা কাং শানবগী কুমৈ অমসু লৈরি। নাহান্‌ অহনসু য়ায়াত্তা লউহনা থবক থিখিন্নবনি। মুপাগা মুপীগা থেংনঙানহুনা

শানরগা পুন্সিয়োম্নি হায়রিবসিবু অপঙবগী যাখন নত্তনা করি ওইগনি ? কাং শানবগী কুমৈ লোইরবা মতুংদা, কং চিংবা ! হায়দুনা কুমৈ অমসু ফাওরক্লে। মতুংদসু মুপী-মুপা ত্তিম্নদুনা করয়া মতিক হরাও কুমৈ তৌরি। কং লোইগ্রবা মতুংদা ময়াং লৈবাক্কী আউ ফৌ লোকপগা মীতৈ লৈবাক্কী লৌলিংবগা ঝুলনগী খুবাক ইসৈগা পাব্রিবনি। ময়াং লৈবাক্কী আউ লোকপসিদা মুপী-মুপা পুম্নমক মহী চেন্নিবনি ঝুলন কুমৈ তৌবা হায়বসি মীতৈ ওইবগী ডম্বুনি। ময়াং মতু শোমবনা ডম্বগী থৌরম নত্তে।

---

## কৃষ্ণ জন্মদা য়ুম্লাই রোন

ঝুলনগী থুবাক্ক ইশৈ লোইরগা ইকুই হেক কুইদনা কৃষ্ণজন্ম ফাওরক্লে। ইবুঙোগী মপোক মুমিংসি মীতৈগী মরক্তা ওম্বোক্লা চাউনা ফাওরক্লে। ময়াং লৈবাক্কী আউনেরা হুনবগা কৃষ্ণজন্মগা অনিসি পাব্রিবনি। কৃষ্ণজন্মগী কুমৈসিদি চাউগ্রবা কুমৈ অমনি। তেংবানবা মপুগী শায়োম্নি হায়রিবা কৃষ্ণ ইবুঙোগী মপোক মুমিংনি। কুমৈসি য়েংবা হৈরবদি ওম্বোক্লা মুঙাইবা অমনি। য়ুম্লাইরোনগী পুম্নমকপু কুমৈসিদগী তম্বা ফংজে। লাইনিং চেংপা শাখং লৈশাবীসিংনা মুমিংসিদা চরা হেন্নি। মুমিংসিদা চরা হেন্নবদি কৃষ্ণগী থোজাম্না, হন্দকী মপোক্তসু, হয়েংমুক্কী মপোক্তসু মিংবা পুম্নমক থুংডি হায়নৈ। মুমিং তাবগা শাখং

লৈশাবী ময়াম ত্তিন্দুনা বামোনগী লাইগী থৌগন শকপা লোইরগা, লাইদা কংপা হৈরক্কু চাং অমা মপুক্র থম্মা চানৈ। ডাইহাক লৈরগা কনাগুম্বা ইনাক থুনবা মুপা অমগী সঙ্গার অচৌবা অমদা 'হজ্জার লাইট' থাম্লহুনা, লৌফক পোত্তফক অনামবা অমস্থু যিদা ফজবা থাহুনা; লৈশাবী পাথং থায়নহুনা লিকোন শাম্লৈ। করিগী মফকনো! সোরারেম্মা থাকন মথাদা লৈমালিংশিগা লোয়ননা শানৈ হায়বহু, অহুম্মা ভৌরিগজ্জা হায়না থমিংডাই য়োই। মথোইনা ভৌরিবহু উবদা কৃষ্ণ ইবুঙোমকস্থু য়াওরম্রা হায়না পুক্লিং থুক লাউই। মী অত্তোম্মা অমত্তংবু মথোইগী মমিংনা উবা লৈথিত্রে। ওম্মোক্লা লাইনিং চেংনা শানৈ। শক্তিকা থাবাগা নম্রনুন, ইপুরোই তাওহৈরোই থেংনা তানবগুম শক্তিক য়েনৌ হুনবগুম তিংগোই পুমথাং লোনবগুম ওম্মোক্লা নিংথিজরে। ওম্মোক্লা ফজরে! ডাইহাক্কদা শানহুনা লোইবা য়াবা কুমৈ নত্তবনিনা ডাইহাক-ডাইহাক মপান থোক্কবা য়াদে। মপান থোকহুনা পাথং লৈশাবী কয়ানা থাও চিকনৈ। 'হয়েং থোজংথা য়োরগা' হায়হুনা বাশক্লে। মীরক-মীচক্লি ওইবা পাথং লৈশাবীতনা ওংজাহৌদহুনা চিথহৌই। মথোইহুগুম্বহুবু অপঙবনি হায়হুনা কৃষ্ণনা করি অমত্তা মুংশিবিদে। কৃষ্ণগী কপা ফংথিদবা ময়মা মতম কুইনা মমুম মকম থত্তবা ভনখিদে। কৃষ্ণগী মরীদা মীতৈনা শানরিবা কুমৈসি উরগা লাইথিং চেংপা ইবুঙোসিংগী পুক্লিংমকস্থু থাম্বা য়াগনি নীংজদ। তাউহুনা লৈরিবা নহাশিংগীদি করি অমুক হায়ত্তম

লৈগনি? মীতৈগী মওং লেম্নিবা কলেসিদি চাউথবা কলেজ অমনি। হৌজিক মতমগী স্কুল কলেজশা মনাক নকলুবা য়াবা নতে। ইপা-ইপু পোকপা ইবুঙো? অসিগুম্বা ইথক ইপোমসিগী মরা ঙপকদবা কয়ানি য়াংলিবা?

---

## দুর্গাপূজা

দুর্গাপূজা হায়দুনা অমা অমুক ফাওরক্লে। লাইরেম্বী থুং-লাংবীনা মীতৈ ময়াম্না লৌশিনবিগে অমসুং কোমসিনবিগে হায়দুনা মহাক্কী থৌগনলোন ময়ামগা লোয়নদুনা কৈলাস কোবা চীংগী চীংথক্কী কুমথরক্লে। মীতৈ পুম্নমক অহন নাহা থায়দনা ঙাওরে। চহীগী অমুক্তমক লাকপা লাইরেম্বীনি, উনহৌদবা য়াদে হায়দুনা মীতৈগী য়ুম্ন্ম থুদিংমক্তা নিম্নখ্রে। অমসুং লাইরেম্বীগা উনবদা ফি-সেং বাংপা য়াদে হায়দুনা মীতৈ পুম্নমক ফুম নোম্বগুম নোম্নখ্রে। কুরিং, কৈজোম, কনেক, ইনফি অমসুং চিন্দেফিনচিংবা অমত্তং বাংপা য়াদে হায়দুনা থা অনিগী মমাংদা কলিকতা চংথিদুনা গাড়ীদা পোংলম পুম্নমক সুনা পুরকদুনা মপৈ মপৈ পৈদুনা থমখ্রবনি। লুপা অমা পীগদবা পোং অহু মীতৈদা লুপা অহমদা য়োল্লি। মীতৈনা আউ ফো থরদং লোকচবহু লোইনা তাইথোকদুনা ফিসেং সুননবা হোংনরে। ময়াংগী মুমদা লাইরেম্বী কম্নগা মীতৈ মথৈনা চারম থক্নম থঙদবমথৈ লাঙৈন। চুম্না 'মশা মশাদা চংদুনা লাই থুকমলুবা নতে। লুপা মতা তবা লাগোমদুনা

চংলিবনি। লাইরেম্বী কন্থা মফম অমতদা চংলুরগা কোইবা নত্তে, মফম পুম্মক সুনা চন্থনা ওমজ ওমজবা সেন থংসিল্লিবনি নয়াংসিংনা য়োনবা ভন-খাসিংছু মীতৈনা লৈছন্না চংলৈ। কনা ওম্বনা হায়দোকখিছুনা জুবার সানরুই। পূজাগী মুমিং মরিনি-সিদা মীতৈনা তুম্বা চাবা থওদে। লৈশাবীগা পাথংগা শঙ্খ-শঙ্খ লোয়নন্থনা লাইরেম্বী থুরম্বা চংলৈ! মীতৈনা য়ুম্দা দুর্গা কন্থবদি মীতৈদি মপিং উনদে। থুবাক ইশৈনা মরোল অমা, বাসক্না মরোল অমা, অহিং মুংথিল হায়বা নাইদে। মীতৈ পুম্নমক য়া য়াতা লাওথ্রছন্না মুমদা হজিনবা হজিন্দবা নাইদে। মুপী ফাগ্রে চেনগ্রে হায়ছনা লোইনা চয়াং মসা পাইবগুম্মা লাংলৈ। থংনরে; চৈনরে অমম্মুং মকোক কায়নরে হায়ছনা মরোল অমমা য়োকহন্না ভৌনছনা সেন কয়া অমা লংথোক্লে। মীতৈ ঐখোইগী ইকমদা দুর্গাগী থোৱান্দি অসি মথৈনি। দুর্গাপূজাগী হোৱকফমদি বংলা দেশনি হায়না থংলে। মফমছুদা মীতৈদোনা চোপ্পা দুর্গাপূজা ভৌনদে। মফমছুদদি মুপীনা মুপীগী, মুপানা মুপাগী পল্ল নাইনছুনা ওয়োক্না ফজনা চংলৈ। মছুবু হৌজিকী মতমদা অক-মুত্তাই থংবগী সাজংনি হায়ছুনা ভেংবানবনা হায়নরি শাগী মরুপনা ভোমোননা চংপা সাজং অছুবু কনানসু পায়দে।

---

## মেরা নিয়ম! গৌরি কলেজ! লানবীহৈবী মজলাতি

খোজংথা য়োরছনা মেরা থাগী 'নিয়ম' কৌবা পুকচেক

চাউবা মুপাহু মচন মুপী 'গৌরি' অমসু "মঙ্গলাতি" কৌবি অনিহুগা লোয়নহুনা চীংনা লেম্না ফাওরক্লে। মীতৈ খুলক্তা থা অমা চুপ্না লৈগনি হায়রবে। মতিক চাউবা নিংথমগীদমক থা অমা অনিংগী মনুংদা মীতৈ ইপা-ইপল ইমা-ইবেন পুম্নমক্না চাক চম্না চানহুনা বামোনগী মাওং তাম্না কাখৎনৈ। করোকহৈবোক য়াম্না লাংহুনা মাওং ময়ায়দা থেন্দুনা থম্মি। ময়াং মবোলগী লাইরিক অহু মুপা অনি চঙনা হোৎনহুনা থীবগা হায়বগা তৌহুনা থবাই তয়াবু তাহল্লি। নোংজু-থা, থা তরুক লো উরুবদা তীন, কাঙ হাংখিবা, মণ ইরোইবু অবাবা পীখিবা পুম্নমক্কী লঙজ খিবিক কোক্লনবা থা অম চুপ্না নিয়ম লাইরিক তারিখনি হায়নৈ। নিয়ম তারিখৈগী মতমসিদা মীতৈনা থবক নামুংনৈ। কনাগুম্বা থবক থবা সুজরুহুনা থবা থেংনা মাওং কারবদি, থবাই তয়ানা মহাকপু তুংন-তাহন্দুনা চৈথাক পী। নিয়ম তাবা মতমদা হৈরুক পুখৎনরিবসিদি কায়বা য়াখিদ্রবা থৌরম অমনি। মুমিং খুদিদা লুপা তয়া-কুনমুক্কী পোং তিক্লিবনি। মীতৈনা মেয়াগী নিয়ম তাক্লই হায়হুনা, মীতৈবা হুয়ান চীংখীবা অমসু নত-লমচৎ চৎপা থৌরমদি তোকপা লৈতে।

'গৌরী' হায়রিবসিদি মহারোনমক্তনা লিহুনা অকনবা চৈথাক য়াওনা তৌরিবা অমনি। পুং, ঈশৈ হুগাব অমসু ময়াং লাইরিক ফাংনবা খিবিকসি য়াম্না তৌনৈ। নগাংবানগী গৌরি হায়বসি ময়াং মবোলনা 'তালিম' হায়বহুগা অমতা ওইগনি। কুমৈগী ইচু তিম্নবা হোৎনবা থৌরম অমনি। অমসু

অহিংগী মতমদা হয়াও কুইনে তৌদুনা থা অমা চুপ্পা লৈরবদি অঙাংসিংগী লাইরিক-লাইসু তম্বদা ওন্থোক্না অকাইবা অমনি । অঙাংসিংদা নত্তনা অহনসিংসু ওন্থোক্না মরাং হৌভম থোকই । মহাক্নি'মা কুমান-চৌখ্রী অমসু নত-লমচৎ তম্বগী লালহাং অচৌবা অমনি । মসি গৌরি ইন্মগী থৌজাল্নি । গৌরি হায়বীসিনা স্কুল অচৌবা অমা ওইবা মরম্না নহাক্নি'মা স্কুল অমসু কলেজ থোক্লাক্লদবনি ।

গৌরিগুম্ব মঙ্গলাংতি হায়বীসিসু মনিং চৎপ' কলেজ অমনি । মীটৈ ঐ.থাইগী পাখং-লৈসাবীমা মনিংতম্না লাইগী থৌগল তৌবা উপজ্রিবসিদি মঙ্গালাতি ইবেমগী মপান্দগীনি । অহিং ওইরগা পাখং লৈসাবীমচৈ মফম অমদ. পুনপ লেকহুনা বামোনগী লাইশং তৈবা হাবরা তানৈ । নিংথম চংলকপদ বামোন্না মরেণ্ড শিন্দোক্লবা অ.ইন অমনি । মঙ্গল তিগী মতমসিদা লাইশং বাই তৈবগী মতৌদি য়াম্ন' চাউই হায়নৈ । বামোন মতম তমবনা মীতৈ অপণ্ডবদা হুকচিনবা লাংসিবু মীটৈনা ওন্থোক্না থাজনা তৌমরি । লাইশং তৈত্রবা মীওইবদুগী মশানা লংজ চাউরবসু, মখুৎ অদুতদি লাইরিবকা পি-য়াম্না চিথৎতুনা পুখৎলি হায়নৈ । মথাদা লৈবা মনগী কনটৈবলসিংনা তৌনিংগ'ম্ম লৈতদনা তকশি সোন্দুনা লৈহৌই হায়নৈ । থরাইরগী হান্না মঙ্গলাতি শঙ্খচক্রবদি হয়েং শিরগা বৃন্দাবনগী উমংদা সিদ কুংহো চেক্লা ওইনা পোকচহুনা মফমদুদা রাধা কৃষ্ণগী থৌগল তত্তুনা তৌবা ফংজে । অমুক হন্নকহুনা পোক্লবসু য়াম্না .খানজেল ফবা মী ওইনা পোক্লহুনা

মিংচৎ কয়া উঝা অমা ওইহনা, মালেম থুংনা চৎতুনা কীর্ত্তন শকপা ফংজে ; অসুম্না হায়নৈ । মহৈ য়াম্না চাউই ভাউই হায়বা মরম্না পরপ-পরপ তাম্নহনা মঙ্গলাতি শক্ষরিবনি । অসি য়েনা কৃষ্ণ নীংজরিবা ঐখোইনা হন্দকী মপোক্তা মুওাইবতদি মফংগ্রে । কুইনা পুন্সিবসু ওইগ্রে। কৃষ্ণবু মীতৈ ঐখোইনা নীংলিবগুম্না নিংলিবা মীওইসি দো সোয়দনা লায়রববনি অমসু চাবা ফংদহনা থনা সিজরবনি। মবমসিদদি কৃষ্ণবু লানবিবা লাইনি হায়বসি ওস্লোক চুপ্পি হান্নবা থনজে। মেবাগী নিয়ম লোয়বগা মিয়ম ভজিবা হায়হনা অমগা তৌনৈ। মহুদি ওল্লকপা চহিগীদমক তৌরবা পুম্নমক পুমথ থগাইরে হায়বা বানি । নিয়ম তাবগী অরোইবা মুমিং অহুদা কুমসি চহিগীদি লোইরে হায়হনা অহনশিংবা কোন কোনহনা কপ্পৈ । মীতৈবা গৌরধর্ম্ম চৎপসিদা হরিগী মতিকসি ওস্লোকনা চাউখি।

---

## য়াওশংগী ঈচেন তেকচাক

লোখাও সীংখাওবা লোইরবা মতুংদা মুওাইবা খিবিন্না মপুং ওইরক্রবা মতমদা য়াউসংসু থংলরে । লমদাগী থারম-মালং হুম্নকপনা উরি-উপাল পুম্নমকসু নাক্লো য়েনিং হল্লে। নৈরাংগী মক্লপ সাংপনা খোইমু খোইনা পুম্নমক মখোই কাথরে। উচেক বায়া পুম্নমকসু অয়াকপা খোনজেন থাদোকপ্রহনা মুংশিবা মখোজা

থোংথরে। ওলাথা, নোংজুথা অমসু নিংথমথা অহুমসিবা থোইদোকনা অয়াবা পীরুরবা তাইবং পানবা পুম্নমক লমদাগী মাল: কংহুনা অরাম্বনা পুম্নমক কে'রুদনা মুত্তাইবগী ঈপাক ঈথক্তা তাউথরে। লমদাগী থাবুং মুমিৎসি ওইরগা গৌরিয়া বৈষ্ণবসিংগী পুক্নিং ময়োল হল্লি। থ'বুং মুমিৎকি মুমিদাংসিদা মপু-ইবুংঙো গৌরাঙ্গ (নিমাই) তাইবং কাওথি। মীতৈগী খুল খুদিংমক্তা পাথং মচাশিংনা ই; বা হুরাল্লুহুন' য়াউশংওনি হায়রুনা শাই। লৈশাবী মখৈনা মখোয়না নীংথিবা (মানস তৌথিবা) মতুং ইন্দুনা য়াম্না লুনা .তৌহুনা, ফিরাল ময়াম শাহুনা য়াওশং শানরিবা সনৈবীগী মতোন্দা পুনশিন্দুনা য়াল্লি সুংশিংনা হুমরুগা কিরান্দুনা নোমহৌনা চুমথাং খনবগুম্না পাইহুন শামু মনাতোনগুম্না ওনথাক্তা নিংথিজে। গণেশ কৌবা লাইহুন মীনা হুরান্দুনা য়াউশং মৈ থাদোগ্রনি হায়রুনা, অহুক ডাকতুন লৈব মাল্লি। অসুম্না নামৎ শিংনা শারবা অমসু ফজনা লৈতেংলব য়াউশংসিবু মুমিদাং ওইরগা মৈনা হেক্তা থাদোকই। করিগী:না অমসু মীতৈগী মঙ্গুংদা য়াউশঙ হায়বনা' চুমমি, না'উশঙ হায়বা চুমমি, হায়রুনা খংনবা অমা তৌরি। বাংহ অমিসিমক্ত মীতৈরোল ওইবনা, মীতৈ উন্মাসিংনা মনিংতম্না হায়নরুনা মহা মহাক্কা ফংবা রাঁজেং চপ চপ চানা পুথোক্কহুনা য়াম্না য়েংনৈ ঐখোই খংদবনা তাবদদি অনিমকমু অচুম্বমক্তা ওইগনি খনজে জৌহিক্কিবনসু মুমিদাং ওইরক্তা 'য়াউসংহু' মৈনা থারমদাই থাঁমোম্নি গৌরাঙ্গগী দাকর্ক্কহু থাংহুনা পুসিন্দুনা য়াউশংহুগী মঙ্গুং

ভাইহাক থমুই। মহুবু গৌরাজ পোক্লৃরিবনি হায়রৈ। মসিননি, য়াউসং হায়বদা চুম্মি হায়হুনা কোজায়না হায়নরিবসি। মসি বাতা মায়া চান হায়না থজৈ। অহুম ওইনমক মীতৈ ঐখোইনা য়াউসংতমক হায়রৈ। চুমখিবনা চুহা অমসু লৈরি। মহুগীসু মরম অমতং লৈতবা ইয়া য়াদে। সেন তিংনা, অমসু নাবৎ সিংনা সাক্লরিবা সভবু ভাইহাক্ত দা চরাওবগী লোইননা মৈ থাদোক্লৃরিবহুনদি, কানদবনা য়ায়া কানবা থোরম অমা লৈবদা ওইগনি। তৌরিবনসু সভ অহু মৈনা হেক থাদোকপা লোইরগা মীতৈ ঐখোইনা ময়াম ময়াম হৌনহুনা, ‘হরিবলা; হরিবলা’ হায়হুনা য়ুমুম থুদিংদা চত্তুনা চাক্লি ফিজিবা থোরম অমা তৌই। হরিবলা হায়বা বাহৈসি বাংগালী লোন ওইরোইরে। আসামী লোন ওইগনি। হরিবলা হায়বা বাহৈসি, মীতৈনা রমান্দী ধর্ম চৎলিভৈ মতমদা আসাম লৈপাক্কী সোংখিবা লোন ওইগনি। মসিগীদি মসি ওইরে। সভ অমা থাদোকত্তুনা লোইরগা ‘হরি হায়য়ু, হরি হায়য়ু’ হায়হুনা চেন্নরিবসিনদি মসিগী মরিদা ঐখোইনা তাজবা বারী অমতংদি লৈরিরে।

বারীহুদি অসিনি:—

লমদাগী থাবুং মুমিংকী মুমিদাংদা তেংবানবা মপুগী শায়োনমক্লি হায়রিবা কৃষ্ণ ইবুঙোনা ইবেমা রাধাগা লোয়নহুনা ‘দোল’ হায়বদি পাং তোংলহুনা সানখি। মুমিংসিদি কৃষ্ণভক্ত ওইরিবা বৈষ্ণবসিংগী অরুবা মুমিং অমনি। মুমিংসিগী ঋতি হুনা রাধা কৃষ্ণ অনিমক্না লাইজ যমুনাগী মপান্দা লৈবা ‘ধীর সমীর’ কৌবা মফমহুদা অচৎ চত্তবা ভাইবং পানবা পুমুমক্কী

পাঙ্গনবু চিংশিল্লহুনা থুম্বা লৈগ্রবা উরীকোনগী মঙ্গুংদা ফুংইন মরূপ থিবিক্লা থৌগল্লহুনা, তাইবংপানবা পুম্নমক্কী কুমৈবু চিংশিল্লহুনা শানখি। রাধা কৃষ্ণ অনিমক্কা মতৌস্থম্না শানখিবা মুমিংসিবু য়ায়ফ পুংফম থিবিক্ল। তিনবা মুমিংনি হায়হুনা হিন্দু মথৈনা হায়নরি। অস্থুম্না য়ায়ফ পুংফম তিল্লি হায়রিবা মুমিংকী অহিংগী তংফম থেংলবা মতমদা, তেংবানবগী মবুঙো অমম্বং মবেম্না অনিমক্ক স্থপনা মহু গা মপানগা ওইরদুনা (নিমাই) অস্থুম্না হায়নরিবা মপু তু ওইনা তাইবং ফাওরকই। গৌরাঙ্গ ইবুঙোনা তাইবং কাওরকপদা বৈষ্ণবশিংগী থমোইকোনগী ময়োম হুনখি। মুসলমানগী মৈচাক্লা লক্লিদা লৈরম্লবা বঙ্গদেশগী হিন্দু পুম্নমক য়ায়ফ লমদাং ফংনখি। গৌরাঙ্গনা শায়োল্লকপা মতমহুদা বঙ্গদেশতদগী নস্তুনা ভারতবর্ষ শীম্না থুংনা লাইনিং লমদাং মাঙ-নখিবা 'ধর্ম্ম বিপ্লব' হায়বত্রু ওইখি। ভারতবর্ষগী নোংচুপ ভমথৈগী চীং রাংমদগী যংম কোবা ফুরূপ অমা মপৈ ওইনা লাকহুনা ভারতবর্ষগী হিন্দু পুম্নমক উপসিনখি। মথোইহুবু মুসলমান হায়রিবহুনি। হিন্দু পুম্নমক চেনখিবনা চেম্নখি, শিখিবনা শিখি। লৈহৌবা মথৈনা যবনগা তোয়োংনহুনা হিন্দু ওই, মুসলমান ওইনা পানখি। মপাস্থেংদা মুসলমানগী মরোং লৌহুম। হিন্দু মথৈনা য়াম্না বানা লেনখি। হৌজিক্তা হিন্দুস্থান লৈপাক্তা ব্রাহ্মণ অমস্থুং ক্ষত্রিনচিংবনা মুসলমানগী লুহুপ উপহুনা লৈরিবসিনা মহুগী খণ্ডনফম থুদমনি। 'সনাতোন হিন্দুধর্ম্ম ভারতবর্ষদগী মমি সামখি। বেদ মফম খণ্ডখিদে। মপা মপু নিংবা ব্রাহ্মণ

থয়না বেদ কনগে থনহুনা মকু মচা পূয়নকপু যবন্দা পীংথোক্লমহুনা নোংপোক পাংনা চেন্নকই। বঙ্গদেশদা কয়া অমা লোৎহুনা লৈহৌরে। কয়া অমনা আসাম লৈবাক্তা চেনশিনখি। খয় অমনা মীতৈ লৈপাক্তা, থোকখিহুনা লৈখি, মীতৈ লৈপাক্তা থোকখিবা ব্রাহ্মণশিংহুনা মীতৈ চম্থু নিঙোন লৌহুনা মকমহুদা থুন্দা লৈঙাহুনা লৈখি। হৌজিক্তা মীতৈগী ব্রাহ্মণনি হায়হুনা লৈরিবসিংসিদি মথোইহুগী চাদা নাওতানি। লাকনথীবা মুসলমান শিংনা বঙ্গদেশগী অয়াম্বা হিন্দুবুস্থ 'যবন' ওইহনখি। লেমথহৌবা থরহুস্থ মুসলমানগা য়াম পুতৈ ওইহুনা পংখি।

গৌরাঙ্গনা মতম ফয়ক্লবা মতাংদা সনাতোন হিন্দুধর্ম্ম কন্দবা অমস্তুং পুথত্তবা য়াদে হায়হুনা থন্দুনা লৌনম থিবিক পুথোকখি। লৌশিং চাউবা ইবুঙোনা মপান থোঙদা যবনগী লুংগী সেৎলে। যবনগী মতৌগুম্না লেংগুটি সেৎলে। যবনগী মতৌগুম্না লু কোক-থোক্লহুনা শম মঙা তরাদং ( হিন্দুগী ) মরোং কায়দনবা হায়হুনা মী উহন্দম। চিথা থাক্লে। নগুন্দ্ হরিনামগী তাবিবগা লোইনমা ঙকশমদা পুনসিল্লে। মথুত্তা য়ুবী থুজাই অমগা রস মধুরী অমগা পায়সিল্লে। ফজথোইবা ইবুঙোনা তৌথোকপদি ফজবতা মওইখি। যবনগী লৈরক্তা চৎভুনা ইশৈ সকহুনা চেং-নি। হিন্দুগী থুঙংদস্থু চৎভুনা অহুমক নিরুই। সক্লিবা ইশৈহু অমতদি ওইনা তারগা যবনগী মমাংদা মবোং অমা ওইম। শকই, হিন্দুগী মমাংদা মরোং অমা ওইনা পুথোকই। যবনগী মমাংদা সকপা ইসৈদি—

"আল্লা গফুররে, সবাল ধররে, তুয়ারচরণে মোর মন, আল্লা

গকুররে," অস্তুম্না সকই। হিন্দুগী মমাংদনা "লা গৌররে, সারঙ্গ ধররে, তুয়ার চরণে মোর মন আল্লা গৌররে, হরি হররে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ। মাদধবায় কেশবায় নমঃ অস্তুম্না সকই। গৌরাঙ্গগী ইশৈ ভাবদা যবনমথৈশ্সু স্নুমহৎলি, হিন্দু মথৈশ্সু স্নুমহৎলি। গৌরাঙ্গগী মবোংদু উরগা, ওস্থোক্না নহা ওইনা ফকীর ওইরে হায়দুনা মুসলমান মথৈনা সোম্রে। মহাক্না তৌরকপদ্না মচু তিম্মনগ্রদুনা যৎক ফুপী মথৈনা পর্দা হাইদোক্নুনা মপান থোকতুনা য়েংনখি। য়েংবগী অপেনবা লৈখিদদুনা মকুং পরপ পরপ ইরখি। অস্তুপ চাউত্রবা হিন্দু ব্রাহ্মণ অমনা মুসলমান ওইত্রবসিদা মচা মনাই হিন্দু মথৈশ্সু সোয়দনা মুসলমান ওইবা তাত্রে হায়বা বাখনসিনা মুসলমান নিংথৌনচিংবা অণ্ডর অথৌ পুম্নমকনা 'অন্দর মহল' মনুংদা সত্রং চৌবরনচিংবা সামদুনা লৈখি। মুসলমান মথৈনা হিন্দুদা অমুক অৱাবা পীখিত্রে। মখোইনা থৌওইফিদৈগী মরম ওদুনা, গৌরাঙ্গনা হিন্দু গুঙ্গাদা চৎতুনা হিন্দুসিংগী মযমদা থেংবানবগী মপু ইবুঙোগী হরিগী মরিদা বাম্রি পুম্নমক সন্দোবতুনা লীখি। মুসলমান ধর্ম্মগা হিন্দু ধর্ম্মগা তোরোৎননা চৎলম্বা হিন্দু মথৈবু থাংগৈশেংনা হিন্দু ধর্ম্মদা পুখৎনবা হোৎনখি। গৌরাংগগী বারেং তাক্লিবা মতমদুগী হিন্দু মথৈনা হন্দক গৌরাঙ্গনা তৌরম্লিবা থৌদোকসিদি, হিন্দু মথৈবু মুসলমান ওইহল্লবা লৌরম তৌরিবনি হায়দুনা খল্লখি। মহাক্না সোক্লিবসি 'হরি' নত্তে, 'হরিব' সোক্লিবসি হায়নখি। মরমসিনা মরক সরক্তা লৈরিবা জগাই মধাইথোইগী কাংবুমা গৌরাংগবু

ওন্থোক্লা তাখিবি। মখোইনা হায়নৈ,—হংমোন মচাশিংনা মুসলমান থাংগৈসেংনা ওইনিংলগা মতেংমতা মওইরগনি; মহাক্লা লৌনম তৌহূনা ঐখোই পুম্নমকপু মুসলমান ওইহনগদবগী হৌবসিদি মহাকপু অমুক্তং খঙহন্দবা য়াদে; হেক ফংবা মফমদা মহাকপু হাত্তোক্লগা লোইরে। অসি হায়হূনা খুংলিংহূনা লুমহূনা লৈরখি। লফুদগী সনাগী থম্বাল সাংলগনি হায়বসিদি বনাংগু হবখিদংলিনা, জুগাই—মধাইখোইনা মথুক্তা খুংলাই পায়হূনা, গৌরাঙ্গখোইবু হাংবদগী লুমহূনা লৈরখি। মখোইগী ঈরাংহূ উংহূদা গৌরাংগসু মখোইগী মরক্তা চংলুবা ঙমখিদে। মখোইগী পুকনিং চিংননবা হায়হূনা, গৌরাংগনা মহাকী মরূপ থরগা লোয়নহূনা, পুং; ঝাল য়ৈহূনা কীর্ত্তন হৌই। মহাকপু য়্যানিংবা মথৈনা মহাকা তিন্নখিহূনা মহাকী লেংদা চনখি।

নোংমদি কৈথেলগী ফমহাং অমদা গৌরাংগনা বায়েং (বক্রেশ্বর) ফোংবা মতমদা জুগাই-মধাইখোইনা চৈপাহূনা ফুত্তিন্ত্রনা গৌরাংগগী কাংবুবু অমম চম্না ফুগাইখি। মহূদগী ইমু নাইসু তাহূনা গৌরাংগনা বাহূনা তুখি। ভাইহাক লৈরগা নিংসিংবা যংলকতুনা ভুবোই ভারোই হৌগংলক্লগা জুগাই-মধাই অনিমক্তা হায়রকই। "ভাই, জুগাই, ভাই মধাই' ফুখিবদি ফুখরে মহূগী মহূত্তা 'হরি' হায়হূনা অমুকতদি সোনবিউ।" মধাইনা সাউরহূনা চোংসিনখিহূনা গৌরাংগগী মকোকইদা খুপাক্লা তাখি থোক্ক পাই। গৌরাংগনা খজাই নাম ওন্থোবতুনা হায়রকই, "ভাই মধাই, অসোয়দসু অমুক্তা খাউ, হরি, হায়বলিতদি অমুক্তা হায়রিউ।"

মহু উবহুদা জুগাই-মধাই অনিমক্না মুপাসিদি মরোং অমদি চায়হুনা ভুংহন্না হন্দোকই। মহুমক্তুদা জুগাই-মধাই অনিমক্কী থগোইদো নৌথবগী মবোং লৈখিদে। অসুম্না পাইরক্তা মীবু ফ রম্রে হায়রগা জুগাই-মধাইখোইগী কাওবুদো লোইনা মহনফমদা হপ্জিমখি। নোংমদি দোল মুমিংকী অহিংহুদা গৌরাংগনা মহাকী মরূপ পুম্নমক্তা লোইনহুনা, পুং, ঝাল য়ৈরহুনা হরিসিং কীর্ত্তণ তৌই। মরাকতুদা জুগাই-মধাইখোইসু ময়াম থেলহুনা গৌরাংগবু হাংকনি হায়হুনা ভানৈ। থর অমনা গৌরাংগখোইনা থোরকপা মতমদা লম্বীদা অমমম ওইনা হাংসি হায়হুনা হায়নৈ। মখোইনা হায়নরিবহু তারহুনা গৌরাংগগী খুপুসু করি থোকই হায়হুনা ভানৈ। গৌরাংগনা হায়রকই, "জুগাই মধাইগী ইথোন মপান্দা য়াউগী সও অমা লৈরিবসি মৈনা থাদোকসি। কনানো মমিং-মনা সিংবা শমনা মৈতান অরাবা অমা পুথিহুনা সওহুগী সাইজিন্দা য়েপতুনা থম্লসমু। য়াউগী সওহুদা মৈ হৌরক্লবা মতমদা, য়াউসিংহুনা চোম্লোরকপা ওৎজনবা থোঙহু হাংদোকতুনা থম্লসমু বৈ হৌরক্লবা মতমহুদ জুগাই মধাইখোই পুম্নমক চেম্লোক্ল-রকনি। ঐখোইসু চেম্লোকখিহুনা মুম কনবা য়াওক্লসি। 'হরিবল, হরিবল' অসিভা হায়হুনা মুমথক্তা পওকুত ফুসি! মখোইসু চীংলাং-খালাং ওইনা হরিবল মরাইনা হায়জগনি। মহু ওইরবদি মখোইগী বাশক কায়রনি। মখোইনা রাশক্লরিবদি,— 'হরি' হেক সোনবা মীদো মঙকশম পায়হুনা, গৌরাঙ্গী লেংদা হেকতা ইনশিনখিবা, অসিতনি। অহুনা থবক য়াওশিম্নবা থুংলৈ থুবো।

গৌরাঙ্গগী য়াথং ফংলছুনা মমিৎ-মনা শিংবা মুপা অমনা য়াথং মতু' ইধা থৌরম তৌরম্নে। ডাইহাক লৈরগা য়াউগী সণ্ডছুদা মৈ হৌরক্লে! য়াউ পুন্নমক খোং লাউনা চেম্ভোরক্লে। জগাই-মধাইখোইস্থ লোইনা হোতোরক্লে। গৌরাঙ্গগী খুপুস্থ লোইনা চেনসিন্নক্লে পুন্নমকস্থ সণ্ড কনবা হোৎনরে। গৌরাঙ্গগী খুপুস্থ 'হরিবল, হরিবল' হায়ছুনা মৈ তম্না পণ্ডফুতা ফুরে। জগাই-মধাইখোইস্থ অফিং অকাই ওইনা রাখন ইতৌ হেক তৌরুদনা, 'হরিবল, হরিবল' হায়ছুনা মমথক্তা পংফুতা ফুখ্রে। সিদ-মপুগী থৌজাম্না, অহুম্না তৌনা তৌনা মৈস্থ অহুমক মুৎথ্রে। পুন্নমকস্থ মহমফমদা হজিম্নখ্রে। ডাইহাক লৈরগা জগাই-মধাইখোইগী মরক্তা য়াম্না নিম্নরক্লে। পুন্নমকস্থ 'হরি' সোনখ্রে হায়ছুনা লাউনরক্লে। থবাইদগী ককোক থংনা, থোইনা হেন্না 'হরিবল' হায়খিবদি, জগাই-মধাই অনিমক্কি হায়না লেপনখ্রে। জগাই-মধাই অনিমক্না হায়রকই—"ইবুঙোখোই, রাশক বারেপ কায়গ্রবনিনা, ঐখোইগী হায়ছুনা অমমুক লৈখিজ্রে। অছুনা কানরবোর, গৌরাঙ্গগী লেংদা চত্তলছুনা ঐখোইস্থ 'হরি' সোন্নরসি" অস্থুম্না হায়নরে।

মপুগী থৌজান হায়বসিদি ফুইবা নত্তে। মতম ফুইনা লিংজেন কন্থুনা মুংগী মতৌ ওইনা লৈগ্রবা জগাই-মধাই অনিমক মিকুপ্তা মপুগী থৌজান ফংজখি। অমম্বা মায়খুম অমনা কুপ্তুনা লৈবম্বহ ইথঙ থঙহৌদনা হাইদোকখি। জগাই-মধাই অনিমক্কী মিংলু অনিমক্কগী, মপু ইবুঙোগী মুংশি ঊচেনবু রুবোঙ নাইনা

শিন্থরকতুনা মখোই অনিমক্কী থমোই লম্পাক থুনখি। মতু উবহুন্না মরূপ পুম্নমকস্তু মুংশি ঈপাক্তা ওনখোইনা তাউখি। থাবুংগী অতিংতুনদি ওনখোক্লা নিংথিজরে। গৌরাঙ্গগী মায়থোং থানা লৈতেং ওইরে। জুগাই মধাই অনিমক্কী মমিত্ত, তম্পাক্তস্তু থাবুং অমা থোক্লুনা লৈরে হায়না উখি। তম্পাক্তা থোকপা থাবুংবু কোল্লুংগে হায়তুনা হোৎচিনখি। জুগাই মধাই অনিমক্লা থাইনা চেক্লা ওইদুনা তম্পাক্তা থোকপা থাবুংগী থুম-থোইরবা থাহীবু থজায় পেম্না চুপচখি। জুগাই-মধাইথোইগী লোয়নং মরূপু পুম্নমকস্তু মহাক মহাক্কী শরুক ফংজখি। মতৌসুম্না ফজরূপ অনিমক অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা অহিংচুম্না মপু ইবুংঙো ঈপুরোইগী মিংথৈরোন শকতুনা লেনখি। গৌরাঙ্গগী মফমদা তুংগী থমোই ওইরিবা, পুকচেল কনগ্রবা পুম্নমকস্তু মহী ওইনা চেনখি। 'হরি' সোল্লু হায়বা য়াথিজবা জুগাই-মধাই অনিনা য়াউগী সঙ মৈ থাবদা 'হরি' সোনখি হায়তুনা হৌজিক কাওবদা গৌরিয়া মীতৈ ঐথোইনা গৌরাঙ্গগী মপোক মুমিত্তা, য়াউগী সঙ সাতুনা মৈনা থাদোকতুনা 'হরিবল, হরিবল' হায়তুনা হরিবু নিংশিংনরিবনি। মরমসিনা য়াউশঙ হায়বসিনা অরেম্বা অমসুং অচুম্বা বা ওইগনি। 'মাউসঙ' হায়রিবসি বাখন চাউবা ইবুঙোসিংনা মরকতা শেমদোকখিবা বাহৈ ওইগনি।

হরি সোমনবা অমসুং নিংশিংনবগীদমক চহি-চহিগী য়াউসঙনি হায়তুনা তৌনরিবসিদা মীতৈনা থোংক্রেম, মাইরেল অমসুং থামেন্নংজিংবা হবা রিবসিবু করম্বা 'পুণ্য, হায়বহুগীনো? য়াউসঙগী

মুমিদাংহুদা নত্তনঃ মুমিং মঙানি চুপ্পা ইপাং, নাপী হুয়াক্লিবসিবু; হুয়ানবা তম্বা নত্তনা করি ওইগদৌরিবনো ? হুয়ানবা হায়বসিদি থবাইদগী হৌরিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা হুয়ানবা তম্নবদি চাউরগা হুয়ানবা অচৌবা ওইরোইদবা করি লৈবগে ? ঐখোইনা তৌরিবা পুম্নমকসে উত্তা ঘি হৈক্লিনবগুম্বনি। মঙানিসিগী মনুংদা, পাথং, লৈশাবী, মো অমস্থ হম্নবী পুম্নমক্না ভিক্ষা নিবা হায়হুনা তৌনরি। মীগী থোংজিন্দা চঙহুনা চাক্লি ফিনিবা তম্নগা ভুংদা করম্বা অফবা লমদাং ফংগদৌরিবগে ? মী মচাম্বা (অতোনবনা) চংকদবা থৌরম তৌরগা করম্বা লাইনা পেমগদৌরি-বগে ? মুপিগা মুপাগা য়া য়া লাউরহুনা উফুন-অঙাংবা লৈনরিবনি হায়হুনা কোল্লা পায়নরিবসিবু হরিনা পেল্লবা থৌরমহুমক্না ? মৌশিং বাৎপা শা-ঙাগী থৌরম মালোইদৌরিব্রা ? লাইগী মুমিংনি, লাইগী মুমিংনি হায়হুনা মীতৈনা হায়নৈ ; লাইগী মুমিত্তি মশকস্থ উখিত্রে ; মীতৈ ঐখোইগী মোহি য়াহুনা লাইগী মুমিংপু পুময়োং য়োংসিনগ্রবনি। অসিদগী হেনবা মুংঙাইনা তম্নবা ঐখোয়গী স্কুল অতৈ লৈখিত্রে। মহি য়াওব্রবা জ্ঞান-বিজ্ঞান্না মীতৈগী হয়াওবগী মনাক নকলুবা ইয়া য়াদ্রবনি। শর্ব্বনি হায়হুনা অমমম থোয়কপসিদা মীতৈ ঐখোয়না তমজকবা হুযান চিন্থী, নত্ত লমচৎ পুম্নমকসিগী মথৌবু অমুক নোম্বা শঙজরিবনি। মীতৈনা মহৈ-মশিং থয়া হৈজকবা মখৈস্থ ময়ম অসোঃদা শিজিন্নহুনা অহুমক তোকচরবনি। মসিগুম্বা কুমৈসিগী কীজেৎ হোংদোকতনদি মীতৈ ঐখোয়গী ৱাই-মুবপী

তোকপা য়ারোইদৌরিয়ে। মুনি ঋষিসিংগী হাক্তা হরি হায়বসিদি অরুবনি হায়নরম্মী। হরি হায়বহুনা তাইবং পানবগী অয়ানা পুম্নমক হয়াম্লি হায়হুনা হরি কৌই হায়নরি। হৌজিকী মতমদা মীতৈনা সীজিন্নরিবা হরিসিদি মীতৈগী পাঙল-কৌশিং অমসু লন-থুম পুম্নমকপু হুরান্নুনা পুরিবনি। মরমসিনা মীতৈনা হরি সীজিন্নবসি য়াম্না নুংে।

## মীতৈনা ধর্ম্মগী মরমদা হক্তবা অরেপ্পা লাইনিংলম্বী

ধর্ম্ম হায়রিবসিদি ফিজেংনি। ফিজেং হোংবা য়াবগুম্না ধর্ম্মসু হোংদোকপা য়াফম থোকই। ধর্ম্ম হোংবা ইয়া য়াদে হায়বা থোইদোকপা অচেৎপা পথাপ লৈরোইদমালে। ধর্ম্মগী ফিজেং হোংবা হায়বা বাসিদি মহাক মহাক্কী ফীবমদা লৈহুনা লৈতেংবা হায়বা রানি। অথংবা, অহৈবা ইবুঙোসিংনা হায়নবদগী অহুক তিঙবদা, মমাংদৈদা মালেম থকসিদা তাইবংমী পুম্নমক ধর্ম্ম হায়বসি মরোং অমত্তা ওইনা চৎলম্মী। মতমহুদদি মীওইবসিংনা মুমিং থাসিনু মীৎনা উবা লাইনি হায়হুনা থুরম্নরম্মী। অমসু হেক উবদা কিগদবা অমসু পুক্নিং মরায় লুক্তবা মরোং হায়বদি,—চীঙ অচৌবা, মুং অচৌবা অমসু লিন অচৌবা অসি থিংবিকসিনু লাইনি হায়হুনা থুরম্নরম্মী। অচৎ-চৎত্তা পুম্নমকসি। শেমথিবা মপু অমা লৈহুনা মহুমকনা মরোং খিবিক্তি ওইনা তাইবংদা উংলিবনি হায়হুনা থাজনরম্মী।

ভাইখং মীগী লৌশিংনা থর থর ওইনা হেনগৎলকপা মখুং ইয়া অনৌ অনৌবা তাফথৎনবকপদা, হেনকদবা অমমম লাক্লুনা মচুগী মেয়নবা হোৎনবদা লৌশিং থোইগৎখি। মচুমা পোলোইদা হিন্দু মুসলমান, জৈন, খৃষ্টান অমিনচিংবা কুকপ অমমম লেপ্লখি। হিন্দু ধর্ম্মদা অমুক মমা লোংথোরক্লুনা শক্ত, শৈব, সৌর, গাণপত্য অমসুং বৈষ্ণব মতাসি থোকখি। বৌদ্ধ হায়রুনা অমসু চোঙথোকখি অতৈ অতৈসু মমা কয়া লোঙজ্রে। মচা য়ায়া পোকপগীদি হিন্দু ধর্ম্মদা পুমহেন্নি। হিন্দু ধর্ম্মগী মচা মুপা বৈষ্ণব হায়রিবসিনা ঐ.থাই মীতৈবু মনঙন্দা পোল্লিবনি। ময়াম্বু শৈবনা শিববা মতুংদা মহাক্না গাদী ফংখি। মুসলমান নিংথৌনা পাল্লিতৌগী মতমদা বাংলা দেশতা বৈষ্ণব ধর্ম্মসি চাং অমা মুৎলুরবনি। গৌরাঙ্গনা মচুবু মথোং অমা ওইনা পুথৎখি। গৌরাঙ্গবু বাংলা দেশগী মীনা গৌর হায়না কৌনৈ। মুৎলুরবা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু গৌরনা অমুক পুথোকখি হায়রুনা গৌরধর্ম্ম হায়জখি। গৌর ধর্ম্মসিবু মীতৈ ঐথোয়না ইসম সয়া গৌরীয়া হায়না খঙনৈ।

মীতৈ লৈবাক্তা গৌরিয়া চৎখিবসি পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তকতগীনি হায়রৈ। পামহৈবা নিংথৌগী মত ইবুঙো চাওথংখোম্বগী হাক্তকা গৌরীয়া ধর্ম্মসি মীতৈ লৈবাক্তা নিংথিনা চৎখি। চীংথঙখোম্বা নিংথৌগী মত ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তকী থোইনা হেয়া মপুং ফানা চৎখি হায়নরি। অমসু গৌরিয়া ধর্ম্মসি চৎত্রিঙৈগী মমাংদা মীতৈ লৈবাকতা রামানন্দী হায়রিবা ধর্ম্মমু চৎলম্মী হায়রৈ। রামানন্দী ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈগী মমাংদা বৌদ্ধ,

ধৰ্ম্মস্থ চৎলম্মী হায়নরি। আসাম লৈবাক্কী 'মহাপুরুষীয়া ধৰ্ম্ম-' সিবু রাধান্দী হায়বত্থ ওইগপ্রা খনৈ। মরমদি হৌজিক ফাওবস্থ মীতৈ ঐখোয়না মহাপুরুষীয়া নাম-সংকীর্ত্তন শৰুপগী মবোং ইকায় কায়দনা তৌনরি। অমস্থ কীর্ত্তন ঘোষগী ঈশৈ- 'ভকত বৎসল তোমার রামজয়, গোবিন্দ রাম জয়' অসিনচিংবা ঈশৈশস্থ মীতৈ ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা শক্তরি। ধৰ্ম্ম পুরমকসি চৎত্রিংউগী মমাঙদদি মীতৈ ইপা ইপুনা মীতৈগী মহৌশাগী ধৰ্ম্মদা অত্থমক লৈরম্মী হায়না অহনশিংনা হায়নরি। মতমগী সিররুপা মুঙশিংকী মতুং ইন্না মবোং ওনখিবা ওইপনি। হৌজিক চৎনরিবা গৌরিয়া ধৰ্ম্মসিস্থ মতম অমদা মবোং ওন্নরোই হায়বা কৰিস্থ লৈতে। ময়াংগী গৌরিয়াসিংগী মবোং ওন্দবস্থ মাই মীতৈগীদি সোইদনা ওন্নগদবনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংবু চৎনরোইদবা অমস্থ কিরোইদবা কনাস্থ লৈত শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি, "স্বধর্ম্মে নিধর্ম্ম নিধং শ্রেয়ঃ পরধর্ম্মোভয়াবহ" হায়বদি—ঐগী ধৰ্ম্মনা সিজবদি লায়রৈবাক কায় (অথোইবনি,। মীগি ধৰ্ম্ম হায়বত্থদি অফিবগী মসক্তি (লৈখাতাই)।

মীতৈ ঐখোইগীনি হায়দুনা তোঙান্না মহৌশাগী ধৰ্ম্ম অমা লৈরম্মবদি মীতৈ লৈপাক্লা মতম অমদা বৌদ্ধ অমস্থ রাধান্দী ধৰ্ম্ম চৎলম্মি হায়বসি মীতৈনা খাঙ্গেশেংনা মীগী ধৰ্ম্মদা তাংজ- খিবনি। মত্থ ওইরবদি হৌজিক চৎনরিবা মীতৈগী গৌরিয়া ধৰ্ম্মস্থ খাঁজৈ হেক শেংনা মযাংগী ধৰ্ম্মনি। মসিদা মচেৎ অমতং ফিরকম লৈয়রোই। অসিগুম্বা মীগী ধৰ্ম্ম সিংসিদা শিরগা মীতৈ

পুম্নমক্না অরাম খুভম ফংগনি অমস্তুং ফংনরি হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংসি চুমদবা তায়ে, অমস্তুং গীতাসি লানবা তায়ে। অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণনা হায়রবসিমক্তদা মীতৈ ঐখোইনা মহাকী মরা ইন্দহনা মীগী ধর্ম্মদা তাংজহনা শিরবদি, মীতৈ ঐখোই কৃষ্ণগী য়াথং বিরবা হায়বহনি। শ্রীকৃষ্ণমক্না 'মরকতা' ইন্থরবা মীতৈগী শিথিবা পুম্নমকপু ঐখোইনা পুথংনুগাদবা করি ইত্তিক লৈরিবগে? ময়াংগী গৌরধর্ম্ম সিবু করম্বা মীতৈগী অরান খুভম ওইগদৌরিবগে? ধর্ম্ম হায়বসিমকতবু মীতৈ ঐখোইনা লাইনিং লম্বী হায়রিবশিনি। পুক্লিং থারকতুনা থৌরম চুম্না ভৌম্নবা থৌপাং থৌরম অমনি। নাদ-য়েকতনা, পুনসি-তোলোই য়াইফনা পানবা থৌরমতবু লাইনিং লম্বী কৌগনি। অসুম্না হায়মরিবা লাইনিং লম্বীসিবু তাইবংপানমসিদা মহাক-মহাকী ফুরুপকী মরোংদা লৈনরিবমকতনি। মীতৈতনা মীতৈ ঐখোইগী মরোংদা থম্নদহনা মীগী লাইনিং মরোংদা লৈরবনি। মীরৈবাকী মীতনা মখোইগী মরোংদা পুথোরক্লগা মীতৈ ঐখোইনা মহুতবু য়াম্না পাম্না লৌজে। মীগীহু লৌরুবদা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং হিকতোক্লে হায়বসিদি কনানসু থমবিজে। শাগোম্না চংপদি য়ারগা, শামুনা চংপদি য়াদবা লম্বী য়াম্না য়াংলি হায়বসি মীতৈনা খঙ্গুবা লৈতে। লাইনিং লম্বী হায়রিবসি লাইগী বায়েলনি হায়রবদা চুমগদবা লৈরবসু, লাইহনা মীতৈনা মীতৈগী বায়েন, ময়াংদা ময়াংগী বায়েন পীবিবা থোকই। লাইনা হন্দক মীতৈ ঐখোইদা গৌরধর্ম্ম ওইনা ময়াংগী বায়েন পীশিনবিমসিদি ওহোকনা চুমদে। ময়াং মরোলহু ঐখোইদি থঙচম :না

পর্ম্ব' চুম্না চৎপা কৈ:দৌমুংদসু ওয়রোইদবনি। লাইনিং লম্বীসি নম্বুনদি তাইবং মীগী মশাগী চৈরাক লৈতে। লাইনিং লম্বীগী মরোল অহুনা মীতৈগী লোন অমসু মীতৈগী মরোং নত্রবদা মীতৈনা করি খঙলুগনি। খঙলুত্রবদা চৈরাকতুবু অমুক করিগী কিরগনি। মরোল্দু খঙলুত্রবদি চৈরাকসু লৈত্রবা হায়বহুনি। চৈরাক লৈত্রবদি পুক্নিং চুম্বা হৌনদ্রে। পুক্নিং চুমত্রবদা থোরম তৌরবগী মহৈসু ফংবা হৌনদ্রে। গাড়ী চিংলিবা মপ অহুম। পুক্নিং চুমদবা মরমদগী চৈ চাহুনা অমসুং চরু অকংবা চাহুনা তোকচৈ। অহুগুম্মহুনা পুক্নিং চুমদনা লাইনিলুবদা মশা মাঙহুনা তোকচৈ। অমসুং থবক শুরুবদসু লাইরবগা উনবা ফংজে।

ঐ.খাই অতাওবা মীওয়গী পুক্নিং চুমলুই হায়বসি মিকুপ ফাবা নতে। মী অমনা রা অমতং হায়রকপদা হেক্তা পৈথি। অসিগুম্বা পুক্নিং-পুকচনসি পুহুনা লৈরবদি হন্দকী মপোকতা অমুক মী ওইগদবা লৈতে। মসিবু পুকচেন থেনবা কৌই। হায়নঞবদি হন্দ্রে হায়বসি লুকচেন থেনবগী বাখল্নি। অরাব-অচুম খন্দবা মীওয়না মচুম্না হায়নৈ। অথংবা অমসু অহৈবা মীওয়ম অচুম্বদগী হনবা হৌনদে মরমসিনা; "লায়রবা নোক্রবা চুক্ক ডি, ইনাক খুনবা নোক্রবা চুক্নংদে' হায়হুনা পাওরৌ তৌনরিবনি। লায়রবগা ইনাকখুনবগা অনিসি ওম্বোক্না লাপনা লৈনৈ হায়বসিদি মখোইনা থিরবা লৈতে। লায়রবগে নীংলবদা নোংমা ফাবা নত্তে; লৈরিবা পুম্নমক মীঙোন্দা লোইনা পীথোকপ্রগা

হেক্তা লায়রে। মসি পুকচেন থেনবগী থৌরম্নি। ইনাক খুল্লগে হায়না তাল্লবদি, রাখন লুনা খন্দুবা তত্তবা, তন্দনা অমসু উইনব কন্না তৌরবদতা ইনাকখুনবা ওইরিবনি। লাইনিংবদসু নীংলবোই হায়রবদা নীংদবগা চপমানৈ। নীংলগে হায়না তাল্লবদি লন্থী য়ামল্লে:— (১) পুক্লিং বারকবা য়াদে। (২) পথাপ কায়না চংপা য়াদে। (৩) য়াহিপ ফম্ফম চুমদবা য়াদে। (৪) অতাওবা লম্বী মরা তপহন্দবা য়াদে। (৫) তাইবংগী অপাম মুংশিগী বাখন শামহন্দবা য়াদে। (৬) নিংবা অমা নীংহুনা চেংনা কোন্দবা য়াদে। (৭) নীংলিবহুগী মশক মবোং লেপহন্দবা য়াদে। (৮) মরম পুম্নমকসি চপ-চানা তিল্লগা লীচিং অমতা ওইনা থাক্লবদত্তা, নীংনা উপানগী মথক্তা লৈরিবা উমং চেক্লাহু ফাবা ঙমজগনি। অসিনদি নীংঅবদা কয়া লায়বা, নীংলবদা কয়া লুবা মসিনসু অহুমক খঙবরে। অসুপ য়াম্না লুনা লৈপ্রবা মরম পুম্নমকসিবু ইখল হেক খল্লদহুনা, অতাওবা রাখন্দা বাতা তৌনহুনা তাইবংপানবনা লেল্লবনি। অমসু তাইবংপানবনা মপুক্লিংনা নীংলিবা পুম্নমক মশাগী ভুবৈ-ভুখোঙ ফাওবা শীল্লিবনি। মহু পুম্নমকহুনা ফম্বীদা তিল্লু রিবনি। ফম্বীহুদগী ওইরকপা তাইবংপানবনি। নীংখিবহুগী মতিক ময়াম পুম্নমকসু তাইবংপানবা ওইরক্লিবনি। মরমসিনা মপা ওইরিবহুনা চুম্না নীংলগা অচুম্বা, মচা ওইহুনা তাইবং ফাওরক্লিবনি। পুক্লিং পৈবা নীংখিবহুনা পুক্লিং পৈবা মচা ওইনা থোরক্লিবনি। নহাল মপোক হায়রিবসিনা মমা-মপানি। হয়েংমুক্লী মপোক হায়রিবসিনা মচা মত্তনি।

হন্দকী মপোকসিদা থৌরম চুমগা, হন্দকসু মুংঙাইগনি; হয়েংমুকসু মুংঙাইগনি। পুক্নিং বায়কহুনা মুঙাই য়ায়কনা পাম্নবগীদমক লাইনিং-পথাপসিবু থম্লিবনি। ঐখোইনা হৌজিক্কী মতমদা চৎলিবা গৌরিয়া ধর্ম্মসিদা পথাপসিবু য়াওরিব্রা, য়াওদব্রা মসিতনি ঐখোইনা খনজরিবদি।

## অমাং অশেং মেরা থাউমৈ

মীতৈগী গৌরিয়াসিদা হেনজিন্না চৎপা য়াম্না য়াওরে। ঙৌখি থুনাম্নি হায়দুনা ফু-ফু কামদুনতা লৈনরে। মসি য়াম্না কব পথাপ অমদি ওইরগা হেনজিনখিবসিনা য়াম্না মরেং তাবা অমসু ওইরে। শোকনি শোকনি, অমংবনি, অশেংবনি হায়দুনা য়াম্না ঙৌনরি। করম্ববু শোকপা য়াবা, করম্ববু শোকপা য়াদবা, করম্বনা অমাংবনো, করম্বনা অশেংবনো, মসিগী বাখল্দি খোইদোক্না ঙৌনবা লৈতে। শোকপা য়াবা য়াদবা অমসু অশেং অমাং থায়রিবসিদি লৌনবা লায়নাদগী হিংনবা লম্বীগীদমক্নি। অমোংপনা অমাংবনি, অরুবনা অশেংবনি। অমোংপদুবু শোকলুরগা হকচাংদা মহিক মথাঙ পক্লবই অরুবদুবু শোকলুরগা হকচাংগী অকবা ওই। চীন্নদি ওস্থোক্না চুম্না হায়নরগা শোকহৈদববু শোকউবা, অফববুদি শোকলুবরুম্বা অমা ঙৌনরি। মশাদি মোংপনা নমথিরে, ইরুজরিবনি হায়দুনা চুত্তো মকপ্রে। শেংলিবা কিদুনা মোংমনপ্রদুনা মঙোমতা শেগায়জরে :

মতুৰ ফিশেংম্বি হায়ডুনা শেংলগা চাকসু চানৰি, লাইমু খুৰুম্নৰি। অসোমদা চাক্তি নিংথিনা, থোংলে, ইনশাংদি নমথি হাথিমক্তা থাকতুনা থোংলে। চাক অমসুং ইনশাং থিদোক হৈদোকতুনা ওম্লগা লাই খুৰুম্নিবনি হায়ডুনা নামৎ চঙনা হোৎনৰে। কলেৰাগী মহিকনা থঙ্কৰ ঈশিংচু ময়াং পাঙন শোৰুদমথৈ, অমাং অশোয় ফত্ত হৌথি নেৎলুনি হায়ডুনা চোং-চোংডুনা চৎভুনা ঈশিংচু পুৰক্লগা, মতুনা থোং থাক্লি। "আচমন" তৌৰিবৰি হায়ডুনা মতুনা অতৎ-অকাং লৈতনা চীন অমসু হকচাং শেংদোক্লি। লাই খুৰুম্নিহৈদুনা ওয়িংনা চাক-ইনশাংডুদা খোইৰেম ওম্বগুম্না ওমখৰে নংঙ্কৌপকী হয়িং অশেংবনি হায়ডুনা তোঙাম্না লৈতবনিনা, হয়িংশিংডুদি অমাং-অশোয় ফত্ত-হৌথিদা তোংলুডুনা লাইথুং-লায়না পুম্নমক্কী মহিক-মত্তাঙমথৈ পুৰক্লবমক্তনি। লাই খুৰুম্বা লোইৰগা চাকতু পেম্না চাশিল্লে। ঈশিংচু থৌজেং য়োনা থকচিল্লে। নোঙালমদাইদা কলেৰানা পায়ৰে। মাইবা কৌবা নংহৌদে, ওম্না নোঙ্গাৰে; লাইয়েনি হায়নৰে; শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অচানবৰু থুনা য়াঙনা পুশিনখ্রে হায়নৰে। অসিগুম্বা মপাম্বোঙদা ফজনবা অমসু মতৌ মাম্নবা তৌবসিতনা গৌৰিয়া ধৰ্ম্ম ওইৰে। (শৰীৰমাদ্যং খলু ধৰ্ম্মসা ধনম) "হকচাং হাম্না য়েংগনি, লাইনিং কোম্না তানগনি" হায়ৰিবা অহল-য়াথংডুদি কনানসু থম্নখিল্লে। ইকান কাম্নপ্রবদা চৰা হেন্দুনা তীলমন লাইৰন ফুদোকহনবা হায়বড়ু গৌৰিয়া অসিতনি। চৰা হেন্দ্ৰুনা লাইনিংলিবনি হায়ডুনা কন্না হোৎনৰি। মচাদি অম্নুম্না য়ামশিল্লকই গৌৰীয়াগী পুক্লিং

বারকপা অমস্থ হকচাং ফননবা হায়বহুবু মসিরা? লাইনিং লম্বী হায়হুনা অহনশিংনা থম্বীরম্বা পথাপসিদি ঐখোইগী হকচাংগী কান্নবা অমস্থ পুকনিং বারকনবগী দমকনি।

মেরাগী থাউমৈ থালিবসিবু লাইগীদমক্তা নতে। তাইবংমী ঐখোইগীদমক্নি। হায়বদি, লাইথুং-লাইনগী মহিক-মতাং পুন্নমক্তা, তু-খোংদা ঈশিংনা লৈরিভৈগী মতমদদি মত্তুদা লৈরম্মী। ঈশিংনা কণ্ডরবা মতমদা মহিক শুম্নমবতু মুংশিংকা লোয়ননা পাইরকতুনা ঈশিংনা লৈব-লৈব মফমদা তাননবা হোংবৈ। মহিক পুম্নমক অহুনা তাইবং মীগী হকচাং মুংদা চংলগা তাইবং মীগী লাইথুং-লাইনা অয়াবা ফংদোকই। অদুংগী মতমদা থাউমৈদু বাংনা ভান্না থানহুনা থম্নবদি মহিক পুম্নমকতু থাউমৈদুদা তাহুনা সি। মরমহুনা, মেরাদা থাউমৈ থান্নরিবনি। অনা-য়েক সেন্নবা হায়হুনা তৌবা পথাপনি। ময়াগী তুলসী; মীতৈগী তাইরেন পোংফাই হায়বসি মহিক-মতাং, ফত্ত হোৌথি কোক্লনবমক্তনি মখোইসিবু ঐখোইনা লাইগী মতৌগুম সিজিন্নরিবনি।

ধর্ম হায়বসিনা হকচাং ফননবগী অমস্থ পুক্নিং চুম্নবগী ওইরবদি; গৌরিয়া মীতৈ ঐখোইনা মসিগী লমদাংদা চুম্না চংপা থোকপ্নি। ঐখোইনা তৌরিবা গৌরিয়া ধর্মসিদি থুনা সিন্নবগী দমক্নি ঈশিং অশেংবনি হায়হুনা মা গোনদা ফমলিবা ময়াংদু তাম্ফোকতুনা ইমুংদা পুসিল্লি। ময়াংবুস্থ মাংডি হায়বৈ। ময়াং লৈবাক্তা তীর্থদা চংলবদি ময়াংগী চাক ঈশিং নহুনা ঐখোইগী হিংভমস্থ লৈতে। ময়াংগী থুয়া পায়রদনদি ঐখোইগী

লৈফমস্থ লৈতে। মসিবুময়াংশিংছ্ কিক্ননবা ? মীতৈগী গৌরিয়াশিংগী থাংকম লৈতে। মীনা উত্রগা লোইরে হায়বা গৌরিয়াছ্রি। অমস্থ, হরিসংকীর্ত্তন হায়রিবসিদি, মীতৈ লৈতে, ময়াং লৈতে, বৈষ্ণব পুন্নমক্নীরি। মীতৈগী হরিসংকীর্ত্তন্দা মীরৈবাকচা ময়াং বৈষ্ণব চঙবা য়াদে। মাগুব মচী অমদা ফমহল্লি প্রেম ভোজগে হায়দুনা মীরৈবাকচা বৈষ্ণব অদুনা মাগুব ময়াইদা চঙলুরবদি মঙক পায়দুনা ইনথোকখি। মীতৈগী গৌরিয়াসিদি অঙকপনি।

---

## সংকীর্ত্তন থৌজান (রুপা); মঙজাউ থরা; লুকুন (নগুন)

খুন-খুন খুদিংমকত্তা মুপামচাশিংনা পাথং ফারক্লবা মতম্দা পাল লৌথংপা হায়দুনা তৌনরি। মথোইগী কোয়েং কৈজোম, থোরাংয়েং অমস্থ করতান রাংপা য়াদে। মুপামচাশিংনা স্কুল অমস্থ কলেজ তমগদবনু অহনশিংমা সংকীর্ত্তনগীদমক থিংদুনা থল্লি। খুন খুন খুদিংমকী মুপামচাশিংনা স্কুল কলেজ তম্বা চংগ্রবদি অমস্থ লৈহৌরিবা অহনশিংদুনা পাল চোংবা ঙমগ্রবদি সংকীর্ত্তন তোঙপা ঙাবিরা ? অমস্থ পাল চোংদুনা সংকীর্ত্তন য়াওক্রিবা পুন্নমকত্তুবু লৈবাক্তগী ইথেংকদুনা থম্বা ঙাবিরা? তৌনরিবনস্থ কনাগুম্বা লৈজদবন, ভাগবৎ ওইরবস্থ গীতা ওইরবস্থ তাদুনা শ্রাদ্ধ কুমৈ মেহুবুলাইশিংমৈ তকৌ-তকৌই, শ্রাদ্ধগী

মতৌ মান্দে হায়নরি। থব অমমস্তু সিখিবা মীহু অহনরি, অস্তাং মত্রে, করম্না লাইরিক্তা তাহুনা লোইশিনম্বিগে, পাল অমতং শঙ্কনদি করম্না পুক্রিং চম্লসিগে ? মসিবু সংকীর্ত্তনগী থুপু অমা নৈ হায়হুনা হায়নরিবনি। সংকীর্ত্তন অমতং তৌদবা ইয়া য়াদে হায়বা রাখনম্বিনা মুপামচা খরনা লাইরিক তম্বা চংথ্রবস্তু থরতংবুদি খিংহুমা থমদব ইয়া য়াদে। মখোইসিমকপু 'রিক্তাভ' থনহৌদ্রবস্তু কা, ঝুলন কৃষ্ণজন্ম, গৌরানিজন্ম, দুর্গাপুজা, গৌরি অমস্তু য়াওশংগী কুমৈ তৌবিনবা লৈরোইদৌরিবনি। থোইনা লেম্না লুপ্রিবদি মখোইসি নতনদি ইমা-ইবেনশিংগী পুক্লিং কাম্নবা কুমৈগীদমক অইত লৈতে।

অহেনশিংনা খিংহুনা থনহৌরিবা অডাং মচাশিংসিদি হয়েং মতম অমদা সভ্যজগংকী মমাঙদা বা অমতা ডাংবস্তু ঙম্মরোই। মখোইগী মহৈ-মশিং তনগাদবা মতম হৌথিবস্বিবু কনানা হঞ্জিনবিগদৌরিবগে ? মসিবু মী মাঙংনবা হায়বহু ওইরোইদৌরিব্রা ? মীবু মাঙহল্লিনহম্বিবু করম্ব ধর্ম্ম কৌবগে ? মী মথৈবুদি মাঙহনবা লোইবগা করিগীদমক মীতৈ লাইরৈ, চাকুরী-নকরী অচৌবা ফংদে হায়বিরিবগে ? তেংবানবসি শীম্না থুনা "ঐগী ঐগী" হায়হুনা নিম্নরক্লে। মীগীনা ঐগী ওইবা য়াদে খণ্ডনরক্লে। খোঙতেকমিতাং. ষণসেন নাওবোই পুম্নমক অপঙবা ওইনিংঙকত্রে, লোইনা শিংনিংডক্লে। মীনা রসায়ন অমস্তু বিজ্ঞানগী মপাম্না অঙক-অঙকপা পোৎলম সাহুনা পুথোক্নরক্লে। মীতৈ ঐখোইনা মীগী 'যুগাতীত' ওইহুনা লৈরি। শিংনরক্লবা মতমসিদা কনানস্তু

মীগী মনাই ওইতুনা লৈনিঙকত্রে। কনাম্ন মীঙোন্দা তাংজতুনা লৈগে নিঙকত্রে। অসিংবসিংনা থাক্লম্বা মথাক লাং পুম্নমক থদৎপা হোৎরে। ঐগী মীগী লোইনা খঙনরক্লে। মীগী মরন শিজিন্নবম্বতু শেন্দোং লৌহৌতুনা মীগীতু সিংদোক্লরে। অঙাং ওইরিঙৈদা লৈতান্না সাবা শামু ফংলগা হরাওবতু থম্বুবদা ইকাইনরক্লে।

মীতৈ ঐ:খাইনা হৌজিক তৌরিবসিদি মঙ অচৌবা অমনি। মঙতাবপু অক্লবা হিদাক্তি হায়তুনা সিজিন্নবাগুম্না ঐখোইস্ম সীজিন্নরি। মসিবু হায়দোক্লরবদি থবক চমনবা য়াররোইদবনি। মঙদা ফংলুবা লুপাতু তাইবং ফাওরগা লৈরমদে। মঙদা ভরা চাক্লরগা নোঙাল্লগা হাউত্রা হায়তুনা হংলুরবদি, হংলুবা মীতুবু মীনা ঙাওরে হায়রৈ। মীতৈ ঐখোইনা হৌজিকী মতমদা তৌনরিবসিনা। ঐখোইবু ঙাওরে হায়গদৌরিবনি। তেংবানবনা মমিৎ-মমায় পাঙমরক্লবা মতমসিদা ঐখোয়না পাল ফিতুপ তৌতুনা লৈরবদি, মীনা ঐখোইবু মী:খাং হুক্তবনি মহায়রনি। মরমসিনা হৌজিকী মতমসিদা চৎনরিবা ধর্ম্মসি কিজেৎ হোংদবা য়াদে হায়জরিবনি। মীতৈ ঐখোইনা মঙলিবা মঙসে য়েংবিয়ু:—

(১) ময়াংগী ধর্ম্মসিবু ঐখোইগীনি হায়নরি। (২) ময়াংগুরুসিংগী লৈফম্ব, লাইফম্নি হায়নরি। (৩) মীতৈগী মহৌসাদগী সাগোম্নবা লাইদি লাইমাং ওইহল্লে, ময়াংগী লাইবুদি লাইসেং ওইহল্লে। (৪) মীতৈ লৈপাক লাইফম্ব, হিংচাবগী লৈপাক ওইহল্লে। (৫) মীতৈবোন মাংহল্লুনা ময়াং লোনবু সেংহল্লে।

(৬) ময়াং মৱোনগী ইশৈশবু ঐখোইগীনি হায়নরি। (৭) মীৱৈবাকচাগী মৱোননা অমসু ময়েক্লা ইবা লাইরিকপু মীতৈগী দ ই রকি হায়মরে। (৮) ময়াংগী মপা-মপুসিংগী হৌরকপগী বারীবু মীতৈ ইপা-ইপুসিংগীনি হায়নরে।

অসিগুম্বা ওন তৈনবসিতনা কুপসিনখিহনা মীতৈ ঐখোইনা ক্রুরপ অমনি হায়হনা পাম্লিবনি। মতম অমদা ঐখোইবু ময়াং ওইদোরিত্রা হায়হনা রানা সোইয়ে। অহুয়দি বারগা ময়াং মৱোন থাবদি য়াদবনিনা, 'হে প্রভু'! 'হে দয়ানিধি!' অসুগ্না হায়হনা ময়াংগী মৱোন্ন লাইসোন সোন্দুনা অৱা পোথাদৈ। মীনা ফাহনা পোন্দেন মমু দ। নমহনা থরবসিমক্তদা, অসুবসু ফায়রনি হায়হনা কিহনা লৈনার। ময়াং গুরুশিংনা নৱেং হুংহনা চিংহনা পুরবসিমক্তদা নৱেং হুংত্রি হায়বা বাথনসি ঐখোইনা তৌনরি। ময়াং গুরু নতনা ঐখোইদি পোকপসু য়াত্রে, সিবসু য়াত্রে; মখোই নতনা সেংংথপসু ওমগদবা লৈতে। "গুরুআজ্ঞা বলবান" হায়বা বাহৈসিদি মতম কুইনা মীতৈগী থমোইমুংদা য়েবহনা লৈরবনি। ময়াং গুরুশিংনা মীতৈগী পাঙ্গন সোনথহনবা হায়হনা সোনজিনখিবা মত্রহ ওনথোক্লা নংখিনা চুখিবা মরমদগী মপাঙ্গন সোনথরবা ইপা-ইপুসিংহুবু ঔরানা ইবাই লায়না মখুবাক্লা য়াইরিনা লেংহনা পুহনা চংখি। অরাবা পুম্নমক্কী ওংথৈবু মকোকথক্তা থাঙ্গৎহনা থাপত্রবা ঔবা লৈপাকতা খুন্দাহনা লৈখি। লৈহৌবা ইপা-শিংহুনসু দপাঙ্গন লৈখিদবা মরমদগী ঔরানা পুসিনখিবা

ইপা-ইপুসি চুগী খোঙ্গুন লিরুবা ওয়খিদে। ময়াং লৈপাক্কা চেপ্পরকপা পুম্নমকসু মপাঙ্গন লোনখিবা মরমনা মরৈবাক মীতৈ লৈপাক্কা হনজিনবা ওয়খিদে। থোৌোকসিদি চহি ২০০ রোমগী মমাঙদা পানখিবা চীঙংখোম্বা নিংথৌগী মচাসিংগী হাক্তক্তনি খুৎলাই য়াওদনা কৈ কারন্মী হায়রিবা মীতৈনা, ময়াং গুরুশিংগী কৃপাদগী অসি য়েৌনা লোনথপ্রবদি, অলোনবা থিবিক্লা তাসিন্দুনা ওইগ্রবা শুমাও ঐথোইদি করি ওইরুরগনি ? মহি মচুন লৈখিগ্রবা অথাকপা শী গুম্না ঐথোইবু মীনা থোম-.থামচুনা, মৈ থাচুনা, মৈতিক্করিবা অমসুং মথৌ সিজিননরিবসিনা মতিক চাবা থৌরম্মক্লি।

ময়াং গুরুশিংনা মত্র লোনজিনগ্রবা লংহিং মচা তরুক্লা ঐথোয়বু পুন্নচুনা চিংলিবনি। মচা মাপন্না ঐথোইবু পুন্দুনা চিংলম্নবদি মীগী মমাঙদা থরতং ইকাই খুম্নবম্বা য়ারমগদবনি। মচা তরুক্লা ঐথোইবু চিংচুনা পুবসিদা তেংবানবাসগী মমাঙদা ওনথোক্লা ইকাই। ঐথোইবু মশিং থিবা ইহৈ হৈক্তবদৌনা মচ তরুকসিবু মচা মাপন্নি 'নগুন' হাইযু হায়চুনা হেক্তা মহায়হল্লি। মীতৈ ইপা-ইপুশিংগী মরৌশিং অমত.দি ফুঙ্গাগী উৎনিংথৌগী মৈগুম্না লৈখিবা মরম্না অমসুং ময়াং গুরুশিংগা থৎনরুবা য়াদবা মরম্না, হয়েং তু দা মচা-মগুশিংনা থিরকপা মতমদা থঙজরসমু হায়চুনা, ময়াং গুরুশিংনা 'নগুন' হায়না থোম্নিবচুবু মীতৈ ইপা-ইপুনা 'লুকুন' কৌখি। মীতৈ ইপা-ইপুশিংনা 'লুকুন' অসুম্না হায়রম্বসিগী ইচেল্দি,—লু(কোক) + কুন(কুনবা)=কোক কুনবা, হায়বদি ময়াং গুরুশিংগী খুয়াদা লোন্দুনতা লৈবা হায়বা বানি।

মীতৈ পুম্নমক্পু মখোইগী খুয়াদা লোন্দ্রক্তা অমসু কুন্দুনতা লৈহন্নবা লংগিংগী থৌরিহুবু লুক্ক্রন হায়রিবসিনি। লংহি মচা তক্কসি ক্ষেত্রিগীনি হায়রবদি ময়াং শূদ্রদসু মচা তক্কসি থাংজিনবিহুনা কররম্না ক্ষেত্রি ওইহনবিরিবা? শূদ্রদা মচা তক্কক থাংজিনবিহুনা ক্ষেত্রি ওইহনবা য়াররবদি মচা তক্কক থাংলিবা অমসুং ক্ষেত্রিনি হায়রিবা মীতৈ ঐখোইদা মচা মাপন থাংনিহুনা বামোন ওইহনবিদবা করিগীনো? হাও-নাই, কুলি-কুনাই পুম্নমক্পু মচা তক্কক থাংজিনবিহুনা মীতৈ ওইহনবসিদি ঐখোইদি অংয়োমদা পামজরিবনি। মীতৈগী চাউখৎপনি হায়না খনজরিবনি। অসুম্না লৌখৎলিবা ফুকপ অহু মচা মিঙোন্দি যক-য়বদি, বামোনশিংনা হেক্তা লৌশিন্ন। মসিবু আর্য্যবংশ শন্দোকপা হায়বহুরা? মীতৈ শন্দোকপদি পামজে, আর্য্যবংশ শন্দোকপদি কয়া পামজদে। তৌরম্মিবা পুন্নমক্সি মখোইগী ফংনবতা মওইরম্রে। ঐখোইগীদি মক্ক ফংনা মুংপনি; করি অমত্তা লৌখৎপা য়াবা পোংৎ লৈরমদে। ময়াং গুরুশিংগী লাইরাবা মীতৈ পুম্নমক্সু সুমহৎপ্রবনি। মসিগী খুমুক্তি করিসু লৈতবনি। খোংফম অমত্তং হন্দোকহুনা নিংশি লগা হেক্তা ফংবনি। খুমকসি থিদহুনা মীতৈ ইচিন-ইনাওশিং 'আনি' তৌনহুনা লৈবা চুমদবনি। মীতৈ ঐখোইগী মরীদা কাননবা মরম পুম্নমক্পু খোরাই য়াওনা কুপ্প থিজিনবা মতাং ওইরে।

---

## চৌডথুংখোম্বগী মঙ' ওসি ফাওবা মীতৈনা মঙডি

মীতৈগী নিংথৌ চৌডথংখোম্বা হায়রিবা ইবুংঙোহুদি লাইপোক্লি । মপুথৌনা থারম্বা হৈপান উপান পুম্নমক মহাকথক্কা মহৈ য়ানখি । চৌডথংখোম্বা নিংথৌগী মঙতাক্কনা মীতৈ লৈবাক্কা শ্রীগোবিন্দ চোংথোকখি । বীষ্ণুপুর (লমাংদোং) দা শ্রী অদ্বৈত প্রভু ফাওখি। মচা ইবেমবু শীলসাইরোইবীগী মঙতাকতা নবদ্বীপতা 'অমু প্রভূ' ফাওখি। নিংথৌ চৌডথংখোম্বগী মঙতাক মতুং ইন্দুনা মীতৈ লৈবাক্কা রাস কুমৈ হৌখি। মচা ইবেমনা রাসেশ্বরী রাধা ওইখি। মচা ইবেমবু অরোং-অচৌনগ লোইমনা শ্রীগোবিন্দনা থাজখি । অঙকপা মরোংনি চৌডথংখোম্বা নিংথৌনা মমঙদা উখিবহু তাইবংদমু চোংথোকহুনা লৈখি । মঙতাক্কনা মীতৈ লৈবাক সিন্না থুংনা গৌরধর্ম শরন্না নিংথৌরেন ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা নোঙাখি । চৌডথংখোম্বা নিংথৌগী মঙতাকসিনা চহনরক্লিবসি চহি ২০০ রোম হেন্নক্লে । মীতৈ পুম্নমকসিনা মঙতাকসিগী মখোঙ সোমহুনা হোংখরকপসিদা মঙতাক পান্থীসি ওন্থোক্লা মহৌ-মকা লাননা গৌহুনা মসা-মরেং চঙথোম্না শন্দুনা চঙথোনবা মহৈ য়াম্লে। মীতৈ ঐখোইনা উহৈসি হেকচুম্না চাবগী অপেনবা লৈনক্লি। চৌডথংখোম্বনা মতম লোইরহুনা নবদ্বীপতগী লেংথোরকপা মতমদা বিষ্ণুপুর (লমাংদোং) য়োরগা মহাক্কা তোরম্বা পুম্নাক মঙতাকনক্কনি হায়রহুনা মীতৈ অহনশিংদা থঙহন্নম্মি। অসিগুম্বা মঙ লৌনম মতনা থবক পাঙবা য়াখিদে

হায়রছনা ময়েক সেংনা লাউরম্মী। মতমথুগী অহনশিংনা চীঙথং-খোম্বা নিংথৌগী য়াথংসিবু লাইবানি, তাইবং মীনা খঙবা ওম্বা মতে হায়রছনা মরোং থনা ওইনা থন্নখি। মতমথুগী অহনশিংদো অঙদা, মঙ মঙৎথুম্না লৈনখি। মচা মগু ঐখোইস্তু মরোংছদা অহুমক লৈনরি। মঙগী মুঙাইবা ক্ষম মথক্তা, মুঙাইবা মঙ-মঙছনা লৈবা মরম্না হৌদোকলুবদা য়াম্না সাওনবি মঙগীদি সাক্ষী (উহৌবা মী) লৈতে। মঙদা উরুব শামুদো তাইবংদা উনদে। চীঙথংখোম্বা নিংথৌদি মঙস্তু তাইবংস্তু চপ মান্নখি। অক্লবা মঙচংনি। তাইবংপানবসিদা তুমদছনা লৈহৌবা কোম্নায়নি। তুমল্লুবদগী হৌগৎলকপস্তু কে ম্নাই ংমনি। চহি চনিরোম্সু তুম্বা হৌনদে, য়াহৌরসি ইবুঙোশিং!

---

## শান্তদাসনা মীতৈ লাইরিক মৈ থাবা মীতৈ মৃৎহনবগী লম্বী য়ানবা

মীতৈবু তুমহন্নবা হিংাক মচন থংবা ডাক্তরদি ময়াং মচা শান্তদাস কৌবা অহুবি। মহাকপু ইস্থোকহুনা থম্বদগী মীতৈ লৈবাক্তা লাইবক য়েংবা থোকখিবনি হায়নরি। বামোন শান্তদাসনা, চীঙথংখোম্বা নিংথৌগী মপুথৌ পামহৈবা নিংথৌদা হিদাক থাখি। মীতৈ লৈবাকতা মহাক্না লাইয়েংবা হৌবসি মসিনা মহাক্ল। হিদাক অতুগী ময়ায়না পামহৈবা নিংথৌদি তাইবংপানবসি মরোং অমা ওইনা উখি। শান্তদাসনা খুদানবি থিনবা থিনবা মাইকৈদা পামহৈবা নিংথৌনা চংখি মীতৈসি

যাম্মা লমহেল্লি হায়হুনা; শাস্তদাসনা মীতৈগী মথক্তা কাতি থাখি শাস্ত্রাদাসনা পামহৈব নিংথৌগা মানহুনা, শামু লমশা কাবগুম্মা মীতৈবু ফাখি। মহাক্কী পাথাপ মতুং ইন্না চাত্তে হায়হুনা মীতৈ পুম্নমকপু চিঙ্গাক করুনবা হায়হুনা নোংখ্রে ঈৰুপহনখি। মতমহুদা লৈরম্বা মীতৈগী লাইরিক লাইগু পুম্নমক অহুদি ওংশ্বাক্তা মতিক চাউরম্মি হায়রৈ। মীতৈ ইপা-ইপু অনমম্না মহু অমতং হৈক্কৰগা লাইগা চপ মানখি। লাইরিকসিংহু লৈরবদি, মীতৈ হায়বসি অতোপ্প মবোং অমা লৌ হায়বা যাররোই হায়হুনা লাইরিক ময়ামহু খোমজিন্দুনা মৈ থাদোকপিখ্রে। ওন্তোক্লা তৌবা ভমখি। মুসলমানমক্লমু ভারতবর্ষ লৌইদা তৌখিদব থৌরম্নি। মসিদি হৌমদবনি। লাইরিক পুম্নমক উং ওইখ্ৰবনিনা মীতৈগী তৌনিঙাই করি অমত্তা লৈখিখ্রে মীতৈবু হিংনা চাখ্রবা মুপাহুগী ধর্ম্মবু মীতৈনা সৌগৎলিবা। আঃ মীতৈ! করি হায়রসিগে!

মীতৈবু ময়াং ওইহল্লগে, লু মতুং ইনহল্লগে হায়হুনা মীতৈনা শিরগা লু মচেৎ অমমম লৌহন্দুনা ময়াং লৈবাক্তা থমহল্লুই। ময়াংবু লাইনি, ময়াং লৈবাকপু লাইফমনি হায়না মীতৈবু থগুহল্লি। মীতৈগী মচাক-মরন পুম্নমকপু ময়াংগী মথুৎ চম্নবা হায়হুনা লম্বী থোনখি। মীতৈ লৈবাক লাইফমমু হিংচাবগী লৈবাক ওইহনখি। মীতৈবু পুম্মাঙ মাঙহনগ্রবা অমসু মেঘনা তুরেনগী ভা কোরিয়াগুম্মা, মীতৈবু পুম্নযোৎ য়োৎসিনগ্রবা শাস্তদাসবু সোনাইবদা মীতৈ ঐখোইগী ইশাদা করম্বা থৃদিন চোংখোক্তদৌরিবগে? ঐখোই থগুদবা নত্তে, যাম্না থগুকৰে।

লাঙ্গোই কিসিনা চেংমন খিহুনা, থোক্লবা পাম্বৈ থুংলাই ৱাংহুনা থোঙ্জেন থানা মরূপ মপাংবু কাজরিবনি ময়াং গুরুশিংং কুনজা থুদনা লাকহুনা মীতৈগী মরন-মথুম পুন্নমক চুপশিল্লি। চাকং পাস্ত্রে মাৎ তৌরি। মীগী পামজরুবা মরমদগী ঐথোয়গী লাংফমসি ওইরিবনি। মীনা তৌনরি হায়হুনা তৌজরুই, মীগী দমক ওইরম্মী; ঐগীদি নংলমগ্রে।

---

## মীতৈনা ময়াংলোন তম্বগী মতাং;
## গোপী ভাব অমসুং গোপী বেশ

শান্তদাসনা লম পুন্নমক য়াল্লবা মতুংদা ময়াং গুরুশিংনা মীতৈবু মথং মথং তম্বিবা হৌথ্রে। সংকীর্ত্তন তাকপিহুনা মীতৈবু ময়াংলোন তম্বীবা হৌই। মীতৈনা ময়াংলোন অমুক্তদা তম্বা ঙম্মাই হায়হুনা মীতৈগী মরক-মরক্ক ময়াংলোন থেংচিনবা হৌই। মীতৈ হায়বসি য়াম্না মরুক চাউই, চাবদগী হৌহুনা তম্বিবা থোকই হায়হুনা ময়াম্না খায়গংহন্দুনা উংসব তৌহল্লি। ময়াং গুরুশিং থাং থাকপি অচায়নদা হৌরবহুনবদি মীতৈনা ময়াংলোন তম্বা থোরাই য়াওসিনবা হেল্লে। চাবগী মতমহুদা ময়াং গুরুশিংনা, আচামন, জল অন্ন, পায়স (পায়স) প্রসাদ, সেবা, কৃপা অমসুং চরন অসিনচিংবা তাকপি। গুরুশিংহুনা লৈননবা হায়হুনা শং অমা সাই। মহুদা গুরুশিংনা তোঙাম্না লৈ। শং অহুগী মরোংবু ‘গুশংসা’ হায়না খঙনরে। গুরুশিংনা চায়মদাইদা তাকপিখিবা লোন্দুবু মীতৈনা থম্মোইমুংদা

চেৎনা কোনশিন্দুনা থম্মী। থর থর অম্সুম্মা তৌরকতুনা তীর্থ বর্তন চারিধাম পরিক্রমা, গঙ্গাস্নান, শ্রীধাম পরিক্রমা অমসু গুরুদর্শন অসিনচিংবসু মীতৈনা তমজরে। হৌজিক্তি গুরুশিংনা তম্বীবগী মথৌ লৈখিদ্রে। ঐখোইনা সুৎ-সুৎ নমদুনা থিজরে। চৌথংখোম্বা নি থৌগী হাক্তকী হৌরদুনা ময়াংগী গুরুশিংনা মথং-মথং কারক্নুনা ময়ায় অকন অকনবা হিরাক মচন অমুক হাপচিন্দুনা মীতৈ পুন্নবকতা পীজরে। মীতৈদি নিংসিংবা ফংদবা মথৈ তুম্নরে। মণ্ড মণ্ডবগী অরোইবা নাইনদ্রে। হৌদোকপা তানদ্রে।

তেংবানবনা 'লোজিক, লোজিক' 'সাইন্স; সাইন্স' হায়দুনা নোংথাংগী ফিরান হাইনরি। মীতৈ ঐখোইনা মণ্ডগী ঈহন্দা মচুবু 'বৃন্দাবনগী আবির খেলা' ওইনা উরি। 'রাস মণ্ডল'দা চংদুনা (মণ্ডদা) 'প্রেম বিতরণ তৌনরি। গোপী ওইনা য়াওরুদুনা তৌত্রি (বাঁশী) থাঙলোন হাইনরুনি। কনাগুম্বনা পামজমনপ্রদুনা গোপী ওইদুনসু য়াওরুরি। মণ্ডসিগী পম্বকতা লৈদুনা ইমা-ইবেন মথেনা, ভাগবৎকী য়াথং মতুং ইন্দুনা থাদকী মচা মথৈবু মপাশিংগী জিগ্মদা থমনমদুনা রাস য়েংবা চৎনরি। কৃষ্ণগী তৌত্রিগী মতিক চাওই হায়রবু মসিদা থঙবৈ। চাকথোং-ফৌসু পুন্নমকী 'তার' মপাশিংনা পুথরে। ময়াং গুরুশিংনা তাকপিরম্বা 'ঝাল-কীর্তন্দ' হৌজিকতা মরোং অমা ওইনা পুখোক্লে। ঝাল-কীর্তন্দ মীতৈনা লোক্লরে। পণ্ডিত ওইরগা ক, খ, নোক্লে হায়রদু তৌরে। মীতৈগী হরি সংকীর্তনসিগী ময়ায়দা মীতৈ অপুম্বা পুমতাও ভাওরবনি। ইশৈগী উম্মানা ইশৈ ভংতনতা লৈদ্রে। তুহার উম্মাগী খোঙলৈজা মারোন্দা

থুমুক তাইরুক থম্বা য়াথিজে। নোংমৈ য়াওদবা সিপাহীগী মরোং ওইরে। কোয়েৎ অমসু প্াল তম্বসিনা মনিপুরগী উঝা শিংদি চাবা-থকপগী মতম ফংজথিজে। কুমৈ অমা মুংঙাইনা তৌগদৌরি হায়না তারবদি, ইমা ইবেন কনাগুম্বনা মচা শিগদৌরবা অমসু নাইবনা থুং থারবদুবু হুপ্পেকতুনা কুমৈ য়েংবা চংৈন। মচা লাইকন্নরিবা মুপাদুনা, হরি সংকীর্ত্তন হায়বসি ওন্থোক্লা লুই হায়না থলহৌই। অমসু ইমা-ইবেনশিংদুনা মপুরোইবশিংদুবু উহন্দনা ফিজেৎ লৈত্তোয়না চংথিবদুগী খল্লু দা কৃষ্ণ হায়বসি লুখাক চাদবোইরে, অমসুং 'ব্রহ্মচর্য্য' চংপা হায়বদুগী মতাংদি মসি ওইরে হায়দুনা মপুরোইবশিংনা থলহৌই।

কৃষ্ণগী লীলা হায়বসি য়াম্না লুই হায়দুনা গুরুশিংনা হায়রিবা মরমদগী মীতৈ ঐখোইনা মসিগী সোয়দনবা বন্না হোৎনজে কৃষ্ণগী লীলানিতবু হায়রবদি মথো সুবা খোসানদে, মহৈ-মশিং তম্বগী রাখন লৈনদে। কৃষ্ণগী কুমৈসিদা ঐখাইগী খোবাই মচামক লুপগ্রবনি। লীলাগী সোয়দনবা হোৎনবদা সম্বল থাবা ওন্নদে। হৈপান উপান থাজিনবগী মতম ফংনদে ইমা-ইবেনশিংনা ইনসাং-নাপী খর থাজগনি, যথনা লোইনা চাথোকনি। কৈথেন্দগী লৈদুনক্তা চাগদবনি। মুপাশিংনা কৃষ্ণগী লীলাগীদমক হোৎনরিবৈদা য়ুমদদি চাননবা লৈরকদুন: ইমা-ইবেন মথৈমা মচা মরা থারুনবা হায়দুনা লাপথবা মুসলমান থুলকতগী ফো বানবা চংৈন। ময়াং মুপামকতনা খেল্লিবা কৈথেল্দু ইমা ইবেনশিংনা কায়। মচা-মরাগী মুংসিবা লিচিংনা কন্না

চিংখিবা মরম্না মপাঙ্গন শোন্নগী অমসুং হং য়াওব্রবী ইমা ইবেনশিংনা মরোল লোনবা ময়াংবু কিবা লৈখিদে। করিসু তৌজরুপ্রবী ইমা ইবেনশিংন্না মখুৎ য়াম্না সাংডি হায়হ্না কৈথেনবুং অহুদা ময়াংশিংনা কয়া অমা ইকাইবা পীরিবনি। মুপা মথৈনা মসি থিবিকসি উথিবা লৈখিদ্রে। কুন্না থাদহ্না সিংগেৎ য়ুংনা থায়হ্না কৃষ্ণগী চানববী গোপীগী বেশ লৌরহ্না, অসোই অহাঙ থিহ্না খিহ্না চাহ্না লৈবৈ। চহি চনিবোম ময়াংদা ময়াংশী ফিজেন অমসুং মরাংগী মরোল তমুকপবু হৌজিক ফাওবা করি অমতা য়োবা য়াখিদ্রে। ইমারোনসু পুমকাউ কাউশিল্লক্লে। গৌরিয়া লোন হায়হ্না তোঙাম্না অমা পুথোক্লবতা মঙায়রে। ঐখোইনা সংকীর্ত্তন্দা কপ্পা-লাউহ্না ইশৈ শক্নরি। কুমৈ য়েংবা মীরৈবাকচা ময়াং মথৈনা ইঙক ঙকহুনা লৈবৈ। লোনচোপমক্তনা ইশৈশু শকলগা কপনরিবসিবু মীতৈগী 'লাই হরাওবা' হায়বহু মসিরা? মসিদি 'ভদ্র সমাজগী আইন বাহিরনি' হায়হ্না হায়রৈ। ভদ্রলোকশিংহুনা মীতৈবু নোক্লবদি হেক কিহ্না পাউজেন চেদা করেম্নরকই,--"মীতৈগী কুমৈসিদি সাওতাল অমসুং হাওগী কুমৈদগী অহেনবা অমনি, য়েংবদা ওস্থোক্লা মুঙাইদ্রে" অসুম্না ফোঙডি। পাউজেন-চেদা মহুবু ঐখোইনা পারগা রাখন ইতো হেক তৌদনা ওস্থক্লো মুঙাইবৈ। মীতৈবু অফ-মুঙাই থঙদবা মরোংদা ফোংথ্রে হায়বসিদি রাখন তৌনরুদে। পাউজেন চেহুদা ফিদব য়েকহুনা অমসু পুথোকই। বাধাকপি অমা মাঙদা খিল্লহুনা কোয়েৎ-ফিসাং য়েৎপগী মরোং অমা

উৎলি। মতুং ময়াংনা মীতৈগী থিদম পামজতুনা লৌতরিবনি হেক্তা হায়রৈ। মীতৈবু অমুক তাংহল্লিংবা লৈতে।

মীতৈগী হরি সংকীর্ত্তন্দা পুংয়ৈবা উঝানা চোংশিল্লকতুনা পুং খীনগে তৌরকপদা, কুমৈবু য়েংলিবা ভদ্রলোকশিংনা শিন্দুনা চেম্বোকপগী তৌই। করিস্বু তৌরোই, পুং যৈগদৌরিবনি হায়দুনা খাৱৈ। ইশৈ কন্না পুখৎলকপা মতমদা পাল মচাসিংনা 'য়ে' লাউরকই মতমদুদা তাইবংলোন য়াওখিদ্রে। মতু তাবদুনা ভদ্রলোক-সিংনা "মীতৈনা তৌরিবা পুম্নমকসি ইচম চম্বনি ওইরোইদমালে, ঈশ্বরনা সেম্বা প্রকৃতিগী থিদম লৌদুনা তৌবা ওইবা তাংয়। নোং-য়ায়দা "ঝিল্লিরব" তৌবা ওনথোক্লা মালে, অস্তুম্না হায়দুনা সোনৈ। মেন থাবা লোইরগা বৈষ্ণব খরনা কির্ত্তন মমুংদা চংখিদুনা পুংয়ৈবা অমম্ব হুহারদা ফি কুপলুই। মতু উবদুদা ভদ্রলোকশিংগী মমুংদা হায়নরকই, কালেনগী মুংসা অসি য়ৌনা সাংগ্রবসিদা কানখ ফুরিৎ লিংলদুনা কানখ টুপী উপলদুনা কপমিন্নরিবশিবু কনা ওইগদগে? খরনা হায়রকই "চোং কন্দুনা রাকুরিবা খুপুসিংসিবু অবাবা হুন্দোকবা হায়দুনা থেমলুরিবা ওইগনি" খর অমনা হায়রকই,— মীতৈ হায়বসি তীং তীং লাউরদুনা ওনথোক কল্লি, লানগী ফিভমদতা লৈনৈ। খর অমনস্তু হায়নরকই, —হৌজিক মনুংদা চংলুরিবা অহনসিংসিবু মীতৈগী মাইবা হায়বদুবা? সংকীর্ত্তন বিচার তৌবা লাইরিকতু থোসাংদিবা মরাং ভদ্রলোকশিংনা মীতৈগী লুপ্রবা সংকীর্ত্তনগী মসক মরোং

## মীতৈনা শোইরিবা; সানৈ-ম্নুনৈবগী বাকম মীতৈগা হাওগা করি মরী লৈনবা

সিখিবা মীহুগী শু(অস্থি) মচেং অমতং লৌহন্নিবসিদি, মীতৈবু হুণ্ডাইযদনা ময়াং গুরুশিংদা সেন কংহনগে, ময়াং লৈপাকসিবু অথোইবা লাইফম্নি খঙহনগে, ময়াং লৈপাক্কা ময়াংনা তৌরিবা পুন্নমক উহনগে, খঙহনগে, তমহনগে অমস্তু মীতৈবু ময়াং ওইহনগে হায়দুনা তৌবা থৌপাং থৌরম্নি। শু-মচেং অমতং ময়াং লৈপাক লাইফমদা থমজকুরবদি, সিখিবা মীহুগীস্তু, চংচরুরিবা মীহুগীস্তু "মহাপুণ্য" হায়দু ওই হায়দুনা ময়াং গুরুশিংনা মীতৈদা হায়জিনবিরে। গঙ্গা মপান্দা সিখিবা উরাবা অমনা গঙ্গাগী ঈশিং ফংবদা লাইরৈবাক ফংখি অস্নুা হায়দুনা বারি অমা তৌসিনবিরে। মীতৈনা য়াম্না নুংশিনৈ হায়বসিবু ময়াং লৈপাক্কা হুনজেকহুনা থম্নরুবসিবা? মীতৈ ঐথোইনা য়াম্না কপ্পরিবসিদি সিখিবা মীহুবু ময়াং লৈপাক্কা হুনজেকলুগদৌরে হায়দুনা কপ্পবা ওইবা তাঙে অসিবগী শু পুহুনা তীর্থ চংপগীদমক শেন তাম্নবা হোংনবদা মীতৈগী মরু কুমহুনা লোইরে। মচা-মশুবু পীজদবমথৈ শেন থোমজিল্লি। অসোমদা মচা-মশুশিংনা অফবা চাবা ফংদহুনা মরুক চি থুংলে; তীন্না মরুক্কা মহুম সারে। নিঙবা কনবনা গাড়ী তোংহুনা লাইফম চংলুরে। হুনজেকদবা মথৈ হুনজেক্কনগা, লাইথুং-লাইনাগা লোয়নহুনা যুদমা হনজরকে। সিংগা শু লৌত্রগা বনাস্থ

ফঁসী ফংগদবা লৈতে। মী অসিবগী লু-সিবু ময়াংশিংনা উৎথুনা ওস্থাক্লা হঙ্গোইনা তৌরিবনি। লু পুরকপা মীতৈবু মথোইনা হুই য়েন তানবগুম্না তান্নিবনি। মতু য়োম্নবা ফাওবা মীতৈনা নিংশিংবা যংদ।

মীতৈগী চৎনবী হায়বসি ওস্থোক্লা লাক্লখিগে। চৎনবী হায়বসিগী নপ্পর য়াম্নগ্রথুনা খঙনরক্লবা খঙদবা হায়বসি শুনথোক্ল লুর। খঙদ্রবরা চিংনবগী অমসু কিবগী মশিং য়াম্লে। শ্রাদ্ধ হায়দুনা তৌরিবসি মীতৈগী 'চুক-সাবা' হায়রিবথুনি। মসিদি মী মুৎনবা নত্তে; মী হিংনবনি। হৌজিক্কী মতমদদি হিংনবগী মরোংদি উখিদ্রে। বামোম্না হাম্প-হাম্প হায়বতা হেক্না হাপচিল্লে। ঐ.থাইনা সংস্কৃত তমলুরিবরু লাইরোন খঙগে হায়দুনা তংলুবনি। শ্রাদ্ধগী লাইরিকতু পাক্লগা ঐখোইগী ইসাদা লাইনা অতৌবা চোঙথাকবা নৈতে। পুরকপিও হায়রিংথুনি সিখিবথুগী মসা সাগৎপা থোবন্নি। মথুদা পুং য়ৈথুনা ইশৈ সকথুনা উঝাংশিংগী নামৎ সিৎনবা কন্নিসু মরম লৈতবনি। পুরক্লা লাইরিক তাবগী কন্নিসু কানযম লৈতে। শ্রাদ্ধ মুদিত্তা পাল কোয়থুনা কুমৈ তৌবা য়া.দ হায়বা চৈরাক লৈবা নত্তে। মরি মঙানা ফমথুনা নিংথৈরোন সক্লগা লোইবা য়াবনি। স্কুল কলেজ তমঙ্গরিবা অঙাংশিংবু 'ভক্তি গ্রন্থদা' লৈথহন্দুনা থদৎপ চুমদে। হরি সংকীর্ত্তন কুমৈগীদমক অঙাংশিংবু ফাজিনবিবা চুমদে পুং ইশৈ হৈতে হায়থুনা চৈরাক তৌখিবা অদুম্না লাইরিক-সাইগু তম্বদা চৈরাক তৌনবসি। লাইরিক লাইসুবু

হৈরবদি পুং ইশৈংদুদি করিস্থ লৈবা নতে। রাখাল অমস্থ গৌরগীলানচিংবা কুমৈদো, বারী ওইবা তাবনা পামদে। রাস কুমৈ সানহন্দুনা মুপীমচাশিংগী পুক্লিং ওলহনবসি মীতৈ ঐখোইগী ওন.থাক্লা ময়েং তাবা অমনি। শ্রাদ্ধদা মীয়াম্না কৌদুনা পিজবা ঐখোইগী ইতিক ওইরকত্রে। হেনফদবা মী মণ্ডা-ওরাতং পিজরগা লোইসিন্নসি। পাল চাংবী তোকতুনা মী মরিমণ্ডানা মিংথৈরোন সকতুনা মপান খোপচিল্লসি। বামোন পুরোহিত্তা অসোনমন লুপা ৫/৬ পিশিনবা হায়না লেপনসি। অরেম্বদা থৌসিংপা অমস্থ নামেৎ কায়বা কুমৈ খিবিক ময়েং তাহল্লসি। হরাও কুমৈশি হেনজিনখিবনা মীতৈ ঐখোয় মুংলবনি। কুমৈসিনা পাল্লন লৌশিং, লন থুম পুম্নমক লোইনা মমি সামথ্রবনি। লাইগী মচা ওইদুনা করি তোগনি? লায়রবদা অমস্থ মহৈ মশিং হৈত্রবদা মীনাই সিংজনবা ময়েক্লি। মীতৈদা অতোপ্পনা তাংজরবদি মীতৈগী চাউথৎপনি অমস্থ অবাবনি। মীতৈনা ফরবদুম মীমা তাংজরগদবনি। মীতৈদি মীওন্দা তাংজদুনা মথাদা কুমথদুনা মানরুবমক্তনি। মীতৈলোন চাউথৎন্নবা অমস্থ মীতৈগী হৌরকপগী মরী মখোং পিন্নবা হোৎনবা অসিদনা ঐখোইগী অচৌবা থৌরম্নি। অরু-অরুবা রাখনগী লাইরিক লাইস্থ পুথোকপা হায়বসি ঐখোইগী ইথৌনি। মীরৈবাশচাগী ময়েক্লা অমস্থ মরোল্লা লেংবা লাইরিকতুবু মীতৈরোল্লা হন্দোকতুনা ইরগা মীতৈ লাইরিক কৌবা য়াদে। ময়াং মরোনগী ইশৈংদুবু মীতৈরোল্লা হন্দোকতুনা সরুগা মীতৈগী ইশৈনি হায়বা য়াদে। মহুদি মীওন্দা তাংজবগী

মনম কোক্নবা কৌই। মীতৈ ঐখোইগী অসেংবা মহেক্না ইবা মীতৈরোনগী লাইরিক অদুবু মীতৈ লাইরিক কৌজগে। মীগী মরোনগী লাইরিক-লাইস্নু তমলুরবস্নু, মদুগী খঙজবকপা ইহেন খিবিকতু মীতৈ ঐখোইগী ফীবমদা পুখোকতুনা, মীতৈ ইপা ইপুশিংনা হায়রবস্বা অমস্নু তৌনরম্বা পুন্নমকতুগী লৈতেং হেন্নদি মীতৈ ঐখোইগী ওহ্নোক্না অকবা অমা ওইগনি খনৈজে। মীতৈনা হৌরকপসিনা ফজরমলবস্নু ওহ্নোক্না অফবা অমনি, ফংলমদ্রবস্নু ঐখোইগী করিস্নু ইকাইগদবা অমস্নু মহেং তাগদবা লৈতে। পোক্নকপদা কনাস্নু ফীজেৎ হৈতোমদুনা পোক্নকপা নতে। ফজবদুবু ফননবা হেন্নরিবমক্তনি। ইপা-ইপুশিংনা সানৈ য়ুনৈরম্মি হায়রগা ঐখোই হৈখ তাহিদুনা পংখিগদবা করিস্নু লৈতে। হিন্দুগী 'বেদনা তাক্লিবনি, তেবানবসিদা সানৈ য়ুনৈরমদবা কনা অমত্তা লৈতে। ইপা-ইপুশিংনা সানৈ য়ুনৈরম্মি হায়রগা ঐখোইগী চিমসি লাইথুং চোংথোকতুনা পাংবদবা করিস্নু লৈতে। ইপা-ইপুশিংদুনা তৌরম্বা থাইমগী রারিদু তারগা ঐখোইগী পুক্লিং মুংশিফম থোকই। মদু খিবিকতু তাদনদি ঐখোইগী পুক্লিং নৌফম থোকতে।

মীতৈ ইপা-ইপুসিংনা সানৈ-য়ুনৈরম্মি হায়বসি হৌজিক্কা ফোংনা হায়নদ্রে। চানবগী ময়াং গুরুশিংনা তারগা ঐখোইবু ফাঁসি পীরগনি হায়বা মরোংদা থম্লবে। মহাভারত অমস্নু রামায়ম্নচিংবা পুরাম পুন্নমকসিদি সানৈ-য়ুনৈবগী ৱারিনক্তনি। মদুনা হৌজিক্কা মীতৈ ঐখোইগী লান-থোংজাও ওইনরি। মদুবু ঐখোই মীতৈগী ইপা-ইপুশিংগী ৱারীমি হায়নরে। মসিবু মীনা তারগা মথৌবাই সোক্না

নোংক্ৰৱাইগৌৰব্ৰা ? ওইদবনা অৱাইবা সাবসি ঐখোই পামজদ্ৰে। মীগী চুখোংঙ সান্মুৰগা ঐখোইগী চুপান ফগদবা লৈতে। ঐখোয়গী লৌশিং ওইহনগদবা লাইরিক লাইস্নু পুন্নমকক্তি, মুংশি হৈতবা মরাং বামোন শাস্ত্ৰদাসনা মৈনা লোয়না থাদোকপিখ্রবনি ঐখোইগী তৌনিংঙই লৈতে। মতু খিবিকতু লৈত্ৰবস্তু মীতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা মখেদি ঐখোইগী পুন্নমক লৈরি হায়না খনজে। মীতৈ লৈবাকপু মরাংশিংনা উপসিনবা 'সৰজ্ঞল' (লৌনম) সি থাংদোকতুনা মীতৈগী মৰোইবা খঙবা ঙমগনি নিংজদে। চীঙনা পন সাতুনা কোয়-শিন্দুনা লৈরিবা ৰফমদগী ইপা-ইপুশিংগী ৱারি পুন্নমকপু য়েক্কবা ইচাওনা পাথৰকতুনা তাউখিবা হৌনদে। মীতৈগী লন পুন্নমক মৰোং ইকায় কায়দনা লৈৰমথিগনি। পুন্নমকতুবু উজনিংবগী ইহুন অমতংবু কন্ন ইল্লকই।

হৌজিক্তা মীতৈগী ৱারি পুন্নমক্তা মরাংলোন য়াম্না থেৎচিন্নরে। লাইৱাদা "গুরুগী য়াথংনি" হায়তুনা তত্তনা হায়নরে। মীতৈগী লাইরোন্দা রামায়ন অমস্তু গীতাগী ৱারি য়াম্না য়াওরে। অংলোম্না সোন্নরম্বা ইপা-ইপু পোকপা, লাইনিংথৌ নোংদম্বা — অসিনচিংবা লাইসোন খিবিকতু হৌজিকতা লৈখিদ্রে। মতুগী মফমদা "রাধে-কৃষ্ণ, গৌরহরি" অসিনচিংবা ওইরে। মসিবু মীতৈ ঐখোইসিনা আর্য্য মচা ওইবা মরম্না, মতম কুইনা মাঙলুরবা আর্য্য মরোনবু লৈমুংদগী থম্বৌনা মতোন হুন্দোরকপগুম্না, হৌজিক্তা ঐখোইগী ইসাদগী হুন্দোরক্লিব্রা ? অদু নতনা মীতৈগী লোনসিবু হাওরানগা তাইনবা য়ায়, মীতৈগী সকমসিবু, হাওসিংগা মানৈ অমস্তু মতন অমনা

চিঙ্গাকসু মানবগ্বা য়ায় হায়দুনা, ইকায়দুনা উঝাশিংবা ময়াংগী অনৌ অনৌবা মরোন অমসু ফিদম্নু লৌশিনবিরিবা ? মসিদি, ঐ থাইবা থনজ্ববদদি, ইকায়ফম কবিসু নৈতে। হাওনা মীতৈবু, মীতৈ হায়রি; মীতৈনা হাওবু, হাও হায়রি। হাওবু মীতৈগী চানা নাওতানি হায়রবদা করি ফজদফম অমসু লেমজদফম লৈবগে ? হাও অমসু মীতৈ হায়রিবা অনিসিনা মরম পুম্নমক্তা তাইসিন্নবা য়ারবসু, হাওনা তম্পাক পামদহুনা চীংথক্তা লৈরি। মচিনতৈওগীসু মীতৈ হায়বসিনা ঈশিং লাপ্পবা য়াদবা মরমদগী তম্পাক্তা থুন্দারকই। ঈশিংনা মরাং কায়না লৈবা মফমদা থুন্দাদুনা লৈরিবা মীওইশিংদুদি লু হেন্দবা ইয়া য়ারোই। ঈশিংগী হঙোইতসু মসাদা ঈশিং পঙ্কে। অমসু তম্পাক্তা লৈরিবা মীওইবনা তেংবানবগী ফজবা থিবিকসি থোইনা উফম থোকই। থাবুং থানা মপুং মরা মান্না নিংনি ফজনা ভানবদি তম্পাক লমজাওদনা মরাও কায়না উবা হেল্লি। তম্পাক্তা হুম্বা মালংবদি চীংবা অমসু তমদা শাংপা লৈরাং হিং ক্কী মুংশিবা লৈনম পুদুনা ইংনা, তপ্পা হম্মি। নোংয়ায় ইচিক হুনবদা তুং-খোং অমসু তুরেল লাবা- অমোম পুম্নমক্কী ঈরাওথোন মুশিনা তাবা ফংভি। মুদিং তারবা মতমদা থুনৌ-থুংলেনগী মুম্মুং থুদি মক্তা মৈ থানবদু উরগা পুক্লিংদা মুংশিবা পে কই। পুম্নমকসিবু উরগা মসি থিবিকসিবু শেম্লি অমসু মতম চানা ওইহল্লিবা মপু অমা লৈরমগনি হায়বা রাখনসি মীওইবগী পুক্লিংদা অহুমক ফুংদে শংরিবনি। মরমসিনা মীতৈ লৈপাক তম্পাক্তা থুন্দাখিবা ইপা-ইপুশিংদো শায়দনা অক্ক থহেন, অফ মুদ্ধাই থওবা অমসু মপু থওবা ফুরুপ অমা ওইরমগনি। মসিদা থোইদোক্তা চিংনফম

লৈরোই। চীঙথক উরুনদা লৈবা হাওনা উ-ৱানা থুবজিন্দুনা লৈবা মরনগী তেংবানবগী কুইন-মোংসি লৈনা-লৈনা উবা ফংদবা থোকই। অনস্থু ঈশিং তাঙবা ফংবা মফমদা লৈবা মীওয়না অঙ্গুপকী অরূ-অঙেনস্থু ওইবা ঙম্মোই। মরম অদুনা চীংথক্তা লৈবা হাওনা তেংবান-বগী মপু অমনা লৈগনি, মহাক্কী লৈফম মফম থিবা থোকই হায়রবা রাথনসি মপুং ফানা থঙভম থোক্তে। তেংবানবা মপুগী মরি-মখোঙবু পুক্নিং চঙনা থিজিনদবা মীওয়শিংদুবু অফ-নুংঙাই থঙদবা কোগনি। মীতৈনা হাওবু হাও হায়গনি, হাওনা মীতৈবু মীতৈ হায়গনি। হাওগা মীতৈগা শক চু অমস্থু না-পু তাবা মানবসিনা; অমস্থু হাওরোনগা মীতৈরোনগা তাইনবা য়াবসিনা, মীতৈগা হাওগা মপা তিনৈ, মমাদি তোঙাল্লি হায়দুনা মীতৈ হৌরকপগী ৱারিদা হায়রিবসি মপা য়াম্না চায়, অচুম্বদা নমনা লৈয়ে। মীতৈ হৌরকপগী ৱারিসিদি অচুম্বমক্তনি। চুমদরদি অহনসিংনা ৱারিসি লৌরমগদবা লৈতে।

মীরৈবাকচাদগী ওনথৎলকপা অমস্থু আর্য্যগী ঈ-নি হায়রিবা মীতৈ বামোনশিংনা, মনাৎ ওইবনা, মীতৈগা হাওগা পা তিনৈ, মা তোঙাল্লি হায়রব ৱাসি স্থূপয়া য়ানিঙোইদবনি। ঐখোইসিবু মখোইগী মচা মশুনি হায়রবতদা মখোইনা নুংঙাইজে। ঐখোই-মীতৈসিবু মখোইগী মচা মশুনি হায়বসিবু য়াবসিরা? তাইবং মী শেম্নকপদগী লৈরক্লবা মীতৈবু ভরাংতা পোকপা আর্য্য মচা বভ্রুবাহনগী মচা মশুনি হায়বসি, ওম্ভোক্পা য়ানিংদনা য়াবা তারে। ৱাথন অনতংদি তৌবা থোকই। অস্থূপ য়াম্বা হাওশিংগী মরক্তা

লম-মচেং অমদা লৈরমুনা, মথিক ময়াম মশাঙ্কহনখনা হাও পুম্নমকপু খুদুম চন্দ্রম। নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা অমসু হাওশিংনা মী + অতৈ হায়না মিথোন অমা থোকহনা লৈরিবা ফুরূপসিবু আর্য্য হায়রমুরা? অদু নত্তনা আর্য,দগী লেনবা ফুরূপ অমরা? হৌজিক্তা মীতৈনা লাইবক থীরদুনা অমসু লাইরথ্রদুনা পুক্নিং লৌচিং মানখিদ্রে হায়দুনা মীতৈবু অতোনবা ফুরূপ অমনি হায়না খল্লসিরা? ময়াংশিংনা চুপথোক্তুনা লোইথ্রে হায়দুনা লুগা উনগা লৈহৌরিবসিবু মীতৈগী নত্তে হায়ররসির? মী + অতৈ = মীতৈ হায়বসিদগী হেন্না অতৈ রা লৈত্তে। আর্য্যগী ব্যাকরণমা চিংথোকতুনা শেম্বা য়াবা রা নত্তে; থাঙ্গশেংনা মীতৈগী রাহৌরোন্না পুথোকপা 'মীতৈ' হায়বা রতৈনি। মসি লেওবা য়ারোইদবা মরা তাথ্রবা বানি স্নামহীনা তাইবংমী শেমখি হায়বা রামীসি অতাং থেম্নবা বারী মত্তে; মুৎপা য়ারোইদবা অমমি। পাখণ্ডবা হায়রিবা ইবুঙোসি, স্নামহীনা তাইবংমী শম্বগী মমাঙদগী লৈরবনি। আর্য্য হায়রিবসিবু তাইবংমী নত্তে; হায়ররসিরা। মথোইনা তাইবংমী ওইরবদি স্নামহীনা শেমখিবা তাইবং মীগী চাদ-নাওতা ওইরোইদৌরিব্রা? পাখংবনা মীতৈ য়েক তরেং পোকখি হায়বসি মওগী বারী নত্তে। মীতৈগী তুরৈ তুথোক ফাওবা চুহনা লৈরিবনি। অমসু লাইরেন হায়রিবা লিনসি পাখণ্ডবগী চাকোক শলাইনি। বক্রুবাহন পোক্তি ত্তৈগী অঃ মমাঙদগী লাইরেন হায়বা লিনসি লৈরে হায়না মহাভারতনা হায়রিবনি। অদুনদি পাখণ্ডববু বক্রুবাহননা করম্না হনগদৌরি? পাখণ্ডবনা বক্রহনবু

চনবসিদি চহি মশিং লাকপা ডম্বা নতে, মুমিৎ অমসু থা অনিমক্রনা হায়বা ডমগদৌরিবনি। কুপনা খিজিন্নবদি স্নামহি অমসু পাথংবা হায়রিবসিদি তাইবংপানবা পুম্নমক্কী অপোকপনি। পাথংবা অমসু স্নামহীবু ময়াংশিংনা লাইমাংনি হায়রগা হেক্তা য়ারসিরা ? মরম ইয়াও য়াওদবা রাবু অডাংনি হায়দুনা লৌরসিরা ? স্নামহী, পাথংবা অমসু নৈমরেন হায়রিবসিবু মীতৈ অমত্তনা হৌজিক ফাওবা থাদোকনদ্রিবনি। মীতৈনা হৌরকপগী রাখি পুম্নমকপু মসিদগী পোকদৌরিবনি। মীতৈনা মফম মফম খুদিংদা লাইরেম্বীনি হায়দুনা খুডম য়ানরিবসিবু অডাংমচাসিংনা সানরিবদু নতে। লাইরেম্বীসিংসিগী হৌভম সাৎফম খিরগা মীতৈগী সাগৈ সলাইগী রাখি থডগদৌরিবনি। অমসু মীতৈগা সোরারেনগা করম্বা মরী-মতাং থোক্লবা থডবা ডমগদৌরিবনি। ময়াং পণ্ডিতশিংগী শাস্ত্রগী রাতবু লৌথংদুনা মীতৈ ঐথোইগী লুরবা রাখিবু লাইথোকপা চুমদবনি। মসি পুম্নমকসি লাইথোকখিবগী মীতৈ ঐথোই, ময়াংসু ওইবা য়াদবা মীতৈসু ওইদা, মরক্তা নৈরিবনি। হৌজিকসু লাইনিংথৌ লাইরেম্বীশিংগী মমাংদা লাইনাং ফম্বা থৌরম্নি হায়দুনা মাইবী-শিংনা তত্তুনা তৌরিবনি, অমসু অফ ফতা লাইপাও থডনরিবনি।

গৌর ধর্ম্মনা অসিয়ৌনা ডক পায়দুনা নমথরবসিমক্তদা, লাইথৌ থৌরম তৌবসি মীতৈনা হৌজিক ফাওবা থাদোক্লদ্রিবনি। মীতৈবু গৌরিয়া ধর্ম্মনা চুপথিব হায়বদুদি মথেং ফংগ্রবনি।

অসিমক্তদা মীতৈনা মহৌসাগী থাদোকত্রিবসিনদি, মীতৈগী লু-তোং খরতং লৈহৌবা তারি। মীতৈগী মসাসি লায়েংবা য়াখিগনি হায়না নীংঙৈ। মীতৈনা হৌজিক ফাওবসিদা থাদোকপা য়াদবা থৌরম খরতং তৌরিবসিবু, ময়াংসিনা মীতৈগী 'কুসংস্কার অমসু ভ্রমধারনা' হায়বহুনি হায়হুনা তত্তন পাঙ্ক চেষ্টোকলবসু, মীতৈনা থাবা ভম্মোইদবা মরম য়াম্না লৈরি। মসি মীতৈগী সিংলি তাংলি, তুরৈতুখাঙ পুন্নমকতা চুপ্লবনি। চহি লিসিংরোম মমাঙদগী বৌদ্ধ, রমানন্দী অমসু গৌরধর্ম্মনা নৈনরকপসিদা, কোকপা য়াখিদ্রবা মীতৈগী সাগৈ'গ্রব' ইপা-ইপু লাইসিংগী হাকতকতগী তৌরক্লবা পণাপ্ন, ঙসি হয়েংসিদা কোকপগী থবক লৈহিঙবনি। থাদোকপা য়াদবসিংগী মরম খিবিকসিবু ইসানা থিজব্রবদা কনানা পুরকতুনা ইথুক্তা হাপ্লিরখিগদগে ? লায়রবা অমসু লাইরিক লাইনু হৈতবা হায়বসিনা মীতৈ ঐখোইগী পুম্নাক্ত মাঙহুনা লোইরবনি। ময়েক উদবা অমসু বারি তাদবা মরম্না, ময়াংসিংনা চেদা ইসিন্দুনা পীরকপহুবু ঐখোইনা পঙথাতা থাজরে। খিজিল্লুরবদি ঐখোইগী অমতসু ওইরমদ্রে। অরেম্বদা পৈসাতা তিংহুনা তোক্লে। মীতৈ ঐখোইগী করি লৈবগে হায়হুনা খিজিল্লুগদবসু লৈত-লায়রবগী হোৎনবদা সীন-চংলুবা ঙমদে। লায়রবা মরম্ন সক খঙনখিদ্রে। লমিং তুনিং পুন্নমকসু পুমকাঙ কাউনরে। অমবু অমনা মুংশিনদ্রে। লায়রবনা ইমা-ইবেনশিংগী পুক্লিং ওষ্টোক্লা তয়াংলে। মচা-মরা থাক্লনবা নতবা লমচৎ মথৈ চৎনরে।

হুৱান চিঙ্গী নমথাক্ত', চিংবসিনা ইপা-ইপনশিংগী লমচৎ-শাজৎ ওইরে। মীতৈনা মীকপ থোকত্রিবা মথৈদি লায়মবগী পন্দুপ লোইরোইদোরিয়ে ।

---

## মীতৈগী সেল চৎপগী লম্বী

পাঙ্গন থেক্লা থৌবাই খুবাক্তা হাপত্নুমা তানবা লনদি ময়াংশিংগী মখুত্তা অয়াম্বা চৎখ্রে। লেমহৌবা থরদুস্থ ময়াং গুরুশিংনা পিনবা পথাপ মেনবা হোৎনবদা লোইনা তুমখ্রে। পুন্সি থানা তানবা লন ময়াংগী লাইনা লোইনা লৌসিনখ্রে। ইঙ্খোন্দা পোৎ না অমতং থাজৈ কৃষ্ণগীনি মহায়রে। মাহ ময়োং থরদং পানজৈ, কৃষ্ণগীদমক্তি হায়দুনা বামোন্দা লোইনা শংসিল্লে। চহিগী চনৌনি হায়দুনা থরতং তৌজবদুস্থ বামোনগী লাইদা কংলুদ্রিবা মথৈ চন্নৌ ওইবা য়াদ্রে। মীতৈগী ফোমী লাইরেম্বীদি ময়াংগী পুকৈদা লৈখ্রে। শ্রাদ্ধ অমা থোকপদা ওন্থোক্লা মমন চঙনা লৈখ্রবা পোৎ পুম্নমক বামোন্দা লোইনা পিসিল্লিবনি। মীতৈগী ঈ তোং পুম্নমক ঈশিং ওন্দুনা তানখ্রবা লনদি তীর্থ চৎপগা কীর্ত্তণ তৌবগা, শ্রাদ্ধা সোনবগা অমস্তুং হরাও কুমৈ তৌবদগা কুমদুনা লোইরবনি। লম খুবাক মচেৎ অমতং নেৎফমগীদমক লৈথিদ্রে। মীতৈমা উম্নুং মথৈ কোকতুনা লোইশিল্লককদারে। মীতৈ অমমা মীতৈ অমদা লায়রবা কোক্লনবা হায়দুনা লুপা ৫০০দং

পিনবত্নু শ্রদ্ধ অনিদং ননবদা বামোনগী মথুক্তা লাইন। চংখিগনি। অত্নুনদি ইসগ সম্না বামোনগী মথুক্তা অমা থমত্নুনা থম্বা চুগনি। অসিনম্নু লোইবা নত্তে; মীতৈগী শেন চংফমগী অরোইবা নাইদে।

'বারুণী মেলা' কৌবী হিংচাবী অমা ময়া ইকা কানা পাইরকত্নুনা লমদা থাদা হেকতা তাররে। মেলাসিদা, মীতৈগী মীকোক খুদিংমা লুপা ৫।১০ হুবজেকতবা ইন্না য়াথিজ্রবনি। কছাড়গী ঝাফিরবন্দা লৈবা মীতৈতনা বারুণী মুমিংসিদা লুপা লিশিং ১৫,০০০ লিশিং ২০,০০০ হুনজেকপা হায়বসিদি সোইদ্রবা য়ানি। ময়াংতনা পোং য়োম্লগা মীতৈতনা লৈরিবনি। মীতৈ পুম্নমক্না, বারুণী মুমিংসিদা সুপ্না ফাইনা লুপা ৫০গী পোং য়োনবা লোইবা ওমদে। মসি চংনবী ওইগ্রবা 'ভগবানগী লীলা' অমনি। অমুম্না বারুণী মেয়ানচিংবা কৈথেনসিবু চহি থুদিগী ওইরিবসিদি, অফ মুঙাই খঙবা মীওইবসিংনা তোনগ্রবা হাও নাই, কুলিনচিংবা অপংবা ফুরুপ্তুগী সেন লৌথোক্লনবা লম্বি সেম্বা থৌরাংনি। মসিতবু মীতৈ ঐখোইনা থংখিদ্রত্নুনা মুপী-মুপা হৌনত্নুনা, মথুম মরাং হৌনা, ইয়ুম থোঙ লোন্দুনা, হয়াও খেনা মেলা কাত্নুনা সন মথৈ লংথোক্লিবনি মীতৈ ঐখোইনা ইরু কুম্না তাম্লিগা সেনগা, লংথোক্লিবসিগা থাগৎত্নুনা য়েংনবদা লংথোকপমা ওস্থোক্না খুখিনা হেনগ্রে। মরমসিন মীতৈ ঐখোইনা মালেমসিদা লৈরিবা উমং মথৈ কোকচরিবনি। তম্পাকী উমং মথৈ কোকপা লোইরগা, চীঙথক্না হাইগৎত্নুনা সোরারেনগী মাক তানগদৌরিব্রা হেয়ত্নুনা অখঙবা অহৈবা ইবুংঙোসিংনা

থম্লরে। অক·মুডাই থঙবা ময়াংশিংনা মীতৈন্দৌনা অবাবা থবকশু সুদে। মীতৈনা য়োলম্বা লমদি মখোইতনা লৈহৌই। মীতৈ পঙদে অমসুং পাঙ্গন সোন্দে হায়বসি খোরাইনা থঙলিবনি। মীতৈবু থবক সুদে হায়দুনা কনা অমতনা হায়বা ঙম্লোইদবনি। অসুম্না ওইনমক মীতৈনা পঙথরিবা অমসু সুন··সুনা পুক থল্লিবসিবু মরম করিগীনো কুপ্প থিবা থোকপনি। মরম লৈতনদি তেংবানবসিদা করি অমতা ওইবা য়াদে।

---

## মফমগী মতুং ইন্না চংনবী হোংদ্রবদি বাই

মীতৈ ঐথোইনা মীগী য়াম্না পামজে। ঐথোইগী লৈজবদু সেম·সাদুনা ফজনবা তৌরদে। হিহৌ পুকচেল অমতং ঐথোইদা ওম্থোকনা চুনা লৈখ্রে। ঐথোইনা রারীনি পংচাউ চাউনা লীনৈ পোৎসক্কদি উৎপা লৈখিদ্রে। মতোইনা সাউ হায়রবসু খুৎলাই লৈতে হেক্তা হায়। মাঙ্গোনগী রারীদদি মীতৈনা অমুক ঙমদবা লৈতে; সুম্নাং হেক য়োরগা লীংগোঙদা মথুং থৎতুনা হাং হেক্তা লাউই। তুহারগী ফিতুপ্লি হায়দুনা সুনাংদা কোয়নৈ হেক্তা লৈ। মীতৈ নৈবাক্কী উঝাশিংদি ইম্ফাল কাংলৈদা লৈবনি। মফমতুগী চংনবা অমসু কাম্লবা সিনফম অমমম হৈন্নবা হোংলৈ। মতু হৈদ্রবদি নিংথৌনা সক থঙবিদে। নিংথৌনা সক থঙবিদ্রবদি উঝাশিংগী পুকচাক ওইবা য়াদে। মফমতুদি তাংজবা ফগ্রবা মফম্নি। চে', ফৌসু ওম্থোক্লা হোংলিবনি। মুপানা মুপাগী থৌদাং,

মুপীমা মুপীগী সিলনচিংবা মুহুনা রাগুনবা হোৎনরিবনি। অসুম্না ভাংজ-ফবা অমসু নিংথৌ পালিবা মফমদুগী মতৌঙবু ময়াং লৈবাক্তা লৈরিবা ঐখোইনা তমজরে। ময়াং লৈপাকমুক ভাঙজথিবা মফমদি লৈতবনি। ষণপোৎ খোইদনা হিংবগী থবক লৈতে। নোংজুথা অপুম্বা লৈখোম তৈদনদি পুকচাক ওইবা মুপম্না য়াদে। মীতৈ লৈবাক্কী উঝাশিংশী মতৌ তমলুবদা ময়াং লৈবাক্কী উঝাশিংগী য়ুম্বান খুদোংথীবদা লোইরে। মীতৈ লৈবাক্কী উঝাশিংগা মানবী তলুবদা মরন মথুম পুম্নমক হুদুনা লোইখ্রে। ময়াং লৈবাক্কী উঝাশিংনা লাইরা অমা থংবিক্লবননি, লাইরাছুনি :—

'ভুরালে ভদ্র নাস্তি,
কলিকাতায়াং নির্ধণী ( নাস্তি )।
মুখ নাস্তি বিক্রমপুরে,
পাপী নাস্তি কাশীপুরে ॥

হায়রবদি "লৌরায়দা অফ-মুভাই থভবা মী লৈতে; কলিকাতাদা লাইরবা মী লৈতে; বিক্রমপুরদা লাইরিক হৈতবা মী লৈতে, অমসু কাশীদা লভজা চাওবা মী লৈতে।" লাইরাসিনা অরেপ্পা ওইবা মরম্না লৌরাইদা লৈবা ভদ্রলোক্না লৈখোম তৈরোইদবা লৈতে। অদুনদি ইম্ফাল কংলৈগী লু হেনবা উঝাশিংগা করম্না মান্নরুবা ওমগনি ? মরমসিনা, নামৎসিংনা, সেন তিংনা মানবী তালুদদুনা, থরতং হৈজরগা মওং অমা ওইনা পুথোক্লুনা কুমৈ তৌবসিনা থরতং পামজৈ।

মীতৈ স্না লৈবাক্কী খোরম খুদিংমক্তা ঐখোইনা ইওক থিওজিল্লুগদবা ইতিক নতে। সনা লৈবাক্কী ময়োল্দুনা চুমগা পুন্নমকস্থু চুমগদৌরিবনি । মরম অছুনা সনা লৈবাকতুদা লৈরিবা উঝাসিংনা সংকীর্ত্তননচিংবা কুমৈ থিক্কিকসি তৌবিরগা ময়াং লৈবাক্তা লৈজরিবা ঐখোইগীস্থু মিৎনা ওইজবা, অসি পামজৈ । ময়াং লৈবাক্তা লৈরিবা ঐখোইগীদি ওস্থেংবা অরাবনি। ময়াংগস্থু, মীতৈগস্থু চপ মান্না চত্তবা ইয়া য়াদে। খরায় থোঙ্গাল হেক লানবগা ময়াং মরোল লান্দবা ইয়া য়াদে ময়াং মরোল্লি হায়দুনা খরা লোনকরই, সুবোই সুদবোই তৌবদুদা ময়াংনা ঐখোইবু হাওনিতা মহায়বিরে। স্কুল তম্বা চৎচরই, ময়াংলোন খঙদুনা তন্দুনা তোকচরে ময়াং মরোল তমগে হায়দুনা ময়াংগা খর তোয়না তিন্নরে মাংলে হেক্তা হায়রি । অসোমদা অহন মথৈনা "ভক্তি গ্রন্থ" তম্থ হায়দুনা ৈচাক অমা বন্না তৌসিল্লি । পালমচা লৈতে, পাল তমদবা য়াদে হায়দুনা মরোল অমা মৈসা কন্না ফাওরকই । ময়াংগা মান্নবা চত্রবদি হিংফম লৈতে হায়দুনা মদুগী সোয়দনবা তৌবগী মরোল অমা! সংকীর্ত্তনগীদমক পাল ফিজোল তম্বনা মরোল অম; মীকুপ অমতং অহাংবা অমস্থু পোথাবা ফংনদে । মদুগী মথক্তা লৈতা লায়রবগী স্থুবা চৎপসিনা পুন্নমক্তা মকোক ওইরিবনি । ঐখোইনা মুংসিবা ইশৈজি হায়দুনা কপ্পা কপ্পা সকতুনা হরি সংকীর্ত্তন্নি হায়দুনা তৌজৈ; ময়াংশিংনা পঙনোক্তা নোকপি । ময়াংসিংবু ইকায়দুনা হরি সংকীর্ত্তনসি থাদোক্লে, মীতৈ লৈবাক্কী ঝাশিংনা ঐখোইবু পুন্নানজি হায়রি। ঐখোইগী

খুদোংথীবা হায়বতু অসিদগী হেন্না হাপনিঙাই লৈতে। অসিনদি ময়াং লৈবাক্তা পোক্লিবা ঐখোইনা করি হায়না পুন্সিগনি করি হায়না। ইসক ইচু থোক্কনি ? অথঙবা অহেবা ইবুঙোশিং পুন্নমক্না য়াবা, সেনস্থু তিংদবা, নামংস্থু কায়দবা কুমে মরোং অমা পুথোকপিরবদি ঐখোইদি ওস্থোক্না মুঙাইজগনি। ঐখোইনা পামজবা মরম্না নবদ্বিপ অমস্থু বৃন্দাবন্দা লৈরুরগা মফমদুগী মতৌ তবু তরবে। ভু-কোইবদি থক ঙম্লদে। মহুবু মীতৈ ঐগী নতবমা ওইরুবা ইয়া য়াদে। উতাংবীনা উপানগুম্না মরায় কাংথংলবস্থু মীহতদি উহুগী মহে পানবা য়াদে। অদুগুম্লহুনা ময়াংশিংনা মীরবাক্তা তৌরিবতু মখোইগীনি, ঐখোইনা মিতাকবা য়াদে। হৈথাগেক্না পাম্বি মথক্তা মুম্লগা উচকশিংগী করি কান্নবা লৈতে। ময়াংশিংনা তৌরিবা পুম্নমক্তু ঐখোইনা ফংলবোইদবতনি। "লৈরংনা যণ সাবদি মোঃ থোংদে" হায়বা ইপা ইপুশিংগী লাইরাসি ঐখোই মীতৈনা কাউনরে। মসিদি 'মীগীনা ঐগী ওইবা য়াদে হায়বা তংসেংবা লাইরানি।"

---

## প্রাণালিকা; খুরম্বা; মযুবারসগী তুজু-বা লাইনিং মপোক তানবা

ধর্ম্ম, ধর্ম্ম হায়হুনা তৌনরিবা পূম্নকসি তাইবংমীগী কান্নবা মক্তনি। ধর্ম্ম হায়বসি লাইনিং লম্বীগী মরিদা পুক্নিং চেংম্নবা থুদানি, পাঙ্গল লোশিং চাউথংম্নবা কৈরাক্লি। থুদাস্থু মতম কইরগা তমসিল্লকই, লৈবাক্সু মতম কুইরগা থাক্তনা তেকই।

ধর্ম্ম হায়বসিস্থ মতম্না কুইসিন্নক্লগা মবোং কাইরকই। অমস্থ ধর্ম্মবু লৈতেংলুবদা লৈতেংনা কুপসিনখিদুনা, ধর্ম্ম মসক উথিদবা কয়া অমনি ধর্ম্মগী অকায়বা মেলুবদা ধর্ম্ম পুমকায় কায়খিবস্থ কোঙ্গাইনি। গৌরীয়া ধর্ম্মবু মীতৈনা লৈতেংলিবসিদি য়াম্না হেনজিল্লে। গৌরীয়া ধর্ম্ম খোকফম ইফুৎ নবদ্ধিপ্তা তৌনদবা মওং য়াম্না য়াওনয়ে। মসিবু মীতৈতনা থৌরাই য়াওশিনখিবদগী হেল্লিনখিবনি হায়বসি তেংবানবনা হায়নরিঃ—'বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলুবদগী ভারতবর্ষ, মীগী মথা পোনখিবনি, মরমহুনা মসি সোবলুস্থ। মীতৈনা সেনদোক্লিবা গৌরীয়া ধর্ম্মসিবু ফজব। অমস্থ অফবা হায়বদু ওইরিবনি, গৌরীয়া বাঙ্গালীসিংনা শোয়দনা ফিদম লৌগদবনি। মীতৈগী মতৌ তম্নগা মখোইগী য়াম্না অমাওবা ওই-গনি হায়দুনা, মীতৈগী গৌরীয়াসিগী ফিদম মখোইনা লৌরবনি। খুজিন খুয়া সেংদুনতা, মকে সেমদুনতা হরাওকুমৈ সংকীর্ত্তনসিতা তৌদুনা লৈরবদি মুঙাইবা য়ারোই হায়বসি ময়াংশিংনা নিংখিনা খঙি। মরমসিনা মখোইনা মীতৈগী মতৌ পামদবনি অমস্থং মীতৈনা চৎলিবা গৌরীয়া ধর্ম্মসিবু অয়োইবা গৌরীয়া ধর্ম্মদু ওইরবদি, মীতৈদি মরম পুন্নমক্তা মুৎপা তারবনি। ইনাক খুনবগী মমিং তাররোইদবনি, লাইনিং লম্বীদস্থ পুক্লিং স্থপাদুম চুম্মরোইদবনি নিংখিনা সাগৈ-সলাইস্থ সনবা য়ারোই অয়ান খুভমস্থ স্থপফং ফংলরোই। মরমদি ধর্ম্মসিগী মরিদা ঐখোই মীতৈনা মপানগী অচাবা কুমৈদা হৈনরবনি। হৌজিক ফাওবসিদা গৌরীয়া

ধর্ম্মগী মরীদা হংলুবদা থগুভি হায়বা অমতং য়াওখিদ্রে।
চামনা হংজিল্লরে থাজোতা মহায়। মরম য়াওদনা, ইপগু পগুন',
করম্না থাজরসিগে ?

প্রণালীকানি হায়দুনা বামোম্না পীরি। লাইরিক য়েংদুনতা
ইহল্লি। ইচেল করি লৈবগে হায়বদি তাকপিদে। তাকপিবা
ওমগদবা মরমস্থ বামোন্দুগী লৈজদে। মীনা হংলগা য়াম্না লুবা
রানিতা মহায়। মতোয়না হংজিল্লবগা থুম্বা ওমকদুনা, "আপন
ভজন কথা না মহিও যথা তথা" অম্নুম্না হায়দুম, মসা ভাক-
থোকই। গৌরীয়া ধর্ম্ম চংলবদি য়াম্না নোল্লুকপা হৌনৈ হায়-
দুনা বামোম্না মীতৈঙদা তাকই; থুরম্বা তম্বি। হন্দক থুরম্বা হায়-
দুনা হঙোই ফীবম অমা তৌম্বিবসিবু ময়াংশিংগী 'চরন' লাকপা
হায়বদু ওইগদ্রা ? মীতৈগী খুরম্বা হায়বদুগী মওং বু অসিরা হঙোই
হায়বসিদি তাইবং মীগুম্বা অমনি। মকপ্লাক সোনবা মরমদগী
তাইবংমীদোনা লেপথংদুনা চংপা ওমদে। অসিনদি হন্দক থুরম্বা
(হঙোই ফীবম লৌবা) হায়বসি অসোনবা তম্বা নত্তনা অতৈ
ওইরমগনি নিংজদে। থোইনা হেন্না নোনবা তম্মিবনি হায়দুনা
চৈস্থগী মতৌগুম্না লৈবাক্তা উপ্পা তাদুনা লৈবা অমস্থ তৌনরি।
মদুবু 'দণ্ডবৎ' তৌবা হায়বদুনি হায়নরি। ওক কোনসিন্দুনা
লৈরিবদুনা চৈস্থগী মক্ত ওইরে। পাম্বোন অনি তিংথোকদুনা
লোয়রিবদুনা চৈস্থগী মরা ওইরে হায়নরি। চৈস্থনা তাদুনা
লৈরবদি মীনা নেংলবস্থ তাদুনা (নাকোংন তাবা) লৈবা
য়ারে মরমসিনদি 'দণ্ডবৎ' হায়রিবসিনদি সোংহৃথিবদগী থোইনা

হেয়া শোয়হনবা চৈরাক অমনি। মীতৈ ঐখোইগী থুরম্বা হায়বসিদি থুংনা থন্দুনা থোগন উৎপবুনি। মসিদি যম্লবস্থ য়াগনি। লেপ্লবস্থ য়াগনি। লেপ্পা থুরম্বসিবু য়ানজবদি লৈখোম লৈবা মফমদদি লৈওন্দুনা 'ভক্তি' কৎপা তারিয়ে। অদু নত্রগা বার্থ থা তক্কক, লোৱাইগুম্বা মফমদা থুরমনদবা হায়দুনা থভনদবা য়াদে। নোন্দুনা অমস্থ লুমদুনা মীগী থুয়াতবু লাকে তৌবগী মওংদা থোগন উৎপসিদি মীতৈ অকনবগী "ব্যায়াম শিক্ষা" (হকচাং সাজন) ওইরোইদমাদে। পুক্নিং থুদেকপদি কায়গনি। হকচাংতা থুদেকপনদি থোইদোক্লা তুং কোইগনি নিংজদে। মীনাই লেংদা সুক্রুনা তৌগদবা মওংবু মীতৈনা তম্বা থোক্তে মীতৈবু সোয়হনবা তম্বিথিবা ময়াং গুরুশিংগী মতেংবু মীতৈ ইপা-ইপুশিংনা পাংসিনখিবগী মরম লৈরমগনি। থিজিন্দবা য়াদে। মীতৈ লৈবাক চাউদবসিনা, মীতৈগী মনিং থুংলরোই হায়দুনা ময়াং গুরুশিংনা লাকশিনবিখিব্রা। অদু নত্তনা মীতৈ হায়বসি লমহেল্লি হায়দুনা সোবথহনখিব্রা? অমস্থং করম্বা য়েক্লা বাখন অমা পুদুনা, মীতৈ হায়বসি পুমমুং মুংহন্দুনা, ময়াং শূক্র অসোনবগী লেংদা থম্লগে হায়দুনা তৌবিরম্লিব্রা? মরম থিবিকসিগী অমা নত্রে অমা ওইরমগনি?

ঐখোইন ময়াংদা পুমতাং তাংজখিবসিনা মরম পুম্নমকসি ফংজদ্রবনি। ময়াংগী গৌরধর্ম্মদা তাংজয়ে হায়রগা ঐখোইনা অচৌবা ফুক্লপ অমনি হায়দুনা পোতথোকচরিবনি। গৌরধর্ম্ম হায়বসি য়াম্না মোনথবা ধর্ম্ম অমনি। বৌদ্ধগী 'অহিংসা'

হায়বহুগী অতোপ্পা মওং অমনি। গৌরীয়া ধর্ম্মসি চংহৈন্দগী. মরম পুম্নমক্তা মীটৈ ঐখোইগী ময়েং তাবা ওইখ্রবনি। মুপীগী বাখল অমস্তুং মুপীগী মওং লৌহুনা লাইগী খুন্না তানবসিনা গৌরধর্ম্মগী পোলোইনি। অনেক সেংচিন্দুনা, খোঙ খোঙ খুদিংদা চাক্লি ফিনিরমলগা অহুমক 'লীলা স্বরূপ' (সিবা) ওইরিবনি। গৌরধর্ম্ম হায়বসি চৎলবদ মধুর রসদা লৈগনি হায়হুনা অহন শিংনা তাকপি। মধুর ভাব হায়রিবলিদি মতৌ মনাঙ মুংশিনবা ইচেনহুনি হায়বিরি। বৈষ্ণবনা মুপী ওইরগা, কৃষ্ণনা মপুরোইবা ওইবগী রাখননি হায়রি। মসিমক ওইরবদি অচুম্বা লাইনিং নত্তে, তুজুংবা লাইনিংনি। বৈষ্ণব অহুনা মুপীনি হায়হুনা উৎলু-লিবসিবু, কৃষ্ণহুবু কয়ামুক পঙলহুনা য়াগদৌরিব? অমসু কৃষ্ণনা থঙকহুনা 'দণ্ডবিধি আইনগী ১৮২ য়াথদ' মোকাদ্দমা হৌরবদি মধুর রসদা লৈরিবা বৈষ্ণব অহুগী এমংথোক্লা খুদোং থীবা অমা ওইগনি অমসুং বৈষ্ণবহুনা কৃষ্ণগা অনিমক্লা য়ানরবসু হৌনদবা থৌরম তৌবগীদমক অনিমক্কী মথক্তা ইবেম্মা রাধানা দণ্ডবিধি আইনগী ৩৭৭ ধারা মোকদ্দমা পানখৎলবদি মথুরাগী অদাল-ততা কুমৈ ওনথোক্লা মুডায়দৌরিবনি।

বৈষ্ণবশিংনা অমা হায়রি :—'ভাবগ্রাহী জনার্দ্দন :' হায়বদি কৃষ্ণ হায়বসিনা মীওইবগী পুকনিংতবু লৌই, মসাবুদি লৌবা, নত্তে। অহু ওইরবদি থৌরমদি ইত্তৌ হেক ত্তৌদনা পুক্লিংতনা নিংলগা পুক থনবদি য়াবা হৌনদে। পুক্লিংতনা লাইদা ফোকোৎ অমা কৎলগা বামোম্না য়াবিদবা করিগীনো? পুক্লিংতনা য়ুমসু

সেংজরগে, শ্রাদ্ধস্তু তৌজরগে। ৱামোনবু অমুক ৱাহন্নুদুনা করি তৌগদগে ? ঐখোইনা খঙজবদি পুক্কিংনা চাররাই হায়দুনা চাত্রবদি চার গেল্লি। পুক্কিংনা নিংথৌ ওইরগা থৌরম তৌত্রবদি করিস্তু কানদে। মীতৈগী বৈষ্ণব ধর্ম্মসিস্তু মসিগুম্বা অমনি। মহাক্কী পোলোইনা অহুনক তাকচরবনি অস্তুম্না পুক্কিংতনা ওইবা থোং-নৌগ্রবা ধর্ম্মসি চংতুনা মীতৈ অমতনা লাইফংনদুনা তেংবানবনা তৌবা ঙমদবা অমস্তু খঙলমদবা থৌরম অমা তৌখি অমস্তু তৌরি হায়বসি হৌজিক ফাওবসিদ. লৈত্রি। হংলুরবস্তু হয়েং তুংগী ফমবনিতা মহায়। তুংগী হায়বসি করম্বা ৱাথলগীনো হায়দুনা হংলুরবস্তু 'হয়েং সিরগা' হায়বা ৱানি, হায়। হৌজিক্তা করি অমতা চুম্বা ঙমত্রবদা, হয়েং সিরগা করি অমুক চুমথিগনি। হিংলিতৈ মতমসিদা লৈত-লায়রবনা কোক পুমঙাও ঙাওরবনি। 'সিবা' হায়বসিদি কোক ঙাওবা পুম্নমক্কী মপীনা তিন্দুনা ওইরিবনি। কোক কায়দুনা সিরবা মতুংদা করি অমুক চুমথিগনি। নহা ওইরিতৈদা, য়ুম পালিতৈগী মতমদা পুক্কিং লাইনিং চুম্না চংলগা, পুক্কিং পুকচেন চুম্বা মচ-মগু ফংদুনা মুঙাইনা পানবা হায়বদু ওইরি-বনি। নহা ওইরিতৈদদি হুরান-চিহ্নিতা তৌদুনা মযুম পাংলগা অহন ওইরগা ময়ুম থাদোক্তুনা লম্বোইদুনা কোইনা চাক্কি-ফিনিদুনা চং-লগা, হয়েং সিরগা মহাক্না করম্বা য়ায়ক থুভম ফংগদৌরি ? শুম্না চাদুনা লোইত্রবা ময়ুমবু সেম্বা য়াদে হায়বসিবু খঙদবনরা ? সিরমদাইদা লম্বোইত্রবস্তু অহুমক সিজগনি। মপোক অমা পোককম থোক্লবস্তু অহু-মক পোকচগনি। অহুগী অহু মঙায়। সিরমদাইদা লম্বোইরগা লাই

ওইনা পোকখি, অদু মতম্গী বৃন্দাবন্দা তিংথৌ ওইনা পোকখি হায়-বসিগী খুদমদি কনানসু পিবা ঙমদ্রে। পিবা ঙমগদবা মরমসু লৈতে।

হয়েংমুক্কী মপোক হায়বসিদি য়াম্না লুবা ৱানি। চিম্না ইলাই লাইনা হায়দোকপসিগা মানবা বা নতে। পুথ্রিগী ঈশিংদা তুরেনগী ঈশিং খুজাই অমা হৈজিন্নগা অমুক খুঙ্গাই অদুমা থম্না সোক্লকপদ তুরেনগী ঈশিং অদুতা তরং-তরং সোক্লকই হায়বা ঙমদে। তুরেন কাবা-অমোম, তু-থাং পুম্নমক্কী ঈশিংনা সমুদ্রদা তারিবনি। সমুদ্রদগী থক্তা কাখিহনা নোং ওইনা, তাররগা তুরেন্দুগীনি, খোংচুগীন্সি হায়দুনা থাঙ্গসেংনা হায়বা ঙম্বা হৌনদে। সিরগা অমুক পোক্লকই হায়রিবসিসু অদুগুম্বনি। মৈ, ঈশিং, মুংশিং লৈপাক, অমসু অতিঙা মঙান। ওইরিবা তাইবং হকচাংসিনা সিরবা মতমদা মঙামকসি অচৌবা মঙাদা তিনখি। অচৌবা মঙাদগী ওইরকপা নাপী সিংবীনচিংবসি চাদুনা তাইবং-পানবগী অখোইবা পোংচং ফম্বীসি ওইরগা, মদুদগী তাইবংপানবসি সন্দোক্লিবনি। মতৌপুম্না তেংবানবসি হন্দোক-হনজিন চংদুনা লৈরিবনি। মরমসিনা ফম্বীগী মরোং মরীন সেন্নলিরবু তাইবং হকচাংসিনি। তাইবং মীওইবনা পুক্নিং চুম্না থৌরম তৌরবদতা তাইবংপানবগী কাম্নবা পোংসক পুথোকপা ঙম্মি, অমসু পুক্নিং পুকচেন চুম্বা মচা মশু ফদুনা য়ায়ফ মুঙাইনা পানবা সক্কই। হৌজিক্কী লৈরিবা তাইবং হকচাংবু হন্দক্কী মপোকনি; মচা-মশু ওইনা সন্দোকপসিবু, হয়েংমুক্কী মপোক্কি। অমদি, অথোইবা পোংচং ফম্বিদি চেংনা লোইসিন্দুনা, হায়বদি, পুক্নিং ৱারকনবা

থৌৱম থিবিক .তৌহনা অথোইবা ময়ায় মপু ইবুংঙোগী মশেক মচাল ফংহনা সিদা খুভম তানথিবসিংসু মপোক অমা পোকপা কৌগনি। হৌজিক্কী মতমগী বৈষ্ণব ধর্ম্মসিদা মীতৈ ঐখোইনা ৱারি মথৈদি তাসিল্লি; পুক্নিংতনা নিংহনবা লৈতে; থৌরমতদি কনা অমতনা তৌবা লৈতে। মৱমসিনা মীতৈগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম-সিদি, উহা য়াওদবা উচন্নি। মসিনা কাফংলকতুনা মীতৈ পুম্নমক সিরবনি।

## মীতৈনা লম্বোইখিবগী মৱোং

মীতৈনা সিরমদাইদা লম্বোইবসিদি কোনচাক ইলৈ লৈহৌদবা থৌরম্নি। মসিদি ওম্বোক্লা লওজরবা থৌরম্নি। চাংঙ্গং মপান সারগা, উয়েন্দা মহৈ য়ানবা, ওইথোক্লবা মরোংহনি। ময়াংগুরুশিংগী লাইরিক্তা হায়রি হায়হনা হেক্ক তৌসিনবা থৌরম অমনি। মসিবু মীগী মরোল অমসু লৌনম খঙলুদবদগীনি। ময়াং হায়বসি মখল য়ামমি হায়বসি মীতৈনা মচিনতৈদা খঙলমদে ময়াং অমতং উরগা মীতৈনা লাইমিং পীথিবা গুরুশিংহুগী মচা-মশু ওইরগনি হায়হনা মীতৈনা ওম্বোক্লা কিনখি। মহুদগী হেন্দুনা, কনাগুম্বা মীতৈনা রা চুম্না ঙাংলক্লপদা ময়াংলোন খর য়ানসিন্দুনা ঙাংলবদি মহুবুসু মীতৈনা ওনথোক্লা কিনরম্মি। ছুম্বা-হিম্বা অমসু চাবা-থকপা পুম্নমক্তা গুরুশিংহুবু মীতৈনা মমিত্তা উহনা লৈখি। উচিথোয়না সুমগ্রবা মিরাংনা, উচিথোইহুতবু

থন্দুনা লৈখিবদগী, উচিথোইগী মচা ওইনা মপোক ফংখিবা, অদু হেক য়ৌনা গুরুশিংহবু মীতৈনা নিংদুনা লৈখি। হৌজিক ফাওবসু রাথনদুদা অদুমক লৈনরি। হৌজিক ফাওবসু ময়াং গুরুশিংদুগী মচা-মগুনি হায়রিবা মীতৈগী বামোনশিংসি উরগা মীতৈগী মীহুন অমা অনি সাম্লিবনি; শূদ্রদগীসু থোইনা হেন্না তোনগ্রবা ডুম, চাড়াল, মালী অমসু সাহুশিংবু অতোনবা লেংগী ওইরমগনি হায়বসি মীতৈনা খনখিদে। অসুন্না খনখিদবসিগী মথক্তা গৌরধর্ম্মগী "ব্রাহ্মণ চণ্ডাল ভেদাভেদ নাইকো তাদের কাছে" হায়রিবা মন্ত্রসিনা থাজবা মথৌ সঙবিগ্রে। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি,বৈশ্য, অমসু শূদ্র হায়রিবা মথং মনাওসি মীতৈনা খঙলমদবা মরম্না, গরিবনেৱাজ নিংথৌগী হাক্তকতা মীতৈগী অঙম-অথৌশিংনা শূদ্রগী মথোং কোনদুনা শূদ্রদগী লাইনিং লৌখি। মীতৈনা ময়াং মরোল খঙদবা মরম্না, গৌর ধর্ম্মগী মরী-মথোংসু লোইনা খঙজদ থোকতে। য়াম্না খজি হায়দুনা পোঙ-থে ক্লিবা মীদো য়াম্না খঙখিদ্রবা মী অমনি। ময়াংন মথোইগী থৌরম পাঙননবা তৌরগা মীতৈনা মদুবু লাম্লনবজি হায়নৈ।

গৌরধর্ম্ম চংলকপসিদা রাধা-কৃষ্ণগী প্রেম্না য়াম থাগ্রদুনা মীতৈ মথৈনা ভাওখিদুনা, মুপী-মুপা হৌন-হৌনদুনা লম্বোইদুনা মফম-মফান খঙদনা পোথগ্রে, অসোমদদি মীতৈগী মীসিং রাৎদুনা থবক পাঙসিনবা য়াথিদ্রে। মীসিং য়াম্নবা হায়দুনা ঐথোইনা ময়াংশিংবু কোনসিন্নুই; এহে মসিং অমসু মরৌশিংদি মথোইনা হেনবনা ঐথোইবুদুম মথোইনা চিংসিনখি। মীতৈনা

অস্থপ তোইনা লম্বোইবসিগুম্না ময়াংগী মমুংদা সোঙবা লৈতে। মীতৈনা কয়াম্থক লাইনিং পরৈ থেংলহুনা, মযুম থাদোকতুনা লম্বোইবগা লম্বোইবীসিংগা তোরোংনহুনা লৈরিবনো? সিদ্ধ ফং-বদি অমতন্থ য়াওনদে; মতোম মতোমতগী ওইনা তৌই; মখোইনা কনাগীম্থ হন্না য়েংদে। মচাগী মচীনদগী মুন্দুম্না চাবা সনবীগুম্বা মক্তনি। অাটা রুটিতা চাহুনা মশা য়াম্না নোইবা, মফৈ চিংবা ঙমদবা, মঙক য়াম্না চাউবা লম্বোইবদি, মীতৈ লম্বোইবশিংগী মমুংদা য়াম্না লৈ হায়না তাঞ্জে; মখোইহুবুনি, হৌজিক্কী মতমদা তেংবানবন', সোকলুমথ লডডু অচৌবনি; শ্রীকৃষ্ণনা জর্ম্মরী হায়বা লানহুগীদমক মখোইবু রিজার্ভ থম্মিবনি। মথুরা জিলাগী বৃন্দাবনহুবু বৈকুণ্ঠনি হায়হুনা মহুদা মপৈ মপৈ লৈথরে। চানিঙাই লৈরকত্রবা মতমদদি ঐখোইগীসিদা চাক্লিররে। ঐ.থাইন মখোইহুবু পঙলু্গা লুনা তৌরে; লাই তারক্রে হায়হুনা মখোইগী থুয়াগী উকুন্দু ঐখোইবা লৌজহুনা পঙতৈতা তৈনরে। মখোইহুবু ঐখোইনা ঘি থাউতা পীজহুনা ঈরাংলগা, পঙকংতা কংসিন্নরে। মখোইগী বেগার হায়বহু ঐখোইবা ওইরহুনা মখোইগী মপোং মচৈহুবু থুন খুন থুদিংমক্তা পুহুনা চংলে। করম্বা মিত্রাংনো? অঙকপনি! মীতৈনা চাউথোক চাউনা পঙলিবসিবু উরগা কনানা নোক্লিংঙোইদৌরি? চাবদা অস্থপ য়াম্না মিতারিবা লমবোইবশিংসিবু করম্বা মরমদা করুমগদবা? বৈকুণ্ঠদম্থ দাকু-ডাকাইত লৈ হায়বসি অঙকপনি। থোঙগী লম্বোইবনা 'গোপীবেশ' লৌরহুদা অহিং থেঙলবা মতমদা "রাসমণ্ডল" তান্না

চৎপদা লম্বিদা ডাকাইতশিংনা মহাকপু হাম্ভোকভুনা মসাদগী স্না লিক্কোন পুহুনা চৎখি। মুতুমগী বাবাজীনা বৈকুণ্ঠ বৃন্দাবন্দুদা অক্কম হৌহুনা নাবদগী ঈশিং থৌরাংমনগ্রহুনা যগ সানা সোলি-সোলি চৎখিহুনা ঈশিং থকে তৌবদা কোহাদা তাহুনা সিখি। মুতুম বাবাজিনা কোহাগী ঈশিংদা তাহুনা সিখিবহুম্ 'জলকেলি' ওইখিবনি হায়হুনা বৃন্দাবনগী বৈষ্ণবশিংনা হায়নখি। ঐখোইনা 'তদন্ত' তৌহুনা য়েংজরকপদা মীতৈনা লম্বোইখিবসিগী মরম য়াম্না লৈরক্লে। থরতং মথাদা হায়জরি।

(১) মতু-মচা থাকপা ঙমক্তহুনা লম্বোইখিবা।

(২) মহাজনগী সেম্না য়ৈশিল্লকতুনা লৈবা য়ারক্তহুনা লম্বোইখিবা।

(৩) মীনা থাগৎপদগী মথোই কাখিহুনা লম্বোইখিবা।

(৪) জুবারদা য়াম্না থাদোকখিহুনা লৌরাই সাংখিহুনা লম্বোইখিবা।

(৫) কার্য্যবিধিগী ১১০ ধারানা তাঙলকতুনা লম্বোইখিবা।

(৬) থবক স্থুমিনহুনা মতম তনবদগী লম্বোইখিবা।

(৭) মতৈ মনাও থংনবদগী ৱারৌখিহুম। কম্বি লম্বোইখিবা।

(৮) মতোমতা পাম্দুনা, পুপাং স্থুদহুনা মনিং থুংলকত-বদগী মপাং থিবোইনা লম্বোইখিবা।

(৯) থুলক্তা চোইথোকলম্বদগী মতু-মচানা ৱারকপ হেনজিনখিহুনা' সরোন্দা 'নোটিশ' অমা তৌরমহুনা লম্বোইখিবা।

(১০) মুংসি মপাংম চৎপ্রবহুম মভুং ইনবোইনা লম্বোইখিবা

[১১] তাইবংপানবগী পোৎলম অমা মসাদা য়াওদবা মশমদগী থবক য়াথিত্রদুনা লম্বোইখিবা ।

'বেশ' তরা-মাখোইসি কৌদুনা মশুমদগী খোকগ্রগা, তরা নিথোই শুবা 'যোগীবেশ'না লম্বোইখিবমক্তনি । মখোইসিতনা বৃন্দাবন চন্দ্রবনি শেঠশিংনা ইনাক খুমবা মরম্না মখোইসিবু অরেম্বনা পীজরিবনি । মখোইসিগী মথক্তা 'বেনামী' চে অমতং শেঠশিংগী মথুং য়োইহনবা য়াবনি । মখোইসিতবু বৃন্দাবন্দগী তাম্থ'ক্লবদি মীতৈগী ওস্থাক্তা চাউখৎপা ওইগনি । মখোইসিনা মীতৈ লৈবাক্তা লৈরদুনা মরম ওক্লবদি, মীতৈ লৈবাক্কী ইমা-ইবেন-শিংনা মশুম পাশিবনি হায়দুনা ময়াম-ময়াম হৌনদুনা মুপী তরা কুপ্না মুপা অমতদা য়ুমনাইরিবসি তৌরোইদবনি । মুপা অমতনা মুপি তরা-কুন লোনবসিনা মচাসিংগী হাক্তক্তদি মীতৈ লৈবাক মুৎকদৌরিবনি । মীতৈগী নুপ্রাবীশিংনা সরকারদা দরখাস্ত থাদুনা, বৃন্দাবন্দা লৈরিবা লম্বোইবা পুম্নমকপু কৌখৎলকতুনা থম্বা য়ারবা থবক্তি । লম্বোইরবসু মরমচৎ তোংবা য়াদবনা, বৈকুণ্ঠ বৃন্দাবন্দি সোরেম কৌবা লাইদুদ মীৎয়েং তাগ্রে হায়নরিয়ে । তেংবানবসিনা সিংনরক্লবা মতমসিদা লম্বোইবা, লম্বোইবীশিংগী 'হরে কৃষ্ণ হরিবল, হায়দুনা চেংনি সেল্লিবসিনা চৎনরকপা নত্রে । মখোইসিদা মুক্সী পীগ্রগা লোইরে । মখোইসিংগী মতৌ তমলুরবদি মীতৈ লৈবাক্তা নতনা ভারতবর্ষ কাওবা পুম্নাক মাঙবা তাগ্রে । মসি থাদোক্তত্রবদি মীতৈ ঐখোইনা সভ্য জগৎকী মমাঙদা মী ওইনা লেপ্পা ঙম্মোইদৌরে ।

চৎপদা লম্বিদা ডাকাইতশিংনা মহাকপু হাত্তোকতুনা মসাদগী স্না লিক্কোন পুহুনা চৎখি। মুত্তুমগী বাবাজীনা বৈকুণ্ঠ বৃন্দাবন্দুদা অক্কম হৌহুনা নাবদগী ঈশিং খোরাংমনগ্রহুনা যগ সানা সোলি-সোলি চৎখিহুনা ঈশিং থকে তৌবদা কোহাদা তাহুনা সিখি। মুত্তুম বাবাজিনা কোহাগী ঈশিংদা তাহুনা সিখিবহুৰু 'জলকেলি' ওইখিবনি হায়হুনা বৃন্দাবনগী বৈষ্ণবশিংনা হায়নখি। ঐখোইনা 'তদন্ত' তৌহুনা য়েংজরকপদা মীতৈনা লম্বোইখিবসিগী মরম য়াম্না লৈরম্রে। খরতং মখাদা হায়জরি।

(১) মতু-মচা থাকপা ওমজহুনা লম্বোইখিবা।

(২) মহাজনগী সেন্না য়ৈশিল্লকতুনা লৈবা য়ারজহুনা লম্বোইখিবা।

(৩) মীনা থাগৎপদগী মখোই কাখিহুনা লম্বোইখিবা।

(৪) জুবারদা য়াম্না থাদোকখিহুনা লৌরাই সাংৎখিহুনা লম্বোইখিবা।

(৫) কার্য্যবিধিগী ১১০ ধারানা তাসকতুনা লম্বোইখিবা।

(৬) থবক সুজিংমহুনা মতন তনবদগী লম্বোইখিবা।

(৭) মতৈ মনাও খৎনবদগী বারৌখিহুনা কন্থি লম্বোইখিবা।

(৮) মতোমতা পাম্দুনা, পুপাং সুদহুনা মনিং থুংলকত-বদগী মপাং থিবে;ইনা লম্বোইখিবা।

(৯) খুলক্তা চোইথোকলম্বদগী মতু-মচানা বারকপা হেনজি নখিহুনা' সরোন্দা 'নোটিশ' অমা তৌরমহুনা লম্বোইখিবা।

(১০) মুংসি মপাংবা চৎগ্রবহুদ মতুং ইনখোইনা লম্বোইখিবা

[১১] তাইবংপানবগী পোৎলম অমা মসাদা য়াংদবা মরমদগী থৎক য়াথিত্ৰহুনা লম্বোইথিবা।

'বেশ' তরা-মাখোইসি লৌহুনা ময়ুমদগী খোকত্ৰগা, তরা নিথোই শুবা 'যোগীবেশ'না লম্বোইথিবমক্তনি। মখোইসিতনা বৃন্দাবন চন্দ্ৰবনি শেঠশিংনা ইনাক খুনবা মরম্না মখোইসিবু অরেম্বনা পীজরিবনি। মখোইসিগী মথক্তা 'বেনামী' চে অমতং শেঠশিংগী মথুং য়ৌহনবা য়াবনি। মখোইসিতবু বৃন্দাবন্দগী তাম্বোক্লবদি মীতৈগী ওস্থোক্লা চাউথৎপা ওইগনি। মখোইসিনা মীতৈ লৈবাক্তা লৈরহুনা মরম ওক্লবদি, মীতৈ লৈবাক্কী ইমা-ইবেনশিংনা ময়ুম পাশিবনি হায়রহুনা ময়াম-ময়াম হৌনহুনা মুপী তরা কুপ্পা মুপা অমতদা য়ুমনাইরিবসি তৌরোইদবনি। মুপা অমতনা মুপি তরা-কুন লোনবসিনা মচাশিংগী হাক্তক্তদি মীতৈ লৈবাক মুৎকদৌরিবনি। মীতৈগী পুত্ৰাবীশিংনা সরকারদা দরখাস্ত থাহুনা, বৃন্দাবন্দা লৈরিবা লম্বোইবা পুম্নমকপু কৌথৎলকতুনা থম্বা য়ারবা থবক্নি। লম্বোইরবস্তু মরমচৎ চোংবা য়াদবনা, বৈকুণ্ঠ বৃন্দাবন্দি সোরেম শৌবা লাইহুদা মীৎয়েং তাপ্রে হায়নরিয়ে। তেংবানবসিনা সিংনরক্লবা মতমসিদা লম্বোইবা, লম্বোইবীশিংগী 'হরে কৃষ্ণ হরিবল,' হায়হুনা চেংনি সেম্নিবসিনা চৎনরকপা নত্ত্রে। মখোইসিদা সুপ্নী পীত্রগা লোইরে। মখোইসিংগী মতৌ তমলুরবদি মীতৈ লৈবাক্তা নতনা ভারতবর্ষ ফাওবা পুম্নাক মাওবা তাপ্রে। মসি থাদোক্লত্রবদি মীতৈ ঐথোইনা সভ্য জগৎকী মমাঙদা খী ওইনা লেপ্পা ঙম্মোইদৌরে।

খঙজগদবনি। মীতৈ ইপা ইপুশিংগী ৱারী অমা তোঙান্না লৈ হায়রুনা মীতৈনা সরোন্দা হায়নৈ! মদু ইপা ইপু সানৈমুনৈ-বশিংগী ৱারিনি, মাংঙি হায়দুনা পঙনা ফোংনা লীমদ মদুবু থোরাইগী মনাকোংদা তাহল্লগা ঐখোয়গী করিস্তু লৈখা তাগদবা লৈতবনি। মদু তারবদুম ঐখোইগী পুক্লিংদা মুংসিবা পোকতুনা পি তাগদৌরিবনি। গৌরিয়া চত্রিভৈগী মমাঙদা লৈরম্বা ইপা ইপুশিংগী ৱারি তারগা লৈখা তাই হায়রবদি রামায়ন অমস্তু মহাভারত্তা হায়রিবা সানৈ-মুনৈবশিংগী ৱারি তারগা মীতৈনা করম্বা লাইরৈবাক্তা চৎপা ঙমগদৌরিবগে? অতৈ রা করিস্তু লৈতে; মীতৈনা খঙদবা ময়াং লোন্না ইবনি হায়দুনা, ময়াংগী পুরাণশিংবু মীতৈনা লুনা তৌনরিবনি। মমুংগী অদুক য়ান্না খঙজিন্দুনা লুই হায়নরম্বা ওইরম্মোইয়ে। মহাভারতকী মপানথোঙগী ৱারিসিনা অচূম্বা অমস্তু ফজবা অমা ওইরবস্তু, মশুগী ৱারি মপুনা লেংবনি। মপুনা মশুবু পঙথা থাগৎলম্বা য়াই। অদু নত্তনা মমুংগী লেপকদবা অমা লেপ্লগা মপানথোংগী ফজনবা সেম্লস্তু য়াই।

ঠাকুর বিষ্ণু শর্ম্ম কৌবা পণ্ডিত অদুনা মপুক থোক্লা, টংচক ৱায়া সা ঙাগী মমিং অমমম থোন্দুনা 'হিতোপদেশ' ইকমবদুগুমনা ব্যাস মুনিস্তু মহাভারত লেঙমবা য়াই। পোলম মঙানা তিন্দুনা ওইরিবা হকচাংবু ধর্ম্মক্ষেত্র, লৈবাক্কী মতম ওইরিবা লু—তোংবু যুধিষ্ঠির, নুংশিংপু ভীম, অহাঙববু অর্জ্জুন, ঈশিংবু নোকুল, মৈবু সহদেব, অপাম মুংশিবু দ্রৌপদি, হকচাং

কয়াংপু থৌরিবা থৌবাইবু কৃষ্ণ, সাউনিংবা অমসু মিহৌবনচিং-বসিবু দুর্য্যোধননচিংবা য়েক্নবা মরুপ, পুক্নিংবু ধৃতরাষ্ট্র অমসু লৌসিংবু সঞ্জয় অসুম্না মিংথোল অমমম থোক্লুনা হকচাং কয়াংকী বারিবু ব্যাস মুনিনা মহাভারত ওইনা কোংলগ্নসু ওইবা য়াই। মরমসি লৈবনা, মহাভারতকী বারিসিবু পঞ্চ পাণ্ডবমকী বারিনি হায়দুনা থোইদোক্না থাজফম অমসু ফিরেপফম লৈত্রিয়ে। মসিগী মরমদা গীতানা ময়েক সেংনা লাউদুনা চিংনবা থিবিকপু কোকহল্লিবনি। লানগী মৈথু মরক্তা কৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা কর্ম্মযোগ অমসু ভক্তিযোগনচিংবগী বারি তৌই হায়বসি অঙকপা অমনি। কৃষ্ণগী বারি অদুগ সাংবদুবু তাদুনা দুর্য্যোধনখোইসু তুমিন্না লৈনরবদি লম সোক্নবগী মথৌ লৈরোইদবনি। মুংগী ইচেনগী বারি ওইরবশু নত্রগা ভারতবর্ষদা ওইথিবা থোদোকী বারি ওইরবসু মহাভারত হায়রিবা পুরানসিনা চাউমনখিদুনা অমসু মীতৈরোন্না ইরমদবসিনা, মীতৈ ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংগী বারিনি হায়নিংবসিদা পুক্নিংদা ওন্থোক্না তুজুংবা পোকই। তাইবংপানবসিবু করম্না ওইরকপা অমসু তাইবং মীওইবনা তাইবংপানবসিদা লৈদুনা, করমবা লমদাংদা চৎদুনা, করমবা থৌরম তৌরগা য়ায়ফ মুঙাইনা পানবা ওইগবা অমসু মতৌ করম্না তৌদুনা তাইবংপানবসিবু মতোন লোমগদৌরিগে হায়বা, তাইবং মীওই-বগী পোক্লকপদগী সিবা তানবা কাওবসিগী মতুপ্তা ওইরিবা লানসিবু কুরুক্ষেত্রগী লাননি হায়দুনা গীতানা থাদৈসেংনা হায়রিবনি।

## ধ্রুব, প্রহ্লাদ চরিত্র অমস্থ অষ্টকাদগী মুংগী ইচেল

গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎলিবা মীটৈ ঐখোইনা মুংসা হোনদোকপা থুদি দা রাধা সোল্লি। বৈষ্ণবশিংনা রাধাগী রাহিসি অরোইবা মাইদনা থমথ্রে। লাইরিক পুম্নমক্কী মকোক ওইরিবা ভগবত পুরান্দদি রাধা হায়বা ময়েকসি ফংদে। অরুবা বাহৈ অমা ওইদনা ভাগবতনা চেৎনা লোৎসিন্দুনা থম্বনরা? অহূবুদি গয়াগী ফল্গু তুরেলগুম্না মতিক চাউথ্রবা ভাগবতনি। ভাগবতনা রাধা হায়বসি থমোয়মুংদা চেৎনা কোন্দ্রনা থনমগনি। লুনা তৌই অরুবা লায়রা ওয়রমগনি হায়হুনা, মীটৈনা অশাম-মুংসি থু অরমদায়দা রাধা হায়বশিংসি তোয়না সিজিন্নে। চানবগী রাধা হায়বীহু ঐখোইগীমক্তি হায়না থম্মে। গৌরধর্ম্ম চৎলপকদা মীটৈনা ফংদোক্তনা ফবা 'নাম' মথৈ ফংহুনা মরাঙ কায়না পেন্না পেন্না সোন্নরে। মীটৈনা ওস্থেক্লা পুক্লিং চঙনা পুরানগী বারি তানৈ। মুংশিবা মতাং অমমম য়ৌরকপদা ওস্থোক্লস্থ কপ্পে।

ঐখোয়না ধ্রুবগী বারি তারগা পুরথীৎনা কপ্নরি উত্তানপদি নিংথৌনা মুপী অনি লোনবগী লৈমা অহল সুনিতিবু মুংশিথিত্র-হুনা অতোনবী সুরুচিবু মুংসি চান্না তৌখি। অমসু অতোনবীনা পোকপা উত্তমবু চান্না থোইনা তৌরগা অহনগী মচা ধ্রুববু থৌসাবিখিদে। মরমহুদগী ধ্রুবনা মপুক্লিং মুংসিখিহুনা উমু দা লাইনিংবা চৎখি। মমা সুনীতিনা অতাং ওইরিবা মচা ধ্রুবগা থাইনবগী অরাবমা থমোই কায়না তেংথাখি। বারিসি তারগা

ঐখোইগীস্থ থমোই কায় থমোই কায়জবতনি, অসিগুম্বা ৱাৱিসি তাবনদি ঐখোইগী অৱান খুভংগী করিস্থ লৈতে। অমস্থ অসিগুম্ব অনি লোনবগী ৱাৱিদি ঐখোইগীস্থ পিক থম্না লৈরিবনি অনি লোনবদগী কাং-খোং চাইনরিবনি । অনি লোনবদগী কনাস্থ ময়ক খুভম ফংবা লৈখিদ্রি। অনি লোনবগী কুমৈ য়েংলুবদগী কনা অমতস্থ সোরারেন লৈবাক্তা চৎখি হায়বা তাদ্রি। ধ্রুবদি লাই মিংলুগে হায়দুনা উমুংদা চৎখিবনি । মীনা ওমদ্রবা, ওয়োক্ত অফবা থৌরমতবু তৌগ্রবনি । মহক্কীদমক করিস্থ কপফম থোক্তবনি । অনিলোনবা অমমমগীদা অহলগী মচাদুবু অতোনং বীনা হ পীজদুনা হাংগ্রবনি। মচাদুনা মমুং মতম নতনা শিঙমদনা সিগ্রবনি । মদু খিবিকতুগী ৱাৱিদি ভাগবতনা থাঙংখিদদুন উত্তানপাদ নিংথৌগী ৱাৱিতবু থাঙংলিবসিনদি মসিদা লৌনম তৌফম অমতং লৈবনা ওইগনি । লৌনম কিসিসি থোকতোক্তনদি, চুম্ন ৱাৱিতা তাবনা কানগনি নীংজদে। উত্তানপাদ হায়বা ৱাহৈসিদি, মৱানা থক্তা, মশানা খাদা লৈবা উর্দ্ধমূলোর্ব্বাকশাখ: এযোশ্বত্থ সনাতনঃ হায়বনি । হায়রিবা ইচেন্দু ওইগনি । হায়বদি মৱানা থক্তা লৈরগা মসানা খাদা লৈবা থোংনাং অচৌবগী মবোং ওইরিবা মপু ইবুংঙাগী সুনিতি অমস্থ সুরুচি কৌবা ৱাখন অনিনি।

সুণীতি কৌবদি মথক থংবা লমদাংদা চৎলবদি, ধ্রুব হায়বদি অৱেপ্পা মপু ইবুঙোবু ফংবা ওমজৈ। সুরুচি কৌবদি অপাম মুংশিগী লমদাংদা হায়থরক্লগ, তাইবংপানবগী ‘ঐনা হেল্লি’

হায়বা (উত্তম) ৱাখল্লু ফংঐ। মসিবু ধ্রুব চরিতনি। মসিদা লুংসি-থাইনবগী অৱাবনা কোক কায়বা কপ্পুংগী করিস্থ থবক লৈতে।

'প্রহলাদ চরিতস্থ' মসিগুম্বা ইচেল অমনি। প্রহলাদ হায়বদি সুঙাই-থোইববু হায়বনি। সুঙাই-থোইবা হায়বদি তেংবানবগী মপু ইবুঙো মতোমতনি। তাইবং হকচাং সুগী য়েক্লবা থিবিম্না হিরণ্য কশিপুনি য়েক্লবনা থুহুম চন্দুনা কৈরিবা মীওইবনা তেংবানবগী মপুবু য়েকনবনি থল্লি। য়েকনবনা মপু ইবুঙোবু মাঙহনবা ঙমদে; হিরণ্যকশিপুনস্থ প্রহলাদবু হাৎপা ঙমখিদে, মসি 'প্রহলাদ চরিতনি'।

রাম, কৃষ্ণ অমস্থ পঞ্চ পাণ্ডৱপু ঐখোইনা য়াম্না সুংসিজৈ। মখোইবু থাগৎনবা অমস্থ কন্নবা 'সাক্ষীসি' য়াম্না লৈ। রাৱণ কংস অমস্থ দুর্যোধনখোইবু থাগৎপিনবা অমস্থ কন্নবা মী লৈতবা মরম্না হায়বদি মখোইবু মতিক ময়ায় পুম্নমক্কী শীংথাবিনবা বনা লৈতবা মরম্না ঐখোইনা মখোইসী সুংশিদে মখোইগীদমকনি হায়দুনা মখোই মখোইগী লাইরিক লাইগু হৈবশিংনা ইহুনা করি অমতা থনমদবন', ঐখোইদি চৌজিক ক্লাওবা মখোইগী বা তাজিয়ে। মরমসিনা রামখোইগী ৱাদ তাহুনা রাৱনখোইবু সোনাইক্লবা য়াজি। অমতগী বা তাহুনা ঐখোইনা কপ্পবসি চুমজি। রাম্নিশিংসিদি লৌনম চাউপ্রবা মক্কুনি।

রাস, সংকীর্ত্তন অমস্থ উচ্ছখোলনচিংবসিস্থ অক্লবা মতনা

অয়াংবা অমতা য়াওদে। মসি পুন্নমকসিবু থগনা চংচরগা অমসুং মতুং ইনবা থোরম তৌজরগা মরম পুন্নমক তাইবং মীওইবগী য়ায়ফবা ওই হায়দুনা, কুমৈশি সিগী ফিদম্, ঐখোইনা লৌদুনা সানরিবনি। মীতৈমুক থোরাই য়াওনা অমসুং পুক্নিং থিংজিন্না হরি সংকীর্ত্তন তৌবা অমসুং রাস কুমৈ সানবা মালেমসিদা লৈরু লৈতবনি। মসুন্না তৌনা তৌনা মীতৈ অমতনা য়ায়ফনা পানবসি লৈখিদ্রে। নাহানমুক্কী মপোক্তা তৌরকপদুনা হন্দকী মপোক্তা ফংডি হায়রবদি, সংকীর্ত্তন অমসুং রাস কুমৈনচিংবা সানথ্রিবা মীতৈসিংনা নবদ্বীপকী 'গোসাই হাকিম, ব্যারিষ্টার ইংরেজ, জর্ম্মাণ অমসুং ফরাসী ওইনা পোক্লবা ওইবা তায়ে। অদুগা, হরি সংকীর্ত্তন মসক থগলক্কবা, রাস কুমৈ সানরক্কবা বাংলোনগী লাই য়ারক্কবা, তীর্থ চংলক্কবা মীগী সেন সিংদোক্লক্কবা অমসুং চন্দোন থিল্লক্কবা মীওইসিংদুনা মীতৈ ওইনা মপোক ফংলবা ওইবা তায়ে। তাইবংপানবসি করমনা ওইরকপগে হায়বা বাহিমকসু তাদ্রিবা ঐখোইনা হন্দকী মপোক, হয়েংমুক্কী মপোক" হায়দুনা তৌরিবসি ওস্লোকনা ওইথোক্কবা বাথল্লি। করি অমতা থগদ্রিবা ঐখোইসিনা, হরি সংকীর্ত্তন অমসুং রাস নচিংবা থরতং তৌরগা, মলেমসিদা ঐখোইতনা অচৌবনি ঐখোইনা তৌরিবসিতনা অফবনি হায়বা বাখনচিদা উংদুনা লৈনরিবনি। থম্বক্রবদি ওস্লোক্না ইকায়বা অমনি। সভ্য জগতকী মমাঙদা ঐখোইমুক পুয়ান ওইবদি; অনি শুনা লৈখিদ্রবনি। পুমনান ওইদ্রবদি লুখ্রব, অষ্টকালবু লৈবাক মাঙদা ইশৈ ওইনা

পুথোক্কুনা ফোঙলরোইদবনি। 'অষ্টকাল' হায়রিবসিদি লাই নিঙকপদা, লাইফংননবা খুদা নিপানগী বারিনি। খুদা নিপানসি য়াঙত্রংদী অঙম্বদা হন্নাম মক্ক ওম্বরকপগুম্বা লাইনিং পরৈহল্লি হায়নরি। মসিবু চন্দবা মফমদা তাক্লরগা অ.রম্বদা পাথহুনা মাঙথ্রনি হায়হুনা কিবনা অমস্থ তাইবং মীওইববুশু খঙহন্দবা য়াদে হায়বা মরমনা, অচোম্বা কুমৈগী মরোংদা 'রতিশাস্ত্র' ওইবা পুথোক্লবদি লোম্না থুপ্না পাহুনা খঙবা ঙমনরগনি হায়বা রাখ-নসিদা লেপ্লহুনা, মপু ইবুঙোগী হকথেং মনাই-গোবিন্দদাসনা য়ুথনমুংগী রারি ওইনা ফোংখি। মসি খিবিকসি বাখল ইতৌ ক তৌদনা মপা-মচা, মচিন মনাও পুমনমক্কী মমাঙদা অষ্টকা-লগী ইশৈবু পেম্না-পেম্না শক্লরি। মসিবু মীগী মরোল খঙলুদব-দগীনি। খঙদবনা য়ুম মৈ থারবশু চাক্লবদি য়াদবনিনা খঙদবা মীহুশু ফাদোক তারে; য়ুমহুশু উং ওইরে। উঝাশিংনা খোগাক নাইদনা নীতি পরেং সকপসিনা মচা-মনাই মীতৈ মখৈদি অপাম মুংশিগী ইপাক্কা তাউনরে। মতমগী অকিবগী মসক ঈথক লাকপনা কুইররোই নীতি পরেং সক্লিবা উঝাশিংগী মথক্তা দণ্ডবিধি আইনগী ২৯৪ ধারা মোকদ্দমা পালরনি।

---

## উদুখল

ঐখোইনা উদুখোল কুমৈ পুথোক্কুনা সানরগা অহল-লমন, ইমা ইবেনশিংনা য়াম্না কপ্পে কৃষ্ণভক্ত ওইবা মরমনা কৃষ্ণবু নিংসিংহুনা

কপ্পবস্থ ওইবা য়াই। মচানা মশুনা কৃষ্ণগী মরোং লৌহুনা তৌরিবহুবু কৃষ্ণহুমক্লি হায়না খন্নৈ। তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণবুদি মীতৈ অমতনা উহৌদে। হৌজিক ফাওবসিদা মীতৈ অমতনা কৃষ্ণগী অরেপ্পা মরোং হায়বা ঙম্নদে। ঙমগদবা পাম্বৈস্থ লৈতে। দ্বাপরদা সিথিবা কৃষ্ণগী মরোং সক্তমদি থক্লহুনা ঙরাংদা সিথিবা ঐখোই পাবগী মরোং সক্তম ফাওবা পুথোকপা ঙমজদে। কনা-গুম্বনা সক্তম ( ফোটো ) নমহুনা থমহৌবগীদি তোঙানবা বানি। কৃষ্ণগী কুমৈনি হায়হুনা ফিদম পুথোবহুনা সানরিবসিবু অরান খুভমগীনি হায়রবস্থ, অরানবা, হায়বহু করিবুনো, কররা তৌবগে হায়বসি ঐখোইনা খঙবা ঙমদে। ঐখোইনা কুমৈদা কপ্পরিবসিদি অরান খুভমগী মররমদা ওইরোইদমালে। মসি থিবিকসি খন্নবগী থোইদোকপা মথৌ লৈতে ইচানা ইশুনা তৌবা কুমৈহ উবহুদা, ইচা-ইশুশিংহুবু মুংসিহুনা কপ্পবা ওইগনি। অমস্থ লুপা-পৈশানা তাঙবসিনা মসিগুম্বা কুমৈবু অমুক হন্না সানহনবা ঙমলরোই হায়হুনা পুক্নিং ওলাঙহুনা তৌবস্থ য়ায়। মহুনদি অরান খুভমগী করিবু ওইগনি। লৈতবনা অমস্থ অরাবনা মিং উরক্করবা মতমদা 'উহুখোল' লীলা নিংসিংলুহনা থোইদোক্না মুঙাইফম লৈগনি নিংঙ্গদে। সিরমদাইদা জগোই শাখি হায়হুনা হায়নরিবহু সোরি পারি সেরান তুরান হায়বহুনি। নাম সোল্লুনা শিথি হায়রিবহু চোইরোন মক্তনি। কৃষ্ণগী কুমৈ সানরগা অমস্থ কৃষ্ণগী নাম সোংলগা অরাবা লেনগনি হায়রিবহু ধর্ম্ম কিবা মররা মপাম্বোঙদা হায়নবনি। মসিগী মররসিদি থুপ্পা লুনা লৈগ্রবনি।

নাকোংদা লোয়না হায়রগা অরুবা কৌদে মহুদি মীনম্বা কৌই।

উহুখোল হায়রিবসি সুম্বনবুনি। কৃষ্ণনা সঙ্গোম হুরান-হুরান্দুনা চাবদগী মমানা চৈরাক তৌবা পুন্নমক চমথ্রবদা মরোং অমা ওইনা চৈরাক তৌথ্রংদি য়াররোই হায়দুনা মমানবা খোবাইগী মাঙদা মখোয়রাংদা। মমানা সুম্বন অমা পুনসিনদুনা চৈরাক তৌরে কৃষ্ণনা মহুৎগী হৌদুনা খোইদোক্না ইকায়খিদুনা অমুক হন্না সঙ্গোম হুরানদুনা চাবা ফংলরোই হায়দুনা তেংথাদুনা কপথি। উহুখোল কুমৈবু মসিনা লোইরে। কুমৈসিংদি মীতৈ ঐখোইদা অরান খুভমগী করি অমত পীবা লৈতে। কুমৈসিগী ইচেন্দি মরোং অমনি। কৃষ্ণগী রারিসিনা থেংনিমমনখিদুনা অরোইবা বারি হায়রগা থাজনবা রাংলে। তাইবং মীসিবু কৃষ্ণ হায়রিবা অমুবদুনি। অপাম-নুংসিদা লৈবসিবু অমুবা কৌই। অমুবা তাইবংমীনা সঙ্গোমগুম্না ঙৌথ্রবা মপু ইবুঙোবু তানগদবনি। মপু ইবুঙোবু তানবদি হুরান লন্বিদ চংকদবনি। হায়বদি— য়েৎ, ওই সানরবদতা মপু ইবুঙোবু ফংবা ঙমগনি। সুম্বন হায়রিবসিদি— অপাম-নুংসিগী লৈকোন ওইরিবা নুপীবু হায়বনি। মপু ইবুঙোবু ফংননবা লন্বি তানবসিদা, তাইবং মীওইবা পুন্নকপু মখোবাংদা অপাম নুংসিগী মসক ওইরবি নুপীনা কোন্দুনা থমবনা মপু ইবুঙো ঙৌবরেনবু ফংবা ঙমনব্রে। মসিনা উহুখোল কৃমৈগী মমুংদা ইচেল ওইরে। সিরিবসিদা অরানবা হায়বদুনি হায়দুনা, মীতৈনা সিরবা মতমদা অমম্বু সিন্নমদাইদা কৃষ্ণগী মতিক ইশৈ সক্লে। হিংলিঙৈ মথুংসিদা কৃষ্ণগী

কৃমৈনি হায়দুনা তৌরিবা পুন্নমকসি উজহৌরবদি, মীহু লেম্না মাঙত্রে, হয়েং সিরগা কুঞ্জী থুগ্রাদা তিন্নুই হায়নৈ মসিগী মতুং তাবা যারিদি থুন্নকতা বামোন নুপীশিনা মীতৈ ইনা ইবেনশিংগী মফমদা অতুমক হৈনখ্রে। সিধা চাউনববা হায়দুনা ওন্থোক্লা মরিক চুম্ন বামোন নুপীশিংনা থুনক্লা লিরিবনি। মীতৈ নুপীশিংনা মতুদা কপ্পনা মপুম থিংলি। অসিগুম্বা ওইদবসিমক্তনা হৌজিক্তা মীতৈ ঐখোইগী সভ্যতা হায়বদু ওইরি। নৌকাবিলাস, বস্ত্রহরন অমসু স্নুবল মিলনমচিংবা কৃমৈ খিবিকসিসু মসুংগী ইচেন্দগী পুথোকখিবা মক্তসি।

---

## মীতৈ লাই হরাওবগী ইচেল

তাইবং মীওইবা পুন্নমক্কী পুক্লিং বারকননবা হায়দুনা অখণ্ডবা অহৈবা অহনশিংনা অচেৎপা পথাপ পুন্নমকপু সেম্বিরম্লিবনি কৃষ্ণগীনি হায়দুনা লেঙন্মিবা লাইরিক পুন্নমকসু পুক্লিং বারকনবদমক্তনি। মসি পুন্নমকসিবু মীতৈ ঐখোইনা ওনা তৈনবা অচাবগী ইচেন্দা পুন্নরবদি লাইরিক্তা হায়রিবগা ঐখোইনা তৌরিবগ ওন্থোক্লা লাপ্লরে পুক্লিং রারকনবা অমসু লাইনিং চৎনবা পরেংদা মীতৈ ইপা-ইপুশিংনা হায়নরম্মি—“য়াহিপ চাকচা চুম্মু য়েংহৈদবা য়েংলুসু চাহৈদবা চাক্লগনু, হায়হৈদবা হায়গনু, তৌহৈদবা তৌগনু, পুক্লিবনে। নতবগা তিন্নগনু হুরানব-চিদ্বি য়াওক্লগনু নুপীগীরা তাক্লগনু,—হায়বদি নুপীগী মোইরাংথেমদা

চংল্লুগন্নু, যায়ফ মুঙাইনা পানম্নি"। "অমসু লাই হন্নাওবদা লাইমাংদা ইমা-ইবেনশিংনা জগোই সাবা মতমদা থুরাকা খুনয়গা 'উংতুন', খুদোন কাপথোকতুনা লাইগী থৌগন তৌথি। মহুদা তাক্লিবদি— 'তায়বংপানবা পুম্নমক থুবাক খুনমতনি। হায়বদি করিসু লৈতবনি অমসু পম্বৌ নখোইসে, ঐখোয়বু কুইনা থাদোকপা ভগ্নোই' নখোয়না সিংলিবা পুম্নমকতু ঐখোইগী ইসক উরদা ক্রস্ত পাইথোকখিগনি, ঐখোয়গী ইফমদা নপাঙ্গনগা লোয়ননা নপুন্সি থারগদবনি।" পলেমশিংগী জগোই উবদা লাকচৈ হায়হুনা পম্বৌশিংনা মুঙাইতবগা লোয়ননা ফুক হৌগৎখিহুনা, খুত্থম চেংনা পায়শিন্দুনা পাম্বোম নামা-নামা হাইগৎতুনা অকনবা গ্রবোংগী জগোই সাখি। পম্বৌশিংনা সাখিবা জগোইহুনা তাক্লিবদি—মুপী নখোইগী নকমদা ইপাঙ্গন অমসু ইপুন্সি ময়েং তাহনবা হৌনদে। চেকসিন্না লৈহুনা মুপা থৌদাং তৌগনি, অবাওবদা লৈবা মপুগী খুভম নাক তানগনি।„ হায়বগুমনা মতমহুগী ইপা ইপুদি য়াম্না পুন্সিরম্মী মপাঙ্গল কলম্মি হায়নখিবা লেঙখিদে মখোইনা। হিংজবো হায়বদা হিংথি সিরো হায়বদা সিথি অসুম্না হায়হুনা রারি তৌনরি।

হৌজিক মতমদা ঐখোইনা কৃষ্ণগী কুমৈনি হায়হুনা তৌন-রিবসিদি পুকনিং রারকনবদি মতমসু য়াওদে পুকনিং মৌগৎনবতনা মপু' ওইবিবনি হৌজিক মতমগী জগোইদি কোংসিন্দুনা চিংসিনবনি থঙদবা হায়বসিবু হেম্না পঙবা কৈথিজ্রে। হাওরোন থঙঅবদি হাওরকা পঙলুবা ময়েক্নি। মীতৈনা গুঙবা মরমনা

ময়াংগী ধর্ম্মদা তাংজরুই। ময়াংদা তাংজরুবা মরমদগী ময়াংনা ঐখোইগী ইথক্লা মনিং তৌনা চৎপসিবু ঐখোইনা করি তৌজরুবা ঙমদে। ঐখোইনা ঐখোইগী ফিৱমদা লৈজরবাদি মখোইনা ঐখোইগী ইথক্লা মনিং তৌনা চৎকদবা মতিক লৈতবনি। তাংজবা হায়বসি ওনথোকনা তোম্নি। তাংজরুবদগী হাম্নগীসু চৌজিকীসু পুম্নমক মাংলবনি।

ধর্ম্মগী ফিজেৎ হোৎবজনা মীতৈগী চাউখৎপগী অরেপ্পা লম্বিনি

ধর্ম্ম হায়বসি ফিজেৎনি হায়দুনা ওস্তনা লাউজরিবনি। ধর্ম্মগী মউদুবু থুগাইরুবগী থবক নতে, ময়াংগী ফিজেৎ লৌথোকদুনা মীতৈগী ফিজেৎনা লৈথেংলসি হায়জরিবনি। উতাংবীনা উ ওইগ্রে; উদুনা মসুংদা লৈগ্রে। মসুং চনখিবা উদু মতম কুইরবদি উসি তাগ্রনি। মতম লৈরিবৈদা খোজোকপা থোকই মীগীদা তাংজরুবা মরমদগী ঐখোইগী ইরন্দু লৈনা লৈনা উবা ফংখিদ্রে। ইপা ইপুগী হৌরকফমদো ঐখোইগী লাইফম্নি। মফমদুদা মতম অমদা মহৌ-মকা লাংবা হৌরস্বা লৈপাল থিবিক্তগী লৈরাং খিবিক্লা নাপন চাউনা লৈকা ফম্না সাংলম্বদো, মতমগী অকনবা মুংসিংবা হুমহৎখিবনা, মসুং মতম য়ৌদনা লোইবা কেনগ্রে। লৈহৌবঃ লৈপালগী মখোঙ সোমদুনা অমুক হন্না মুংশি লৈরাং ফংননবা তালসি। থবক থৌরম থুদিংদা মীতৈরোম্না চৎনরসি। মীগী মরোন্দা তাংদুনা ভমলুবদগী ফংজরকপা লৌশিংদু, ঐখোইগী লোম্না মচু লাকদুনা ফজনবা

হোংনসি। মীগী মরোন্দা তাংজহৌনা, মীগী মখা পোন্দুনা খুদোং থীনা লৈরিবসি কোক্লনবা তৌবিউ হায়দুনা ইনিংথৌ চিংবা অঙম অথৌদা হায়ক্নসি। মীতৈ ইচিন ইনাও পুম্নমক্না পুক্নিং লীচিং অমতা ওইনা পাংতিং মাননা লৈরবদি করিস্থু লৈব্লবা মীয়েবাকচানা মরম পুম্নমক্তা খুহুম চন্দুনা থম্লিবসি ভাগ্যহীদবনি। গৌরিয়া ধর্ম্মসিদি মীতৈ লৈপাক্কনা চংখোম্না লৈরবনি। অনৌবা মরোং অমুক পুথংলকপগী থবক লৈত্ত্রবনি। মীতৈগী গৌরিয়া ধর্ম্মসিবু মীতৈ মরোংদা সেমদোক্লবদি মীতৈ লৈবাক্তি সোয়দনা লাইফম ওইরগদবনি। মীতৈ লৈবাক্না তীর্থ হায়বদু ওইরবতদা মীতৈ ঐখোইগী মালেমগী অরাবা কোকলগদবনি। খোগন হৈবা ১চা পুম্নমক্না থোগল্লগা ভারৈম', থুমলৈম', সেনলৈমা অমস্থু সিনলৈমা পুম্নমকনা থোগন মভুং ইল্লরগদবনি।

ধর্ম্ম হায়বসিদি লোন পুম্নমক্কস্থু চংপা য়ারিবনি। মীতৈ পুম্নমকনা মীতৈ লৈবাক্তা, মীতৈরোম্না ধর্ম্ম চংপা করি অমতা অকাইবা লৈরোই। হৌজিক্কা য়ানা তোয়োং ওইনা চংপসিদ', মী অমতনা হি অনি তোংবগম্না ঐখোইগী অবাবা ওইরিবনি। থাঙৈসেংনা মীতৈরোম থাদোকতুনা ময়াং মরোন্দা ওম্থবস্থু তৌগে। ঐগী থাদোকথিহুনা মীগী তাল্লবদা অনিমক পুমাঙ মাঙবা হায়বদু ওইরে তীর্থদা চংলূই ময়াং মরোন লোনবমক্তা লৈরম্মি। ঐখোইনা হায়বা মখোইনা থঙদে মখোইগীদুস্থ ঐখোইনা থঙদে। মখোইনা ঐ.থাইবূ ওংখোক্না হংদোই তুক্কচনা তৌইং মখোইবুস্থ ঐখোইনা হন্দোইদৈ। মখোইদি অমাংশংদা চঙ্গুরগা

মফি মরোন তুমথোক্কে; খুজিন-খুয়া অমস্থ চীন য়া থোঁসাদে। মখোইনা থোংবা ওনথোক্লা মোৎথবা চাক-ইসাংচু ঐখোইগী পুক্নিংদা ওনথোক্লা চিংননা, চানিংদনা চায়িবনি। মরমচুনা ঐখোইনা য়ুম হেক য়োরকপগা, ঐখোইগী তীমল-লাইমন পুম্নমক হেক্তা ফুদোক্লে মখোইনা ঐ.থাইবু অতোনবসি অমস্থ অপঙবনি হায়না খল্লি। তীর্থচুদা মখোইনা ঐ.থাইবু থাগৎ-পুখৎচুনা নমথাকমথৈ তৌচুনা সেন-থুম কয়া লৌহৌরে। ঐ.থাইনা পুকফবা ওইচুনা 'পুন্যাগীনি' হায়চুনা ইসা চুনা পিথোক্লম্লে। মসিবু গোর ধর্ম্ম চৎপগী মুঙাইবা হায়বচুরা? তীর্থচুদা হিফম-চাফম্লগা ফতবনে, লোন লিগনা তিন্নদবমে, অস্থুপ পুক্নিং মুঙাইতনা ধর্ম্ম চৎকদবা শক্তি, পুমথা থাদোক্লম্চুনা উক্নুংদা সিরুবনা ফগদরা খল্লি। ধর্ম্মগী ফিজেৎসি মীতৈগী মরোংদা হোংদোকচুনা, ধর্ম্মবু ঐ.থাইনা ইরাৎচত্রিবা মথৈ ঐখোইগী অরাবা কে রুবা লৈখিদ্রে।

থংউদবগী মাঙবা ১স্তুং মীতৈনা ময়াংগী মিয়েং

---

মীতৈ ঐখোইনা হোৌজিক্তা তৌরিবসিদি মঙগী কুমৈমকতনি। মঙ মঙলুরগা তাইবংদা ইরাৎ চবান তৌচুনা সেন চুপ্লেকপচুনি। ময়াংদা তাংজচুনা ধর্ম্ম চৎখিবদা, ঐখোইগী ইক্ল কুমচুনা লোই-রবনি। অস্থুন্না স্থুমক লৈরবদি, ঐখোই হেক্লা তেকথৎপা য়ারোইরে পুক থল্লকত্রবদা স্কুল-কলেজ পল্লগা তীল হৌরে। মল্লাংদা নোনবসি তোকত্রিবা মথৈ ঐখোইগী সেন-থুম ইথুঙা পায়বা ঙমগদবা লৈত্রে। লন লৈননবা থৌরম তৌরবস্থ, লনথোঙ চাউনা হাংচুনা থমলবদা করিস্থ, কানদে হকচাংদা কেমচুনা তোকই।

মীগীদা তাংজবা হায়বসিনা তো-খ্রিবদি' মীনা মহাকী মরে'ন্দা লেংজরিবা লাইরিক অহুবু ঐ:খোইনা ঐখোইগীনি হায়হুনা মুভাইনা লৈনবি। ঐখোইনা ঐখোইগীনি হায়হুনা অমতা পু:থো-কপদি তৌনদে। ময়াংগী লাইরিক 'শিশু' শিক্ষ' দা ঐখোইনা রাঙাং অমত' যংজখি। „পরধনে ধনী হয়ে, আমি কি থাকিতে পারি পশুর সমান,,—হায়বদি, "মীগী মরম্দু ঐগীনি হায়হুন: সাগা মানানা করম্না লৈরসিগে ? মীতৈ ঐখোইনা হৌজিক: তৌরিবা-সিগী মরম পুম্নমক্তা পরধন নতনা করি অমতা য়াউখিদ্রে। ঐখোইনা তৌরিবা পুম্নমকসিবু তেংবানবনা উদবা নতে। মখোইদি অতো'ঙবদা লেপতুনা ঐখোইবু ইতৎ-তত্তনা নোক্নরিবনি। মতম অমদা ইপা ইপুনা তৌরম্বা পুম্নমকতু মখোইনা উহৌদ্রবনিনা অমসু ঐখোইনা মহুগী মতুং ইনবা অঙকপা থৌরম অমা তৌহুনা মখোইদা উৎপা ঙমদ্রবনিনা, ঐখোইনা হায়জবা পুম্নমক মখোইনা য়াম্নিংবসু লৈতে। মখোইনা অমগা হায়নরি,—"মীতৈগী মনাক নকম্নু, ইকাইবা নংগনি হায়বদি অফ মুঙাই খঙদবনি (অসভ্যনি) হেক্না ফুরকতুনা ইকাইবা নংগনি, "অসুম্না হায়রি। মখোয়না মহৈ-মাশিং অমসু মরল-মথ্ম হেনখিবা মখোয়দা ঐখোইবু অসুম্না অতোনবনি হায়না খল্লিবনি। ময়াং মসেন ফুনরগ। মীতৈ মচাবু সেন পীহুনা নেকই ; মীতৈগী মপাম্না ঙম্নগা মখোয়না ঙম্বা সকই। মখোয়গী মখো প'ঙলগা ঐখোয়বু মখোইনা "মনিপুরী দাদি" হেকতা হায়বদি—অফ-মুঙাই খঙদবনি, অতোনবনি হায়হুনা ঐখোয়বু নোক্নবা রানি। ঐখোয়না ইহৈ-ইশিং হৈতবনা লন-থ্ম রাৎপনা অমসু মখোইগী মরোল্দা ঐখোইনা ভা:ক্লবনা, লাংকমসি ঐখোইগী ওইরিবনি।

ধর্ম্ম মাংখিগদোবে হায়দুনা ইচিন—ইনাওশিংনা সুংসা খীবা চুমদে ধর্ম্ম মাঙবা হৌনদে, ফীজেৎ হোংদোকপা ওইগনি ইপাক্লা লৈরিবা মখৈদি ইথকী অরোইবা নাইবা হৌমদে; মথং মথংনি ইপাকতি অদুমক লৈরিবনি। ধর্ম্মগী ফিজেৎ হোংলবদি কুমৈ লৈরোইদোরে হায়দুনসু বাবিগনু। তাইবং মীনা লৈরবদা কুমৈগী-মসক্কি। তৌরিবা পুম্নমক মতম্না কুইরক্লগা অদুমক ফজরক্লিবনি লৈথি লৈখিবা মফমদু অদুমক মুভাঙ্গরকনি; কুইবা কুইরগা অদুমক মুংসিজরকনি। মসিদি মসানা ওইজবা সিদ মপুগী সিদ বায়েন্নি। মীনা সেম্লগা লাইনি লাইনা সেমলগা মীনি, তম্তনা তৌরগা তনদবমা থৌগনি, উইনম্না চিংগনি। ঙসি লোইদুনা থনমগনি, হয়েং অমুক চোংখৎলমগনি; হয়েং লোইসিনগনি হংচিৎ--অমুক হুম্লমগনি। লোইসিনবগী অমসু থোরকপগী অরোইবা নাইদে। সিদবা মপুগী পুকৈদি ওস্থোক্লা চাউথ্রে। অনৌ-অনৌবা পুথোর-কপগী অরোইবা লৈতে। ফজরে হায়দুনা পুথোরকপা মরোংদু-দগীসু থোইনা হেন্না ফজবা মরোং অদুমক থোরকই। ফজবগীসু লোইবা থম্বা নাইদে। সিদবা মপুগী লোইবা নাইদবা পুকৈদগী পুথোকতুনা সিজিন্নবসিনা ঐখোয়গী থৌরম অচৌবনি। অসুম ঐখোইনা সিদবামপুদা কৎলিবনি হায়দুনা তৌরিবসিদি ইবুঙো মঙোন্দা পীজবা মতে, মহাকপু তাকতুনা চাবনি। ঐখোইনা কৎলিবা পোৎলমদুদি ইবুঙো মহাকী পুকৈদগীনি। মরম অদুন মহাকপু তাক্তবা য়াদে। মহাকপু তাকত্রবদি ইবুঙো মহাকী মফমদা ঐখোই হুরানবা সকই। মীতৈনা হৌজিক্লা 'জয়কৃষ্ণ' হায়রিবসি মহাকপু তাকপনি।

## লুহোংবা অমসু বিবাহ থেনবা ইচেল

মফমসিদা মীতৈ ঐখোইগী লুহোংবাগী মরমদা খরতং, ফোংজরে লুহোংবা অমসু বিবাহ হায়বা বাহৈ অনিসিগী ইচেন্দি মানদে। মীতৈগী লুহোংবা হায়বসিদি 'লু' অহুবু হোংদোকহুনা থমলুবনি হায়বাদি—য়েক সাগৈ অমদা পোক্লিবা মুপীহুনা, য়েক সাগৈ অতোপ্পা অমদা পোক্লিবা মুপাহুদা, তুগা-বাগা ওইহুনা লৈব্রব হায়বা বানি। মপুরোইবা সিরগা মুপীহুগা লুথরামচা ওইনা লৈহৌই হায়হুনা মহাকপু মতমহুদা 'লুথ্রা' কৌই। অমসু মুপা ওইহুনা মহাক্কী মুপীহু সিরগা, মুপীমরীগী মডোন্দা পকহুনা লৈহৌরে হায়হুনা মহাকপু 'পকথবা' ( পকথ্রা ) কৌই। ঐখোই মীতৈগী লুহোংবা হায়রিবসি মরী-মখোং থিরুরবদি লুথ্রাসু অমুক হন্না লুহোংবা য়াবা থোকই। অমুক্কা নতনা মপুরোইবা সিবা থুদিংগী লুহোংবা য়াফম থোকই। মরম অসি লৈবনা মীতৈগী মমুংদা লুথ্রা লোবদা বায়াম্নরে। মীতৈগী 'বা নাইবা' হায়রিবা বাহৈসি-মক্রসু মপুরোইবা অমা নাইহুনা লৈবা হায়হুনা তাক্লিবনি। অহুনদি মীতৈগী বা নাইবগী অরোইবা নাইদে হায়হুনা অহুমক খঙনরে।

মমাংগী বিবাহ হায়বসিদি, বি+বহ ধাতু হায়রিবা বাহৈ সিদগীনি, হায়বদি—নিংথিনা থাংহুনা পুবা হায়বা বানি। নিংনা থাহুনা পুনহুনা লৈবাক লৈসিদা তিলহনবগুখা থোরম্মি। পান্দম অমতং অহুক হায়রগা কুমডা পাম্বিদা থবী মরী শমজিন্দুনা

থবী পাম্বীদু ওইহল্লগা থবী পালহনবগুম্বনি। মরমসিনা বিবাহ হায়বসি ওইপ্রবদা লুপ্রা ওইরগা অমুক হন্না বিবাহ ওইবা য়াথিত্রে মুপীদুগী মসাদু মুপাদুগী মসাদা অদুমক সেমজিন্নহনপ্রবগুম্নি। বিবাহ ওইপ্রবা মুপীদুগী মপুরোইবা সিপ্রবদি, মুপীদুবু বিধবা অমুম্না হায়খ্রে। হায়বদি,-মপুং অমতা ওইদুনা লৈরম্বদু, থাইবোক অমা লৈখিত্রে হায়বা রানি। লুহোংবগা বিবাহগা মতৌম্নুম্না খেনরিবনি।

হৌজিক্কী মতমদদি মীতৈগী 'লুহোংবা' হায়রিবসিবু "বিবাহ" হায়দুনম্নু হায়নরে। মীতৈগী বিবাহগা ময়াংগী বিবাহগম্নু মানদ্রি। ময়াংগীদি ময়াংগী শাস্ত্র মতু' ইন্না অদুমক তৌনরি। মীতৈগীদি শাস্ত্র মতুং ইনত্রা হায়রবম্নু অদুক ইন্দবগুম্নম্নু তৌই। মীতৈগী বিবাহদা বাজ খোংভদুনা অমম্নু পালা কোইরদুনা, ইশৈ শকপা অমুম পুং য়ৈবা য়াওরদুনা হরি সংকীর্ত্তন তৌই। মুপীদুবু হরি সঙ্কীর্ত্তনগী মণ্ডপ মচী অমদা ফমহন্দুনা থম্মি। মুপাদুম্নু নিংথৌনা তৌগদবা থৌরাংদু তৌদনা ফমজে। বিবাহগী পুংজা লাক্লবা মতমদুদা মুপাদু হরি সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা পুসিন্দুনা মফম অমা সেম্লদুনা ফমহল্লি। মুপীদুনা রাসগী জগোই পোৎলোই সেৎলদুনা; লৈ পরেং অমা মখুৎতা পায়দুনা মুপাদুবু কোয়। ইশৈ সকপা উঝাদুনম্নু রাধাগী 'অভিষণার' সকই। ইশৈদুগী মতুং ইন্দুনা অদুক রাথন তৌনরবদি মুপীদু রাধা ওইবা তায়। মুপী রাধা ওইবা তারবদি মুপাদু সোইদনা কৃষ্ণ ওইবা তারিবনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী 'কুটনীতিসি' খঙবদা ওম্মোক্না বাখ্রে। মুপীদুদি রাধাগী ফিজেৎ সেৎহল্লগা

মুপাহুবুদি কৃষ্ণগী 'ধরাচুড়', য়াওবা যিজেৎতু সেংহন্দে। মসিবূ গৌরিয়া ধর্ম্মগী 'ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং হায়বহুরা ? বিবাহগী মুথিৎ অদুদা গৌরিয়া বৈষ্ণবশিংনা ( মুপাহুবূ ) কৃষ্ণনি হায়না খনবিরবদি মহাকপু ধরাছড়া অদুক সেংহনগা মখুৎতা তৌগ্রি ( বাঁশী ) অমা পায়হন্দ্রবা হরি সঙ্কীর্ত্তনগী মমুংদা ওম্মোক্লা চুমগনি খনজে। অসুম লুহোংবগী কুমৈ য়েংবিরবা পুম্নমকনা য়ুমনাইরোনগী মরীদা থৌমিহনা খুক্নবজহৌবা য়াবা থবকনি বিবাহ মুথিৎতা মুপাহুবু কৃষ্ণগী বেশ লৌহন্দবসিনদি মুপাহুবু রাধাগী মতৈ 'অয়ান'হুনি হায়বিরিব্রা ?

হরি সংকীর্ত্তন হায়বিরিবসিদি পুক্লিং ৱারকনবগীদমকনি । অহুম্না মতিক চাওথ্রবা হরি সংকীর্ত্তনসিগী ময়ায়দা' তাইবংগী অপাম মুংশি থুংননবগীদমক তৌরিবা বিবাহসিদা খোরাইগী মমাঙদা লেপ্নবগুম্না মুপীগা মুপাগা অনিবূ লৈ হকনহনবসিদি লংজবা ওইগত্রা হায়না চেৎনা খনজে। বিবাহদা, রিপুদমন ওইরিবা হরি সংকীর্ত্তন তৌবাসিনরা, বিবাহ ওইথিবা মুপী-মুপাশিংনা' চাদা নাওতা কৌনা ফংলিবা অমসু থুনা থুনা থাইনরিবসিবু ? অরান খুভমগী ইশৈ সকপসিনরা মতৈ মনাও পুন্সিনত্রিবসিবু ? কৃষ্ণগী মতিক ময়ায় সকপসিনরা, বিহুরগুম্না লাইরবনা পং তংলিবসিবু ? অমসু অসুম্না বিবাহ মন্ত্রনা সিদ্ধ ওইথ্রবী মুপীহুনা; বিধবা ওইরগা অমুক হন্না ৱা নাইব-সিবু ( য়ুমপানবা য়াগদৌরিব্রা ?

অসিগুম্বা বায়াম্বা বিবাহ হায়বসি তৌদহুনা, মীতৈ ঐ:খোইগী মুখিং-থা থুরুম্বা হায়বহু তৌহুনা, অহল মরি মগাগী মমাঙদা চিকপকনা লুহোংবসিবু করবোয়ক্রা? সেন তিংদবা, নামং লিংতবা অমসু মীয়ামমু থগহন্দনা, মতৈ মনাও হায়বহু ওইবা য়াবা থৌরমসিবু থোইদোকনা মথা পোনবা মবো-ওইরোইক্রা হায়না খনজে। মতৈ মনাও হায়বহু ওইহনবা থৌরমসিদা মীয়াম তিঙহুনা য়া য়া লাউরহুনা লৈবাক মাঙদা বম কাপহুনা অমসু বাজ খোংহুনা তৌবসিদি অফ-মুগাই খগবগী থৌরম ওইরোইক্রা খনজরে। লাইরা অমসু লাইরোম্বা সেমথবা লুহোংবসিদা, মুপী থাইনগ্রগা, লুহোংখিবগী মমল তানগনি হায়হুনা, বম কাপহুনা অমসু বাজ খোঙহুনা, মীয়াম খলহলচৌহুনা সাক্ষি থম্বসি পায়দবনা চুমগনি। গৌর ধর্ম চংলকপসিদা অটৈ অপা সাবলিনা য়ামনগ্রহুনা, থৌরমগী মলা লোংথোকখিবগী অরোইবা নাইত্রে, লোইসিনকম খগনখিজে। অহৈকমা য়ামনগ্রহুনা অমবু অমনা তাকপা য়ামখিজে। মসি পুন্নবকসিবু পুবনেপ লেপন্দুনা, মবোং, অমা পুথোকতনদি মীতৈ ঐখোইগী করি শমতা অকাবা ওইখোইরোরে মীগী ইচেল্লা তাউথহুনা হঙগংনা চেনথংতনদি মীনা থুগলহোইদরবিনি।



# থৌনিজবা

মীৎন্নম লাইরেম্বী ! মীতৈ ঐখোইনা নংগী তম্প্যাক্তা ভূমচুনা লৈরক্লিবসি মতম কুইরক্লে। য়ারোবীগম্মু, থৌজান খোঙথাং থাংদোকপিরো। ইমা লৈমরেন সিদবী। ইপা ইপুশিংনা নংবু তাইবংগী লৌশিং মৈরানি হায়নরম্মী। মচা ননাই ঐখোইদা লৌশিং পীনবিচুনা অমম্বা থিবিক ঙাক্লহনবিরো। লাইনিংথৌ সোরারেন নচা ননাই ঐখোইদা ঐখোইগী থাদোকচুনা মীগী চুতবু পামলুবদগী মীগী চুম্মু ফংহৌক্লে, ঐগী চুম্মু মাংখ্রে। পীনহৈবা ইবুংঙো। থৌজাল মিৎয়েং তাবিরো। লাইনিং য়ামহি ইবুঙো। লোং-চুদা লৈবিরম্মু, ননাই ঐখোই মীকপ থোকচরে; থৌগনজরনি,, ননাই ঐখোইবু চানবিউ। পাখংবা ইবুঙো। তমথিরবা লমদম থাদোকপিরমচুনা মালেমগী থক্তা ঙাম্‌বিরো ; ইনিংথৌগী লৌশিং চাওখৎহনবিরো। মাইকৈ ঙাকপা লাই পুম্নমক। ঐ.খাই মিকপ থোকচরে; ঐখোইগী অবাবা লেল্পনি ! ইনিংথৌ ইবুঙো ননাই ঐখোইবু মঙ মঙচুনা লৈরে হাইবিবদো তাইবং ফাওজরে, য়েংথোকলুবদা ঐখোইগী করি অমতা লৈরমক্রে; মীনা লোইনা পুথিরমলে ইবুঙো লাইনিংথৌ। ননাই ঐখোইনা থৌগনজরি। নত্তেকমদা ঙেবিরো, নহনকমদা হনজিনবিরো। ননাইদা য়ায়ফ থৌনিজরি। থৌজান মীৎয়েং য়েংথবিয়ু।

---

লোইরে।